# অভিজ্ঞান-শকুন্তলম্



রিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা

কাব্য-ব্যাকরণ স্মৃতি তীর্থ

অধ্যক্ষ, গবর্ণমেণ্ট সংস্কৃত টোল

জে. এন. ইউনিভার্সিটি, সেণ্টর অফ পোষ্ট গ্রেজুয়েট,

ইম্ফাল, মণিপুর ষ্টেট।

# অভিজ্ঞান-শকুন্তলম্


শ্রীঅরিবম ৺ব্রজবিহারী শর্ম্মা

কাব্য-ব্যাকরণ স্মৃতি তীর্থ

অধ্যক্ষ, গবর্ণমেণ্ট সংস্কৃত টোল

লেকচরর, জে. এন. ইউনিভর্সিটি, সেণ্টর অফ পোষ্ট গ্রেজুয়েট,

ইম্ফাল, মণিপুর ষ্টেট।


মূল্য ৪/-

প্রকাশক
**নবকান্ত শর্ম্মা।**

হৌরাঙবা খুৎনম, মণিপুরী ২০০০ কোপি
১৯৯৪ জুলাই।

প্রিণ্টেড এট—
জে. এম. প্রিন্টিং ৱার্কস
য়াইস্কুল, জন্মস্থান লৈকাই, ইম্ফাল

---

উৎসর্গত্রম

পরম-পূজ্য-পাদস্য
সারস্বত-মণ্ডলে-ছাত্রসংসদিচ লব্ধপ্রতিষ্ঠস্য
অধ্যাপক প্রবরস্য

শ্রীধাম নবদ্বীপস্থ রাজকীয় সংস্কৃত মহাবিদ্যালয়াধ্যক্ষচরস্য
এতদ্ধাম বাস্তব্যস্য কাব্যব্যাকরণ স্মৃতিতীর্থ
ইত্যুপাধিত্রয়-বিভূষিতস্য
মচ্ছিক্ষাগুরোঃ কৃতার্থনাম্নঃ

শ্রীত্রিপথনাথভট্টাচার্য্যমহোদয়স্য
করকমলয়োঃ

মণিপুরীভাষয়ানুদিতম্
অভিজ্ঞান-শকুন্তলম্

ইদমুৎসৃষ্টম্
ভক্তিপ্রাণান পূর্ব্বকম্।

শ্রীশ্রীচরণাশ্রিত সেবকাধমস্য
শ্রীব্রজবিহারী দেব শর্ম্মণঃ
ব্রহ্মপুর, নহাবম।

# য়াহৈ অম অনিদং

"কালিদাসস্য সর্বস্বমভিজ্ঞানশকুন্তলম্" কবিগুরু কালি-দাসকী অমরলেখনীদগী শিম্বরূপ কাব্যরত্নশিংগী উজ্জ্বলরত্ন ওইরুব অভিজ্ঞান শকুন্তলম্‌গী কাব্যগত মাধুর্য্যশিং অসি ছাত্রসংসদত উচ্চ-নিংলুবদগী ইমালোন্দ রূপান্তর অসি পুথোকচৈ। মতীক লৈব খোর্জেই কয়াগী রূপান্তর কয়ান নীংথিন ফোঙওমদ্রব যুগকবিগী মগুণ ঐগুম্ব অমন শকলুবন করিস্মু ওইরোই অমদি ওইদে হায়ব খণ্ডন খণ্ডন মাতৃভাষাগী সেবাদ শরুক খরদং য়াজনীঙঙু্বদগী পঙ্গুগী গিরি লঙ্ঘনগী প্রযত্ন লৌজরি। ইতি—

খ্বাইগী
শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা
কাব্য-ব্যাকরণ স্মৃতিতীর্থ
ব্রহ্মপুর, নহাবম।

ইম্ফাল,
তাং ১৫।৮।৫৬ ইং

## ৱাহৈ অম অনিদং

ঐখোয়বু পোকপিবম্ব শ্রীঅৱিবম ৺ব্রজবিহারী শর্ম্মান অনুবাদ তৌবিহুন ফোংবিরম্বব মহাকবি কালিদাসকী অভিজ্ঞান-শকুন্তলম হায়ব নাটক অসি অমুক হন্না হান্নগী মগুং-মতৌ অমদি বানান পূম্নমক চপচান লৈননব হোংনজহুন নমজবি। মসিদ করিগুম্ব অশোয়-অডাম য়াওববস্নু পাবিরিবশিংন ঙাকপিগনি।

লাইরিক অসিবু পুথোকচনব হোংনবদ, করিস্নু খঙদ্রব ঐবু লমজিং লমতাকপিহুন অমদি অঙম্ব মতেং পীবিহুন হোংনবিবগীদমক ঐগী মরুপ রাজকুমাব বিনবিন প্রোপাইটব, জে. এম. প্রিন্টিং ৱার্কসপু হন্না হন্না থাগংচরি অনদি শিংব ওয়্নবোইদব লমন ভোনশিঞ্জরবনি।

খ্বাইগী—
শ্রীঅৱিবম নবকান্ত শর্ম্মা
ব্রহ্মপুর নহাবম।

ইম্ফাল,
তাং ২৫।৭।৯৪ ইং

## নাটকতা য়াওবা মীশক

দুষ্মন্ত—নায়ক

কণ্ব—নায়িকাবু য়োকপ মপা

শাঙ্গরব, শারদ্বত হারিত.—ঋষিমচাশিং।

করভক—দূত

মাতলি—ইন্দ্রগী সারথি

মারীচ—কশ্যপ মুনি

শকুন্তলা—নায়িকা

গৌতমী—কণ্বগী ধর্ম্ম ভগিনী

প্রিয়ম্বদা, অনসূয়া—নায়িকাগী মতা

মিশ্রকেশী—নায়িকাগী মচীন-মনাও

অদিতি—কশ্যপকী পত্নী

চতুরিকা—নায়ককী মনাইনুপী

## অতৈ

সূত্রধার, সারথি, বৈখানস, বিদূষক, দৌবারিক, সেনাপতি, ঋষিকুমার অনি, শিষ্য, কঞ্চুকী, পুরোহিত, প্রধান নগর রক্ষক, রক্ষী অনি, ডুম, নিপামচা, নটী, প্রতীহারী. তাপসীশিং, মীনাইনুপীশিং।

# অভিজ্ঞান-শকুন্তলম্

ভারত কাব্য-জগৎকী চিরন্তন গৌরবনি। অমর কবি কালিদাসকী অমৃত চেল্লব লেখনীগী মাধুর্য্যন থল্লব কৃতিনি। যুগ যুগান্তর মশুগ শক্করব বাবানি। ডব্লিউ জোন্সগী ইংরাজী রূপান্তর উবদদ কবিগুরু গেটেন শকখি

কুমক্লিন্দ শাৎপ লৈরাঙ্গ
কৃস্মেদ পানব হৈরাঙ্গ
পুন্ন উনীংব য়াশুরব—
স্বর্গ মর্ত্ত্য অনীবু—
খাত্রাং য়েংনীংব লৈরব—
ফঙ্গনি শকুন্তলাদ।

কবিগুরুগী শৈশক অসি কবিগী উচ্ছাস নত্তে, তশেংব থম্মোয়গী মপাওখোল্লি, সৌন্দর্য্য সম্ভোগী কালিদাসগী প্রেমগী শকফম্ব সৌন্দর্য্য বিরাগী কালিদাসন মঙ্গলগী শক্তমদ পুথোক্তুন উৎপ উবদ পেল্লব ভাবুক কবিগী থম্মোয়ন শক্লকপনি ··· ··· ···। শৈহৌগী ত্তনৌ ত্তনৌন ফক্তরব ফক্তবগী শকফমদ মঙ্গলগী শক্তম মপূং–মরৈ ফান পাঙ্খিন্দুন কবিন শকুন্তলাদ স্বর্গ, মর্ত্ত্য অনীবু খাত্রাং উৎলি হায়ন বিশ্বকবি ববীন্দ্রনাথন বিশ্বসাহিত্য জগত্ত কবিগুরুগী শৈশকী সাক্ষ্যদান তৌরম্মবনি। যগ কবিগী কবিত্বশক্তিগী শেষ নিদর্শন ওইবন ভাবুক-মণ্ডলীন

কলিদাসস্য সর্ব্বস্বমভিজ্ঞানশকুন্তলম্

হায়ন মশুগ শক্করক্লব কাব্য রত্ননি।

রূপান্তর—

জাতি জাতিগী সংস্কৃতি সভ্যতাগী বিকাস খেল্লবন ভাবাশিল্পী যিকাশদসু অচুম মখেন্নৈ! ভাষা অমবু ভাষান্তর অমদ রূপান্তর

তৌব অসি তরাইব থবক নত্তবদঃ নত্তন তদ্‌ভাষাগত সৌন্দর্য্যগী পুর্ণবিকাশ ভাষান্তর অত্থুদ পীব ৱাবদ নত্তন স্থকয়া য়াদে। অমরোমদন শব্দ, কবিগী খেলগী মচাক অমনি, কবিন ভাবুক্ত পীরিব মহাক্কী ভাবরাজ্যগী রূপান্তর শব্দময়ীনি।

## সরসিজমনুবিদ্ধং শৈবলেনাপি রম্যম্

থক্কী অসিদ কবিন

প্রয়োগ তৌরিব 'সরসিজ' হায়ব শব্দ অসিগী মাতৃভাষাদ রূপান্তর তৌবদ থম্বাল হায়ব মতারবনি। শব্দবিশেষ অসিন মত্তাং অসিদ চেন্নরিব সৌন্দর্য্য মাধুর্য্য অমদি ভাব বিকাস থম্বাল হায়ব রূপান্তর অসিন মশাগী ভাষাদ পুরকপ ঙম্মরোইদৌবনি। সরসিজ হায়ব শব্দ অসিন স্বভাবসৌন্দর্য্যন তিল্লব থম্বাল কৌবী লৈদঃবু নত্তন নিসর্গগী সৌন্দর্য্যন মশক পাল্লব সরসক লোয়নন ভাবুক্কী মাঙদ উৎলি; শব্দ অসিগী পর্য্যায় শব্দ পদ্মগুম্ব শব্দ বিশেষ অমন শিল্লম্মবদ স্থানচ্যুত সৌন্দর্য্য অমগী বিকাশতঃ ভাবুক্কী মিত্ত তারমগদবনি; অমরোমদন, তপোবনগী নৈসর্গিক সৌন্দর্য্য কায়নরবী শকুন্তলাগী সহজ-সৌন্দর্য্যদঃ ভাবুক্কী মিত্ত তারমগদবনি। ··· ·· ··· ··· ··· অসি পূম্নমক থম্বাল হায়ব রূপান্তর অসিন ভাবুক্ত পীররোইদৌবনি। অত্থুন রূপান্তরগী জন্ম মশান সদোষনি। অত্থুবু, কুলগী নীংথিব রীতিন তমঃপ্রধান ওইন পোল্লব কনাগুম্ব তৎকুলজমক্তদস্থু চরিত্র পীনবগুম গুণী ওইব খোর্জেগী গুম্ন রূপান্তরগী সহজদোষ অয়াম্ব কৌক্লে।

## অভিজ্ঞান-শকুন্তলম্

রূপান্তর লৌবদ ৱানরব কাব্যশিল্পী অন্যতমনি হায়বদঃ নত্তন মতাং খরদি পুথোকপদ স্থকয়া য়াত্রবনি। স্বর্গগী দৃশ্য অম সর্ব্বদমন্ন অঙাং ওইব মহকচাংদ থুপ্লিব ক্ষাত্রগী অকিব লৈতব গুন্ন নোংশা মচাবু ভাহৎলকপ, ক্ষাত্রগুণুমক্ক শকপান্নরব তুম্মস্তগী থম্মোইন মচা ওইনিংবগী

মিহৌ মিংয়েংন শৌর্য্যমাধুরী পেন্ন চুপ্লকপ, জীবনির্ব্বিশেষ বাৎসল্য-প্রেম হাপ্লবী তাপসীগী দয়াদ্র ওইরব থম্মোয়ন রান কন্নবা উপায় থিরকপ-তাঙ্গা অসীদ কবিন শব্দবিশেষ থরন ভাবুক্ত পীব যুগপৎ ওইব কুম্মে অক্তম অঙকপনি।

## পঞ্চ শকুন্তলাবণ্যম

অসীদ শকুন্তগী শকুন্ত,

লাবণ্যমগী "লা" গ অনীন মাত্রবলম্বী ওইরব অঙাং ওইবব সর্ব্বদমনগী থম্মোয়দ মমা উর্নিংবগী ঔৎসুকাগ মৃগশাবক নবমালিকাগ অনীদ মাতৃস্নেহ হাপ্লবী শকুন্তলাগী ভীতিগ অনীগী সংঘর্ষণগী মমি তারব অঙাংন মচাগী মমিং সাত্নন মমা হঁডকপ, মাবু উবদ খংহৌদন মথম্মোইদ পুত্রস্নেহ পোক্লব নিংথৌগী সন্দিগ্ধ আশাগী মমি তারব শকফম, হীক্লব থম্মোয়ন অঙাং থেম্মনব নোকহায়নজবী তাপসীগী শক্তম অহুম্ব ভাবুক্ত যুগপৎ উংলব কুম্মে—

## য়েংঙো ফজরব উচেকসে

হায়ব রূপান্তরদ পুম্মাও

মাঙ্খিফম থোকপন রূপান্তব চৎপ য়াদ্রব মতাংনি। অদুবু অনুভবী ওইব খোৎক্ষে শবাই ত্রবাইন

## য়েংঙু, শকুন্তলাবসিন ফজরিবসে

হায়ন রূপান্তর লৌহুন

কবিগী অঙকপ খেলবু ঙাক্লি। অসিমতনস্ত রূপান্তর অসিগী গুণ পবিচায়ক নীংথিব অমনি—অপূর্ব্ববনি।

ওইফমস্ত থোকই। রূপান্তর লৌরিব পণ্ডিত শ্রীব্রজবিহারী শর্ম্মা কলিকাতা সংস্কৃত এসোসিয়েসন (বর্ত্তমান বেঙ্গল সঃ এ) গী

প্রাচীন ওইরব স্নাতক অমনি, চুম্নদংগী নত্তে, কাব্য-ব্যাকরণ স্মৃতিগী ক্ষেত্র অহুমদ প্রমাণিত যোগ্যতা লৈরবনি। সারস্বত মণ্ডলদস্মু ছাত্র-সংসদত্তস্মু মিংফম নাইরবনি। অসিগুম্মব পণ্ডিত অমদি কাব্যগী ছা্ত্রন কাব্যগী রূপান্তর তৌবদ করিগী অপূর্ব্ব ওইদফম থোকই। তশেংনমক রূপান্তর অসি অপূর্ব্ববনি।

অরোইবদ যোগ্যতান তিল্লব গুন্ন থল্লব খোর্জেদগী সৌজন্যন শুসি কলম মচেৎ অমতং তাক্তব পীনহুন ঐগী জীবনদ, সার্থকতা পীনবিরিবসিগী ঋণন আজীবন ঋণী ওইজরবনি। ইতি—

শ্রীমীনকেতন সিংহ

অধ্যাপক, গবর্ণমেণ্ট ধনমঞ্জরী কলেজ,

ইম্ফাল (মণিপুর ষ্টেট)।

ইম্ফাল

২৭ শ্রাবণ ১৩৬৩

# অভিজ্ঞান-শকুন্তলম্

## অহানবা অঙ্ক

মহাদেবন, মহাক্কী খণ্ডন-উনরিব শকলোন নিপান্ন
ঙাকপিরসম্ম থৌজানবীদুন নংখোয়বু,
শকলোন অমন মহাক্কী তাইবংপানব মপুগী
অহানব খুৎশেম ওইব ঈশ্রিংগী মশক্লি,
লাইগীদমক তমদুন মঙোন্দা লংশিন্দুন কংলকপ
পোং পূম্নমক অদুবু লাইশিংদ কোয়ন য়েল্লিব—
মৈত্রগী মশক্লি শকলোন অতোপ্প অমন,
অহুমশুবা শাযোন্ন হোম তৌরিব
যজমানগী মশকনি, অনিমনা
অহিং নুংথিল শেল্লিব—নুমিৎ থাগী মশক্লি,
তাইবং শিনব থুংলব আকাশকী মশক্লি অমন,
মরু মরাং পূম্নমক্ক ময়োন চোংনব শক্তি পিরিব
লৈপাককী মশক্লি অতোপ্প শকলোন অমন,
মথরায় পানবশিংন মহাক্কী মপান্ন
থরায় পুনরিব নুংশিংকা মশক্লি অমন॥ ১ ॥

সূত্রধার—থীন্দুন কান্নদে। (নেপথ্যারোমদ য়েংলগ) ইবেম্ম! ফীজেৎ
লৈতেংব লোইরবদি মফম অসিদ চংলক্লো।

নটী— (চংলক্লগ) আর্যা! চংজবক্লে, তাকপিগদবা তাকপিসি

সূত্রধার—ইবেম্ম। রস অমম্বুং ভাবকী দীক্ষাগুরু ওইব মহারাজ বিক্রমাদিত্যগী পণ্ডিতন মপুং ফারব সভানি। কালিদাসন লেংলব "অভিজ্ঞান-শকুন্তলম্" কৌব অনৌব নাটক অসিন সভ্যশিংবু পেলহনজগদৌরি, অতুনা রঙ্গভূমিদ কুমগদৌরিব মীশক খুদিংমকপু নগাক্ক হৈনিংহনগদবনি।

নটী— অভিনয়গী মরমদ নিংথিন নৈনবিথ্রবনিন আর্যাগীদি মরম খুদিংমক্ক অশোয়ব অমত থোক্লোই।

সূত্রধার—( মোমোন নোক্লন ) ইবেম্ম! নঙোন্দ থাঙ্গৎশিংব ঙ হায়গে—

পণ্ডিৎশিংন পেনবিথ্রিমখৈদি অভিনয়গী মরমদ
মুন্ন উরে হৈরে হায়জনীংদে ঐহাক্ক।
হৈথোক্ত-শিংথোইরবমক্কবু
মশাবু মশান হৈবে শিংলে থাজদে॥ ১ ॥

নটী — ( নোল্লুক ) তাকপিরিব পূন্নমক অচুম্বঙাক্কি। মতুংগী থৌরম তাকপিশি।

সূত্রধার—ইবেম্ম! সভান তাবদ নুংঙাইরগদব ঈশৈগী থৌগন নক্তন কারি তৌনিঙাই লৈবগে?

নটী — করম্ব ঋতুগী শৈশক্ক সভা থৌগঙ্গগদগে?

সূত্রধার—চংলকপ মতম কুইড্রিব, হাক্ক মৈশা কন্দ্রিব ওল্লাংথাগী শৈশক্ক—

পেনব লৈতে ঈরুজবগী লায়ন থোকই উরুমদ তুম্বম্বু
পাটল কৌব লৈরাংগী নুংশিব মনম পুতুন,
মালংবন হুমলি তপ্লপ্ল মুমিংন চীংয়া থাংবদ
নুংঙাই কোয়থোক চথোকপ ওল্লাং থাগী মতমসে ॥ ৩ ॥

নটী— য়াম্ন ফগনি। ( অসি হায়তুনা ঈশৈ শকই )
লৈরাং মাগী লৈত্তোনবু
খোইমুন হরাও চাঙ্গেংনখিব
অসিগুম্ব লৈরাং শিরাযবু
পান্নু পাম্মুন শানৌন
হেক্রগ কোকথক্ত থেচ্চনি ॥ ৪ ॥

সূত্রধার—হৈবেম্ম ! নীংথিজনা শৈশক্লে। অডকপনি, নংগী ঈশৈগী
স্নবন অয়েকপ মূর্ত্তিগুমখ্রে। হৌজিক করম্ব নাটকন
পেলহনসিগে ?

নটী— আযা ! অভিজ্ঞান-শকুন্তলম্ হায়বা অনৌব নাটক অম
উৎকনি হায়ন তাকপিখিবদাই।

সূত্রধার—ঐদি তনকাও কাওরুরে, নংন হায়রগ নিংশিংলকলে।
মরমদি—মখোঙ য়াঙলব শজিন শুস্মাৎপ্রব দুষ্মন্তগুম নহাক্কী
ঈশৈগী বাগন শুস্মাৎপ্রব ঐহাক্লি ॥ ৫ ॥

( অসিগী তুংদ অনীমক থোকখি )

প্রস্তাবনা

(তেনগাথোংল্‌বলীরুং পায়হুন, দোলাইতোংহুনা শজীগী মতুংইন্না হুন্মস্ত মহারাজ অমস্তুং সারথি চংলকই )।

সারথি— ( নিংথৌবু অমস্তং শজিবু য়েংলগ )

লীরী চনব লীরুং খুৎথোংলব
মহারাজবু অমস্তুং শজিবু য়েংবদ
শজিবু কোয়তান তাল্লব
পিনাক * খুত্ত পায়রব
মহাদেবগুম উজরি ॥ ৬ ॥

রাজা— সারথি! শজি অসিন ঐখোয় পুন্নমক লাপ্ন পুরক্লে। অদুমক্তদ হৌজিকসু মহাক অসে—

মণক লৈহুন ফজন তুংইন্নব দোলাইদ
হন্ন হন্ন য়েংহুন তেনগী তেনবান কিহুনা
শাথুপতুন চেল্লিব মুন্ন য়েংউ ফজদ্র ?
চেনমল্লকপন রাহুন কারব মচিন্দগী তারকপ
পোপ্পি শায়রব শজিক্ক চৎলন থৎলক্লে (ফুল্লক্লে) মহাক্কী
রাংন রাংন চোংখৎলে লৈখা ইতা তাদরে ॥ ৭ ॥

( ইঙক ঙক্ক ) অস্তুক কন্ন তান্ন তান্ন শা অসিন লাপখিবন মহেনবসি করিননো ?

সারথি— লৈতা মান্নদব মফম থোক্তুন শগোল চুপ্পী য়ৈখৎলুবদ দোলাই খোংচৎ হস্থখিহুনা শ অসিন অস্তুক লাপখিবনি। হৌজিক্তি লৈতা মান্নব মফম য়োৗরবনিন শা লায়ন ফংলগনি।

রাজা— অদুদি শগোল চুপ্পি য়ৈথরো।

*“পিনাক” মহাদেবগী লীরুংগী মমিংনি।

সারথি— কগনি। ( দোলাই য়াঙন থোরগ ) আয়ুষ্মন্ ! মিৎয়েং তাবিসি।
শগোলশিং অসি—
খুঙ্জী থাবদ ময়াংলেন　　ভেঙ্গৈ শান চুমথরে
মমৈ ফীরান শাখরে　　মনা অনি হাইগৎখরে
মখুজিন্দগী পাইরকপ　　উফুল মশা শোকতরে
লৈখাদবু চেনবর　　নোংথক্লবু পাইবর ॥ ৮ ॥

রাজা— ( হরাওন ) শগোলন শাবু হেনব শোয়ররোই ॥
তকুপ তকুপ উরম্ব　　ইপৌ ইপৌ পৌরক্লে,
মতুপ মতুপ থোক্লম্ব　　পুম্নমক ইশম শম্লগ্রে,
অখোয় অতিং পুম্নমক　　ইমান মাম্লগ্রে মিৎ সিদ
দোলাই খোংচৎ য়াঙবন　　লৈত্রে লাপ্প লাপুব ॥ ৯ ॥

সারথি— তেল্লমদ তাব্লিব শা'সি মিৎয়েং তাবিরবর ?
রাজা ( লীরুংদ তেনগা থোংই )।
( নেপথ্যদ ) শা অসি আশ্রমগীনি হাৎপ য়ারোই রাজন্ !

সারথি- ( তারগ অমস্তুং উরগ ) আয়ুষ্মন্ ! তাপস অনী লাক্লুনা তেল্লমদ লৈরিব শাবু হাৎপ য়ারোই থিংলরি।

রাজা— ( ইফিং ফিংন ) দোলাই খাম্মু।

( শিষ্যগ লোয়নন তাপস অম চঙ্লকই )

তাপস ( খুৎ থাঙ্গৎতুন ) রাজন্ ! শা অসি আশ্রমগীনি হাৎক-রোই।
থাবি'মু থাবি'মু তেন,　　শক্তিগী নৌরব মশাদ
লশিং মফোন্দ মৈ চুব　　শোয়দনমক থোক্কনি।
মীকুপমকস্তু ফাদব　　মপুনসিন কদায়নো
বজ্রগুমন কল্লব　　নঙগী তেনন কদায়নো ॥ ১০ ॥

লৌশিনবিবো তেনাদো শাবু হাৎকে তম্লম্ব ।
কনবিনব খুৎলাইনি নত্তে লাগুদবা হাৎনব ॥ ১১ ॥

রাজ — ( খুকম্মী ) লৌশিল্লবে । ( তেন লৌশিল্লি )

তাপস— ( হবাও হবাওন ) মহারাজ ! পুরুবংশগী থাউমৈ ওইব নহাক্কী নত্তিক চাব লমচৎনি ।
পুরুবংশদ পোকপনি নত্তিকচাব লমচৎনি ।
গুণ চেনব নচা নংগুম্ব নিংথৌবেন অম ফংজরবো ॥ ১২ ॥

অতোপ্প তাপস অমস্তু — ( খুৎ থাঙ্গৎলগ ) নিংথৌবেন ওইগদব নচাইবুংগো অম শোয়দন ফংজরে ।

রাজা— ( খুকুমহুন ) শোয়ফদ্রে ব্রাহ্মণগী যাথং ইকোক থোংন লৌজরবে ।

তাপস রাজন্ ! যজ্ঞকাষ্ঠ চনগে থোকচবকপনি ঐখোয়দি মালিনী তুরেনগী মপানদ উবিবসি নৌংযগী কুলপতি *গুরুদেব-কণ্বগী আশ্রমনি. শকুন্তলান পুবি । থবক্ত কাযবোইদনা লৈরবদি লেংশিনবিবগ অতিথি সংকাব লৌবিক । অদুগ—
মখোয়গী অশেংব মরনদি তপস্যাদন ওইজব
মুনিশিংন তৌবিব অকায-অশোয লৈত্তব
থৌরম পুন্নমক উবগ লৌবি চিংবদ তঙলন
পাম্বোম্ন মহারাজগী কযাগী মত্তিক নিংথিন
লৈপাক ডাক্লিবগে হায়বত্ত স্বং তবংন খঙনিনি ॥ ১৩ ॥

রাজা— কুলপতি কণ্বদি হৌজিক আশ্রমদ লৈদনকো ?

তাপস— মচানুপী শকুন্তলাদ অতিথি সেবাগী থৌগাক্ত শিন্নবিবয়গ মহাক্কীনো দম থিনা পুন্নমক কোকহনগে হায়দুন সোমতীর্থদ লেঙ্খিনদ মডায়রি ।

---

* মুনি লিশিংতরাবু পিজ পিথক তৌদুন মহৈ মশীং তম্বিব ব্রাহ্মণ অদুবু কুলপতি কৌই ।

রাজা　ফরে ঐ মাগ উন্নবমগে মহাক্র মহর্ষিগী মফমদ ঐগী ভক্তি পূন্নমক হঙ্গৎপিহৌসন্নু ।

তাপস—অতুদি ঐখোয় চৎচরগে ।　　(শিষ্যগ লোয়নন চংখি)

রাজা - দোলাই থোরে। সারথি, পুণ্যাশ্রম চওতুন পূরুী হকচাং শেংদোকলুসি ।

সারথি—ফগনি মহারাজ !　　(দোলাই থোই)

রাজা — (কোয়ন কোয়ন য়েংই) সারথি ! মীন তাকত্রবস্নু আশ্রমগী লমদম য়েৌবক্লে হায়ব লায়ন খওব ওন্লে ।

সারথি—করম্ন মহারাজ ?

রাজা— নওবু উত্রনেসে ? মফম অসিদ—

উক্রোংদ লৈব তেনরা-
রাইনু চরান চাংরিবসে
মফম অতৈ অমদ
মবেক মহাও কাবিব
শজি শওাই' কাংলুপন
দোলাই মখোল তারিব'সে
ঈশিং খোংলম পুন্নমক
মরম নাংন চোৎলিবসে
অমন—

মচাগী মচিন্দ তারকপ
উখোং উখোং খুদিংদ,
ইঙ্গুদি মহৈ তকপদ
মায়োক্ত তাবিব মুওশিং'সে
করি নাচুংব তৌদন
করি তৌবিরোই থন্দুন,
উকুদগী শিস্থখিব ঈশিংন
উদরনে সারথি ॥ ১৪ ॥

অতোব খোংলম কয়াগী
উপাল খিবিকী মরুদ
যজ্ঞগী মৈথুন লাংবদ
কুশময়োন্ রায়তুন
শজি নরাশিংসিন
ঐখোয়গী ঈনাকমক্তদ

মুংশিংন তুম্নব ঈপোম্ন
রাইরিবসি উদর ?
য়েনিং মচু হোংলিব'সে
উপবনগী লমদমদ
অকি অখও লৈতন
কাইদ কাইদ চৎলিবসে ॥১৫॥

সারথি—অচুম্বগাক্তনি মহারাজ !

রাজা— ( মনুংদ চঙশিল্লগ ) ঐ কুমথবগে সারথি ! আশ্রমগী অকায়ব থোক্লগনি।

সারথি— দোলাই খামজরে, লেংথবিরসি।

রাজা— ( কুমথরগ মশাবু য়েংলগ ) সাবথি ! অচম্ব ফিজোনন তপোবনদ চংব হৌনে, অচুন ঐগী ফীরোয় ফীঙাম পুন্নমক অসি লৌহৌরো। (সারথিদ পিশিল্লি, সারথিন লৌশিল্লি)

রাজা— সারথি ! তপোবনদ চঙচুন ঋষিশিংবু য়েঙঙ্ থিরুথিগে। তাল্লক অসিদ শগোলশিং অসি ইরুজথোকপিরম্ম।

সারথি— ফগনি মহারাজ। ( থোকখি )

রাজা— ( কোয়ন চৎতুন য়েংলগ ) আশ্রম য়োরেদন ! চঙলগে (চঙলক্লগ য়েৎথংব পাম্বোম চোংবগী অফব মরোং উংলগ ) আই ! ঈরাং পক্তব মফমদ য়েৎথংব পাম্বোমসু চোংলক্লি, অফব করি থোক্কনি ? অতুমকপু শোয়দন
থোকউ হায়বতুগীদি পুন্নমক্ত উপায়নি॥ ১৬ ॥
( নেপথ্যদ ) সোমদ সোমদ ঈতা অনিমক !

রাজা— (নাকোং থাঙ্গৎতুন) হাই ! ইনক নক্ত উমং অসিগী খারোমদ রা ঙাংবগুম তারি। অসোমদতুম চঙথ্রগে ! (খোংথাং অম অনি থাংজিল্লগ উরতুন) এঃ ! মশাচাব চক্ষু নাক্ত কোন্দুন হৈখোঙ লৈখোঙ ঈশিং চাইগে হায়বগীদমক অসোমদা চঙশিল্লক্লিবসি মুনি-কন্যাশিংনি। ( মুন্ন য়েংলগ )
মখোয় অসিবু উবদি গুম্বোক্ত পুক্লীং পেল্লিদ !
বনদ চাওবীনিদি হায়ববু শকফম অসিগুম্বদি।
লৈমনিংথৌকোন্দসু অতাঙবনি অতাঙব॥ ১৭ ॥
লৈকোনগী উরীবুদি বনগী উরীন হেনথ্রে। উরুম অসিদতুম চঙলগ ঙাইথিগে। ( চঙশিল্লগ য়েংতুন ঙাই )

( মতা অনিগ লোয়নন ঈশিং চফ্ কোন্দুন শকুন্তলা চঙলকই )

মতা অম—ঈতা শকুন্তলা ! অনৌব মালিকাগুম থোংননৌন নীংথিবী নহাকপু তপোবনগী হৈখোঙ লৈখোঙ ঈশিং চাই-হল্লিব'সিনদি পিতাকথন লুন নিংবদি, নঙবুদি মখোয়বুন হেনবোইনকে ?

শকুন্তলা— ঈতা অনসূয়া ! ঈপান তাকপিব ডাক্লস্থ নত্তে । মখোয় অসে পোকমিন্নবী ঈচল ঈনাওগুম্ন ঐনস্থ মুংশিজৈয়ে ।

( উখোংদ ঈশিং হৈ )

অনিশুবী মতা—ওল্লাংথাগী লৈ শাংলিব লৈপালশিংদি ঈশিং চাইব লোইরে ।

হৌজিক্কি লৈশাংথ্রব লৈপালদ চাইব তারে ।
অসিনতুম অশেংব ধম্ম থোকদমাল্লে ঈতা !

শকুন্তলা—ঈতা অনসূয়া ! য়াম্ন ফজব ৱানি ।

( অমুকস্থ উখোংদ ঈশিং হৈ )

বাজা—(য়েংলগ মথন্দ) কণ্বঋষিগী মমোম শকুন্তলা হায়বীতু মসি ওইব তারে ।

(অঙকপগ লোয়নন) অস্নুক নীংথিবী'সিবু আশ্রম ধর্ম্মগী থৌদানা ফাজিন্দূন থম্বদি ভগবান কণ্বঋষি ৱাখল লৈফাত্তে ।

ফিজেৎকী মপাল তাংদব অস্নুক নিংথিব হকচাংবু
লাইনীংগী অৱাব কয়াবু খাংহনগে নিংবদ ঋষিন
অশংব থরো মনাগী মচেক্কী অথৌব অতুন
শর্মা কৌব উপানগী মশাকক্কে হোৎনবনি ।। ১৮ ।।

করে, উরুমদ থুপ্তুন মীথুপনাথুপত্রিবী শকুন্তলাতুম য়েঙ্খিগে ।

( থুপ্তুন য়েংই )

শকুন্তলা—( অনসূয়াদ ) ঈতা ! প্রিয়ম্বদা কৌবী অসিননে—ঐবু উকুন চেজেৎ চেৎন কিশিনবিরমতুন য়াম্ন ৱারে ! ঐগী কিশি'সি খিত্ত থাদোকপিয়ুবা ।

( অনসূয়ান কিশি থাদোকই )

প্রিয়ম্বদা—নশান মপুঙমরৈ ফাজরকপগী মথোকমক,-লামজবকতুন তৌভরক্লগ ঊভোন্দ হৈথবিরিবোইরে।

রাজা—হায়রিবসি চুম্মী।

উকুন মহাক্কী লেংভ্রমদ লৈরে পিক্লকিত্নন,—

মক, ফল্লব থাব কোয়শিন্দুনা থমখরে।
ফজব মকা লামদরে মহাক্কী নৌরবা শকফনসে
ভৌক্লনব উনান, য়োম্লবলৈরাগী মথোগুম॥ ১৯॥

উকু অসি শকফম অসিগী মতিকতি চাদে হায়বব্ব লৈতেং অমগী ফজব পীদবদি নত্তে।

চরাংন য়োম্লবস্থ মফজৈ থম্বাল কৌবা লৈবাংদো
মক্ল মক্ল মনীংথি থাজদ পকপ মায়হিংস্থ।
উকুন ফীজোন ওইরিবী তোঙ্গানবী অসিস্থ
থোইন হেন্ন ফজরি নীংথিজব শকফমদ
লৈতেং ওইদব করিনে ?॥ ২০॥

শজি মিত্রাভাবীগী মশাদ পক্লিব উকুসে
কল্লে কম্ম মনীংথি ঈরোন্নুংদগী ফাওরকপ
থম্বালগী নাওকল ওইরিবী গেঙ্গোংগী কল্লব মগোক্লম
শেংলিব উকু অসিদ পুক্লীং ঈরাং হলহন্দে॥ ২১॥

শকুন্তলা—(মাভদ য়েংলগ) ইভাশা ! মাভদগী হৈনৌ মপান অসিন, লুংশিংন মনা লেংবসিদ মখুৎ হত্তুনা এবু কৌবগুম তৌরি। অদুন এক্লরুখিব তারি। (চওশিনখিত্নন মায়োক্লখি)

প্রিয়ম্বদা—(শকুন্তলাদ) ঈভ ! মফম অত্নদ ভৈহাক্তুম লেপখোদ।

শকুন্তলা—করিগী নোনে ?

* প্রিয়ম্বদা—লুংশিংগদবা রাণাং ভাংবী।

প্রিয়ম্বদা—নঙন হৈখোঙদ লেপ্লদ হৈপাল অদো উবীন য়েংশঙুম নীংথিডন ডুরে।

শকুন্তলা—অদুন নত্রদো নঙনু প্রিয়ম্বদ কৌবিবরে ?

রাজা—থাঙ্গেংশ বনি প্রিয়ম্বদান হায়রিবসি মরমদি—

চিগ্নান অনমক চুসিগী অনৌব উনাশুম হুভাং
পাম্বোম অনি অসিগু নৌরব উশাগী ফদগ্নি।
লৈরাংগুয় নি খিব ৬াংথরুব মথোকপু
হকচাং কায়াং থুদিংদ হাপথ্রবনি বিধিন ॥ ২১ ॥

অনসূয়া—ঈচ! হৈনে মপান অসিদ মশান মশা কংখ্রবী "বনতোষিণী" হায়ন নঙন মিংথোনখ্রবী মাঙদ উরিব নবমালিকাসিবু নহাক কাউববরনে ?

শকুন্তলা—ঈশাবু ঈশান কাউব হৌনববা ? ঈতা! (উবা মনাক্ত চঙশিন্দুন য়েংলগ) মতম অসি হৈপাল-লৈপাল অনীগী হেদো-হেবা কাজনব অমসুং পুক্লীং হুব মতমনি। নীংথীবী মালিকা অসিস্ত লৈগ-শুগ মপুঙ ফাজরে, হৈপাল অসিস্ত মহৈগ-মরোংগ কাঙদোং ফাজরে, খুং-খাঙব ডাক পোল্লে। (য়েংদুন লৈ)

প্রিয়ম্বদা—(খোইকম পৌদুন) অনসূয়া! করিগীদমক শকুন্তলান বনতোষিণীবু চস্তক য়ুম্ন য়েংলিবনে, নঙ খঙব্রা ?

অনসূয়া—এদি খঙদে নঙ হায়যুদন।

প্রিয়ম্বদা—বনতোষিণীন মগুণ্নায়ন তাব হৈপাল ফংজবগুম এস্তু থরাযন তাব অমন ফংজববদিকো অসিনি।

শকুন্তলা—অদুদি নঙগীদুম ওইবিনি ? (চফু মচীন উপথৈ)

অনসূয়া—ঈতা! পিতা কণ্বন মখুৎমক্ত নঙগুম লুন য়োকচগ্রবী মাধবী-লতাবু করিগী কাউবি ?

শকুন্তলা—ঈশাবু ঈশান কাউব হৌনবর ? (মাধবীলতা মখোঙদ চঙথিদুন য়ুম্ন য়েংলগ হরাওবগ লোয়নন) অঙকপনি!

অঙকপনি ! প্রিযম্বদা ! নঙোন্দ মুংঙাইব রা অম নীংশিংবীগে ।

প্রিয়ম্বদা—কবি মুংঙাইব রানোনে ?

শকুন্তলা—মাধবীলতা'সে মতম ঈচা চাদন মখোঙদগী মতোন ফাওব মপানন পুঙয়োম য়োমখ্রেনহায় !

অনসূয়া }
প্রিয়ম্বদা } —( মনাক্ত তফিং ওফিং চঞ্জিতুন ) অচুম্বরনে ঈতা !

শকুন্তলা—চুম্মি চুমদে য়েঙঙ্দন ।

প্রিয়ম্বদা—(হরাও হবাও য়ে লগা) ঈত ! অতুদি নঙোন্দতুম মুংঙাইব রা অম হায়বিগে ।

শকুন্তলা—কবি রানো ? তাসি ।

প্রিয়ম্বদা—নহাক থীংদন নয়ুম পানব তাবে ।

শকুন্তলা—(শাউবগী মতাগুম্) অতুদি নঙগীতুম ওইবিনি । ঐখোয়দি তাজনীংদেয়ে

প্রিয়ম্বদা—করেম্নব নত্তেনে ঈতা ! মসিন মপান শাৎপ মতমদ নঙগী অফব লক্ষণ অম থোক্কনি হায়ন তাতকথন তাকপিখিব লৈ, অতুন হায়বনি ।

অনসূয়া—অতুননিদন শকুন্তলান পূক্নীং চঙন মাধবীলতাদ ঈশিং চাইবদে ।

শকুন্তলা—ঈচিন-ঈনাও থোকনৈয়ে অতুন চাইরিবনে । (ঈশিং চাই)

রাজা—শকুন্তলা, অসিবু কুলপতি কণ্বগী জাতি তিন্নদবী চন্থ অমদ পোকপী ওইরমগদরা ? চিংনতুন কান্নদে ।

ক্ষত্রিয়শিংন লৌব য়াব শোয়রোই ওসি নূরা'সে
লীচৎ কায়ন চত্তব পূক্নীংন মিঠৌরুরে মশিবু
চিংন-চিংনব মফমদ লমচৎনাইব মীশিংগী
পূক্নীংন তাব অতুবু য়াব থবক্কি মথঙনৈ ।। ২৩ ।।

অতুমকপু তপতাব অমতুংদি মখতলগে ।

শকুন্তলা—(ভকিং ভকিং) হাইমা ! ঈশিং চাইরুবদ খোইমু অমখক মালিকা ল্যন্দোক্লম্লগ ঐগী মায় ভমশিল্লক্লে ।

( খোইমু ভাল্লি )

রাজা—(পুক্লীং ভান য়েংলগ ) খোইমু ভানব য়েৌন মফক্তে ।

খোইমুন পাইরক পাইবকপ মাইকৈ খুদিঙদ ওন্দুন
হম্ন হম্ন পীশুম লৈ য়েংঙি মিৎম্না থম্বালন,
নঙ্গে কামগী ঈহুন্ন কিবননি খোইমুবু
অহুমকপু নাভাদি— শানৌ মিৎয়েং ভম্বনি ।। ২৪ ।।

( হাইফেৎ শাউবগুম )

খোইমু ও !

থুৎহাই ভোয়ন হাইহুন নঙবু ভোয়খাম মখান্মি,
মীৎমৈ ভথক ভথকপ ভনিক ভনিকপ মমীৎত
হম্ন হম্ন ভো'ল্লিবোই ! করি পাউনো অরোনব !
নাপদ চীক্ল ৎম্লিব প্রেমগী ঈফুৎ ওইরিব
চিন্বান চিন্থে'নরিবোই ! পারী পুরী থি'বিউে
ঐখোয়দি অরেম্ব ওইহৌবে নঙনহুম নিংজব থুংখরো ।।২৫।।

অমস্তুং

পীস্থুম অনি থকুন ঈরাং পুহুন ভথক্ল
য়েংহ মাইকৈ থুদিংদ উনগী ফিহুপ নাইরিব
খ্বাঙ থেকুন লৈরক্লি, থিক্ল থান নীংথিবী'সে
চিন্বান খর কাথোক্লি ভানবদ খোইমু 'শী' হায়ন
খোইমুন চিকনি কিবন পুং শেল য়াওদব
জগোই শাবী মওইরে ।। ২৬ ।।

শকুন্তলা—ঈভা ! ফজ্রব খোইমু অসিন য়াম্ন রারে ঐবু অমুক্ত কনবিয়ু । মভা অনি—( মোমোন নোকুন ) ঐখোয় অনিনবু কনব গুমগত্রা ? হুম্মন্তবুহুম কৌ, তপোবন হায়ব'সিদি নিংথৌন ঙাকপ মফমনি ।

রাজা—(মথন্দ) ঈশক উৎপ য়াব মভাও অমনি ! কিবিন্নু কিবিন্নু ।

( রাহৈ অসিগী তুংদ মথন্দ ) ঐবু শোয়দন নিংথৌনি খঙ্গিব তারে, অদুনদি অতিথি শারগে।

শকুন্তলা।- ফজব খোইমু'সে চৎখিব ঈনাই নাইদে! ঐমক্ত মফম অমদ চৎচরগে। (মফম হোংই অমস্তুং হন্ন য়েংই)। ওস্থোকপনিদ! মফম অসিদস্থ ঐবু কোয়তান তান্নরি। ঐবু খর কনবিয়ু।

রাজা—( ফিংলপ চংলক্লগ ) আঃ কনানো?

লম্বোন-তুহেনবগী মঙীওবু	য়ৈথব পুরুবংশগী
মচান লৈবাক লাক্লিকৈ	জগৎকী ঈরাং খণ্ডবী
তাপসকন্যা অসিদ	য়োৎচৈ কারল চল্লরিবা?

( নিংথৌবু উরগ তথক তথকই )

মন্ত্রী অনি—আর্য্য! হেন্দোক থোইদোকপ অকিব নত্তে, অদুবু ফজব খোইমু অসিন ঐখোয়গী চান্নথোইবী ঈতাসে খর রাবদনি ( খুৎন থিন্দুন শকুন্তলাবু তাকই )।

রাজা—(শকুন্তলাগী নাক্তা চঙশিন্দুন ) তপস্যাগী খোংচৎতি হেনগৎ-লিবর ইবেম্মা! ( শকুন্তলা ঈকায়দুনা লুকথখি )

অনস্য়া—হৌজিক্তি অখন্নব অতিথি ফংজরবনিন পেল্লেদনকো!

প্রিয়ম্বদা—লেংশিনবিরকসি আর্য্য! ( শকুন্তলাদ ) ঈত ঈবেম্ম! চৎলো. খাংপোকশঙদগী উহৈগ কোন্নন অর্ঘ্যপাত্র[১] লৌরুরো, মসিন পাদ্য[২] ওইনব য়াগনি। ( অসি হায়দুন চফু উৎলি )

রাজা—ঈবেম্মশিংগী অচুম্ব অমস্তুং তরাম্ব রাহৈ অসিমক্ত অতিথিগী সৎকারদি ফংজরে।

অনস্য়া—নীংথিন উরুম লাংব ইঙলব সপ্তপর্ণগী[৩] কৈথোক নাম্থোক্লব মখোঙ অসিদ লেংশিল্লগ অরা পোথাবিসি।

রাজা—ঈবেম্মশিং পূম্নমকস্থ ধর্ম্মগী থৌদাং অসিন য়াম্ন রাবিরে, অদুন ওহাক্তদি ফম্বিয়ু।

---

১। "অর্ঘ্য" পূজাগী পোৎচং অম। ২।"পাদ্য" খোঙ হাম্নব ঈশিং।
৩। সপ্তপর্ণগী মমিং সপ্তচ্ছদস্থ কৌই, শরদঋতুদ মপাল শাৎপ উপালনি।

প্রিয়ম্বদা—( শকুন্তলাদা তুমিন্না ) ঈতা ! অতিথি সেবা হায়বসি নখোয় ঐখোয়গী হেনক্কত্রব ঈথৌনি ; লাক্লো ঐখোয়স্ম ফম্মুসি । ( পুন্নমক ফমথখি )

শকুন্তলা—( মথণ্ড ) মীশক অসি উরগ তপষ্যাগী অকায়ব ঈহুন অম লাকলিবসি করিগীনো ?

রাজা—( মখোয় পূন্নমক য়েংলগ ) শকমান লেংমান্নবী নখোয়ন মরূপ মপীজা ওইন লোইনব মতৌ অসি উবদি পূক্নীং ঈপেন পেল্লি।

প্রিয়ম্বদা—( অনসূয়াদ তুমিন্না ) ঈতা ! কনা ওইরিগদগে মহাক অসিবো ? মসিগী শকফম উবদদি চনিংতাগদব অমস্যুং চোকশিনখোইজিনগদবগী মতৌ মাল্লি। মসিগী ফজব রাহে রাতানম্নু অঙম্ব মীশক অমদা লৈগদব অচৌব পুকচেল অত্ন উংলি ।

অনসূয়া—( তুমিন্না ) ঈতা ! ঐস্সু মরম অসি'দ য়াম্ন খঙনিংলিবনি, অহুনদি ঐ হংলগে। ( ইফোং ফোংন ) আর্য্য ! চীখোন নাখোনব রাহৈ তাজবদগী পোকখিব ঐখোয়গী পুক্নীংগী থাজবন ঈনশিল্লক্কুনা হংজদব ওমত্রন্থুন হংজরি । কয়ম্ব নিংথৌ শাগৈদ থাউমৈ ওইহুন ওানবিরি ? করম্ব লৈবাক্ক আর্য্যগী থাইনমৈশা লাংহৌরি ? অহুগ অস্নুক থোং নৌরব হকচাংবু তপোবনসিদ লেংলকতুন অন্নাব মাইয়োক্লহনবিরিববু করিগীদমক্তনো ?

শকুন্তলা—( মথন্দ ) পূক্নীং ! পাখংলগম্নু, ফিঙ্গংলগম্নু, ( তপথরো ) হৌজিক্তি নঙন নিঙজরম্ব পূন্নমক অনসূয়ান হংলি ।

রাজা—( মথন্দ ) হৌজিক তৌগদবসি করিনো ? অশেঙব তাকসি কদায়? তাকহুসি কদায় ? ফরে অস্নুম্ন হায়ব তারে। (ঈফোং ফোংন ) ঈবেম্ম ! ঐহাক্তি বেদ খঙব পুরু শাগৈগী হৌজিক পাল্লিব নিংথৌগী কোন্নুংদ লৈব রায়েল শঙগী রায়েজব নিপা অমনি, অহুবু পুণ্যাশ্রম অসি দর্শন তৌজনিংহুন লাকচবনি ।

অনসূয়়া—য়াম্ন নুংঙাইজরে, ঙসিদি ধর্ম্মগী থৌগাই ঙাক্লিব ঋষি পুন্নমক মপু পাঙ্গরবনি। ( শকুন্তলান অপাম নুংশিগী ঈকায়ব মতৌ উৎলি )।

মতা অনি—( অনিমক্কী মশক উরগ ) ঈতা শকুন্তলা! পিতা কথন ঙসি মফম অসিদ লৈবম্লবদি—

শকুন্তলা—অদুগ করি তৌরমগদৌরিব?

মতা অনি—অদু ওইরম্লবদি পুন্সিগী অসিন মরোইরে হায়ব মপোৎন অথন্নব অতিথি অসিগী পুক্লীং থুংহল্লমগদবনি।

শকুন্তলা—( শাউশিন্নে ) চৎলো, চৎলো নচিম্নোক নখাথোক তাজনীংদে।

রাজা—ঈবেম্মশিং নখোয়গী নতা অসিগী মরমদ ঐন খঙনিংব খরস্ত লৈরি। অদুবু ··· ···

মতা—ঈরাইবক্তুম ফবনি, অদুবু হায়জব ওইন তৌবিরিবসিবো?

রাজা—মতীক মগুণ চাউরব মহর্ষিকণ্বদি পুন্সিচুপ্প ব্রহ্মচারীনি, অদুবু নখোয়গী নতা অসিন মহাক্কী মচা ওইরিবসিমদি ঙকই।

অনসূয়া—তাবিয়ু আর্য্য! বংশগী মিংকম লৌদুন মহাকপু কৌশিক কৌনব, তপশক্তি মপুংফাব রাজর্ষি অম লৈরম্মী।

রাজা—ভগবান্ কৌশিক অফাওবনি।

অনসূয়া—ঐখোয়গী ঈতাবু পোকপদি মহাক অদুনি খঙবিনি। "ছুন্দোক্লম্লবী" ঈতাবু য়োকপিখিবদগী ভগবান্ কণ্বস্ত ঈতাগী অপোকপা অমনি।

রাজা—"ছুন্দোক্লম্বী" রাহৈ অসিন মথং খঙনীংব অমস্ত লাক্লে, মথং-শিংন তম্বীয়ু।

অনসূয়া—তাবিসি আর্য্য! মমাংঙৈদ অকিবফংন তপস্যা তৌখৎ-লকলব-রাজর্ষি অদুগী মথক্ত লাইশিংন চিংনরদুন মহাক্কী তপস্যা কায়হনগে হায়দুন মেনকা কৌরবী অপ্সরাবু থাবকখি।

রাজা—অতোপ্প অমন তপষ্যা তৌবদ কিব হায়বসিদি লাইশিংগী মহৌশানি। করম তোরে অহুদগীদি ?

অনসূয়া—বসন্তন খোংদারকপন নীংথিরব মতমদ পূক্রীং হয়াও-তুজুংনঙাই ওইব মেনকাগী চেংলৌ উন্নকপদ—( রাহৈ মতেক অসিগী তুংদ ঈকায়ব উৎখি )।

রাজা—মমৈথংদ ওইখিবমগদব অহুদি খঙলে। শোয়ত্রে শকুন্তলা, মেনকা কৌবী অপ্সরাগী মচানি।

অনসূয়া—অচুম্বনি।

রাজা—ওইফমস্ম থোকই।

অমুক ফজব শক্লবু মীওইবীদগী পোকপ ওইগত্র।
মঙালন তকুপ তরাংব নোংথাংন লৈপাক্তগী পোকপর ॥ ২৮ ॥

( শকুন্তলা ঈকায়বন লু—লুকুন লৈ )।

রাজা—( মথন্দ ) ফরে হৌজিক ঐগী আশাস্ম খুদোং ফংলে।

প্রিয়ম্বদা—(মোমোন নোকুন শকুন্তলাদ য়েংলগ ) মহাশয়বু য়েংজবদ অমুকস্ম খর হংনিং খঙনিংবগী মতাগুম উজৈ।

( শকুন্তলান খুৎকী ইঙ্গিতন থাম্মি )।

রাজা—ঈবেম্মন চপচান খঙবীরমলে। নখোয়গী ফজরব চরিত্র'হু তাব পামজরি, অদুন হংজনীংব খরস্ম লৈরি।

প্রিয়ম্বদা—বাখল পংকুপ কুপ্নিরুদবস্ম অহুমঙায়, তাপসশিংগী মফমদ হংনিংব হংবিবদ অরেপ্প নিয়ম করিস্ম লৈতে।

রাজা—ঐন হংজরিবদি অসিনি,- নতা ঈবেম্মসিবু--

কামগী থৌরম থিংলব— ব্রহ্মচর্য্যব্রতবু
ঙাক্কদব মতমসি　　ময়ুম পান্ত্রিগৈ ফাওবর ?
নত্রগ পুন্সিচুপ্পসি　　মিংমাম্নবী চাম্নজবী,
শক্তি অমোমশিংসিগ　　লৈমিন্নরগত্র বন'সিদ ? ॥ ২৯ ॥

প্রিয়ম্বদা—হৌজিকমক্তি ঈতা অসি ব্রতনিয়মগী মখা পোল্লিব্রীক্তি

অদুবু মতিকচাব বরগী মথুত্ত কথোকখিবদি পিতাগী অরেপ্প পুক্লীংনি।

রাজা—(হরাও হরাওন মথন্দ ) হে থম্মোয় !
মসিবু ফংগে নিংজরো চিংনব কোক্লে হৌজিক্তি।
মৈর হায়ন চিংনরম্ব'দু ওইরম্লে শোকঙম্ব রতনদুম ॥৩০॥

শকুন্তলা—( শাউবগুম ) অনসূয়া ! ঐ চৎলে।

অনসূয়া—করিগী ?

শকুন্তলা—প্রিয়ম্বদা অসিন কান্নদব ( অরেম্ব ) রা ভাংলিবসি আর্য্যা গৌতমীদ তম্মুনি। ( অসি হায়রম্লগ হৌগৎখি )

অনসূয়া—সেবা মতোললোমত্রিব অথোইব অতিথি অসিবু হুন্দোকতুন হেক মচৎপসিদি আশ্রমদ লৈব ঐখোয়গী মতীকচাব থবক নত্তে। ( শকুন্তলান থুম্নমদন চৎখি )।

রাজা—( মথন্দ ) ইহে ! চত্ত চৎখ্রেনে ! ( ভান্নদুন ফানিংবগুম তৌই অমুক হন্থে ) ওস্থোকপনি ! অপাম্বগী মখা পোনথ্রব মীশিংগী পুক্লীংগী থবক হায়বসিদি হকচাংগী থবকুম্বোইরে। মরমদি—

মুনিকন্যাগী ভুংইনগদৌরিব ঐবু
খঙহৌদন খামখি তপথব পুক্লীংন।
মফমদি লেঙদে অদুবু ঐহাক'সে
হল্লকপগুম তৌই ভুংইন্নুবদগী ॥৩১॥

প্রিয়ম্বদা—(শকুন্তলাগী নাক্ত চঙ্দুন) শাওগনবী ঈভা ! নঙ্দি চৎপ য়ারোইয়ে।

শকুন্তলা—( লৈথোক্লক্লগ পীগুম গুক্তুন ) করম তৌন ?

প্রিয়ম্বদা—নঙোন্দ ঐগী ঈশিং চাইবগী থুল্লং অনিথক তোনখিবদু শিংঙমখো, অদুগ চৎখিব রাগনি। (চত্তনব কম্ব থিংই)

রাজা— ঈবেন্মা ! ঈশিং চাইক্লবদ নভা অসি খর ব্রাগ্রম্বান্নে নিঙিঙ মরমদি—

চফু কোয়থাং থাংবদ　　খুবাক তঙাং তঙাংলি,
লেংজুম অনি হীকথরি　　স্বরন থবেং থবেংলি,—
মথীক মথা তনিকলি　　হুমাং কারি মায়থোংদ।
নাপদ চিনব শিরিষস্তু　　হুমাং মরীক ফাজিল্লি
নাম্বোক্লব শমজিদগী,　　চোইজাইনরব শমলাংবু

মখুৎ নামন খোমজিল্লি ।। ৩২ ।।

অহুন ঐন মাগী লমন শিংজরবসিনি। ( অসি হায়রুন খুদোপ অম পিখি )।

( মভা অনিন লৌই অমস্বং খুদোপ্ত ইরিব মিংগী ময়েক পারগ মহৈ মহৈ য়েংনৈ ) !

রাজা— অম অম খনবিরুগনু, খুদোপ অহু মহারাজদগী মনা ওইন ফংজরকপনি।

প্রিয়ম্বদা—অহুনদি পোৎশক অসি—মহাশয়গী খুত্তগী থাব য়াদব ভারে, অহুন ঈতাগী লমনদি ভাকপিরিব য়াথং অহুমক্তন কোল্লসনু।

অনসূয়া—( শকুন্তলাদ ) ঈভা ! থৌজাল হৈরব আর্য্য অসিন নক্তগ রাজর্ষি অসিন নহাক্কী লমন শিংবিয়ে, অহুন চৎনিংব ননিং ভোজখ্রো।

শকুন্তলা—( মথন্দ ) ঈশান ঈশাবু ওমজবী অম ওইরম্ববদি, মীশক অসিবু থাদোকচরম্লোই।

প্রিয়ম্বদা—হৌজিক্তি করিগী চত্রে ?

শকুন্তলা—চৎকে চৎলোই ঐগী ঈনিংনি।

রাজা—( শকুন্তলাবু য়েংলগ মথন্দ ) ঐন মহাকপু মুংশিজবগুম্ন মহাক্নস্থ ঐবু মুংশিবিরমগত্রা ? অমরোমদ পুক্নিং অসি লুম্বস্ত ময়ারে মরমদি—

ঐগী ঈরাদ মহাক্ন বাহৈ অমস্থ য়াম্লক্তে
অত্থমকপু মতাবী ঙাংব পুম্নমক খোয়জঙন।
লেপ্ন ঙমজদে নীংথিন মায়োক্নন ঐহাক
অত্থমকপু মসিগী মীৎয়েংফমদি ঐহাক্নি ॥ ৩৩ ॥

( নেপথ্যদ )- তাবিয়ু তাপস পুম্নমক ! তপোবনগী জীব পুম্নমক কম্নবগীদমক শেমশাবিয়ু, মরমদি মহারাজ দুষ্মন্ত মৃগয়া লাকতুন তপোবনগী নাকওইনররে।

চিংয়া থাংলব মুমিৎকুম ঙাংলব উফুল খিবিক্ন
শগোল খুজিন্দগী খোরক্লে কৌজেং হারৌগী মতৌঙম।
মখোয়গী মশাদ অচোৎপ মুনিগী উকু য়াম্লিব
আশ্রমগী উপাল খিবিক্ত নপ্লরিবসি য়েংবিয়ু ॥ ৩৪ ॥

রাজা— (মথন্দ) অরাবনি ! লাম্মী পুম্নমক্ন ঐবু থিম্নকপদ তপোবন কোয়শিনগ্রমাম্লে।

( নেপথ্যদ )—তাবিয়ু তাপস পুম্নমক ! শামু অমথক য়ৌরক্নত্থন অহল-লমন মুপী অঙাং পুম্নমক মীপাইনরে।

মহাক্নী অকনব য়াথিনন মায়োক্নব উপালদ
ময়া তেক্তুন লৈহৌব, উৱীচবুল অমন
কম্নচিংলুবদ থোরীগুম থুরৌ ওইন ফাখিব।
দোলাই উবদ কিম্নব বিম্নগুম্ব শকনাইব
শামু লমশা লাক্তুন তপোবনবু ওৎলরে
শক্তি সঙ্গ খিবিকপু মায়কৈ থুদিং তানথাইরে ॥৩৫॥

(মুপীশিং অত্থ ফুক ফুক হৌগৎলি)

রাজা—( মথন্দ ) অরাবনি ! ঐদি ঋষিশিংদ লওজয়ে। করিনো.
অমুক্তংদি হন্দুন য়েংলুখিগে।

মত্য অনি—আর্য্য ! শামু ঙাওরক্লে হায়বগী পাউ অসিন ঐখোয়
পুম্নমক মীপাইজরে, য়াথং পীনবীরো খাংপোক্ত চঙজখ্রগে—।

অনসূয়া—( শকুন্তলাদ ) ঈতা ! আর্য্যা গৌতমীদি পুক্নীং তথুক
তথুকলম্নগনি, ঐখোয় পুম্ন থীন্দন খাঙপোক্ত চঙগ্রসি।

শকুন্তলা—( খোংথাং পনবগী মতৌ উৎলগ ) এঃ ! এঃ ! খোঙ অসি
শক্তিং হৌত্নুন থাংব য়াদ্রে।

রাজা—ইবেম্মখোই ! তপ্ন তপ্ন য়েংন-য়েংন লেঙবিসি। আশ্রমগী
অমাঙব থোক্তনবগীদমক ঐস্নু য়াব মখৈ হোৎনজরুগে।

মত্য অনি—মহাশয়ন পুম্নমক খঙবিরে। সেবা মতীক চাখিদবন লওজখ্রে
ঙাকপিগনি। তপোবনদর্শন ওইন অমুক্তং লেংবিয়কপ নিজরি।

রাজা—নত্তে নত্তে। নশোয়গী নিংথিব চেংলৌ উজবসিমক্তন ঈপেন
পেপ্পরে।

শকুন্তলা—অনসূয়া ! অনৌব কুশ মতোম্ন খোঙদ য়ুরে, অমসুং কুরুবক
মশাদ ঐগী উকু অসিস্ত পনখ্রে. ঐবু ঙাইয়মখো ; অমুক্ত
লৌথোক্লকখিগে।

(অসি হায়ত্নুন উকু লৌথোকশিন্নত্নুন মহারাজবু য়েংন য়েংন
ঙৈহাক থিন্থরগ মত্য অনিগ চৎখি)।

রাজা—(স্বর হোন্দোক্লগ) পুম্নমক হনখ্রে ফরে ঐস্নু হল্লগে শকুন্তলাবু
উরুঙৈদগী কোম্নুংয়ৌন চৎনিংঙকত্রে। ইনাই ঈশন পুম্নমক তপো-
বন্দগী লাপ্ন থম্মুখিগে শকুন্তলাবু উদবদি ঙম্মোইদৌরি। মরমদি-

মুংশিং মায়োক্লরগ
ফীরানগী ফীনান তৌবগুম।
মাংদ চৎলি ঈশান
তুংদ লৈহৌই পুক্নীংন ॥৩৬॥

( মী পুম্নমক থোকখি )।

# অনিশুবা অঙ্ক

( মতুংদ বিদুষক * চংলকই )

বিদুষক—(স্বর মপী হোন্দোক্লগ) ঐদি মাঙেও! মৃগয়াদ শিজরগে হায়ব নিংথৌনি। মসিগ মরুপ ওইরুদুন কয়াদ রারবনোসে! কালেন থাগী নুমিৎ চপ য়ুংবদ মুংশা মরক্ত শজিসে, ওক'সে, কৈ'সে অসিদ তৌদুন উমং খুদিং লিশাঙ শিংন চৎপ, অদুগী মথক্ত উনা জাৎস্নুন ভাবন য়াক্লব, মুংশা মৈশান ফোঙ ফোঙ শাব চৌংগী তুরেন কয়াগী ঈশিং থকপ. মতম নাইদন চাব, চারিব চিঞ্জাকস্মু ফোঙফোঙ শারব শানম নম্বা! শগোল শামুগী মখোম্ন অহিঙদ মপুং ফান তুম্বস্মু য়াদব, অদুদগী য়েন্দা অহানবদ মীনাই-মচা উচেক কাপ্ন ব্যাধশিংন উমংদ চৎপগী নিম্নরকপন মীকপ থোকপ। অসিনস্মু ঐ অদুক রাদে। নুরিববু হৌজিক চায়রুংদ অম পোমথোক্লক্লিবসিনি, অসিন খাঙবদ রান থোকই। অসিগী মথক্ত নিংথৌ অসিন অমুক ঐবু তুংওইনরম্নগ শাগী খোঙ্গুন লিরুনবগী তপোবনদ চঙখ্রে, ঈরায়বক্ক থীবন শকুন্তলা কৌবী তপস্বিকন্যা অমস্মু থেংনখ্রে। মহাকপু হেক উনখিবদগীদি কোম্নুং চৎপগী রা নোংমফাওব পনখিদ্রে। হিপ্ন হিপ্ন অসিগীদমক খনবদ অহিঙচুপখ্রে, অদুন তৌগদৌব উপায় করিনো? ফরে, মৃগয়াগী মতিকচাব ফীজেৎ শেৎপ মুংশিজরব ঈতাও'দুগ উন-রুরগে (লাকপদু উরগ) এঃ! বনগী লৈরাং পরেং ঙক্তশি, খুৎন লীরুং পায় শকুন্তলাগী রাখন্দ তাউদুন অসোমদ লেংলক্লিবসি মুংশিজরব ঈতাওনি। ফরে ঙসিদি নুয়াঙতেকপ শাদুন লৈগে. মসিন পোত্থাব ঙম্বর য়েঙ্গে। (চৈশুদ অরুম্ব পীদুন লৈখি)।

( মতুংদ হায়খিবমরোংদু ওইন নিংথৌ চঙলকই )

---

* "বিদুষক" শৃঙ্গাররসগী নায়ককী মতেঙ ওইব মহাকী মথৌ ফিজেৎ রাঙাং-শাঙাংন মীবু নোকহনব, খৎনবস্মু পাম্ব, মথৌদি খঙব মমীং কুশুম, বসন্তনচিংব কৌববুনি।

রাজা—(মথন্দ) মুংশিবী নহাকপু ফংবদি তরাই তরাই থক থোক্লোই
উরগদি মতৌ'হু        ফংগনি নিংই পুক্লীংন।
অপাম মুংশি থুংনত্রবস্থু        মুপী নিপা অনিগী
মহৈ মহৈ নিংনবন        মুংঙাইবদি থোকহল্লি ॥ ১ ॥
( মোমোন নোক্তুন )
মীগী মবুকপু মাগী মবুককুম্ন খন্দুন ফংজগে তাল্ল্রব মী
অহুদি—থর মনঙ্কংপিখিব হায়বহুনি।
অমরোমদ য়েংব শারগ        হুহুন য়েঙ্খিব মুংশি' মিংয়েং
চংখিব থোংচং তপুপ্প        নিতম্বগী[১] লুম্বন
বিলাস[২] উংপগী মতাগুম        চংপ য়ারোই হায়রুবদ
মহাক্ল শাউবগুম থুমখিব        মাগী মতাদ য়েংহুন
পুম্নমক অহু ঐঙোন্দ        পাল্ল্রসন্ন তৌবনি!
ওন্থোকপনি মীওইব!        অপাম্ব' মথুং চনপ্রব!
অমদ তমহুন তৌবস্থু        ঈশাগী ওইরবোয় মনিংই ॥২॥
বিহুষক—(মরোং অহুম তৌন লৈরগ) মহারাজ! ঈথুং তিংথোকপা ঙমজত্রে, রাহৈতন আশীর্ব্বাদ তৌজরি। জয় ওইবিয়ু জয় ওইবিয়ু।
রাজা—( মোমোন নোক্তুন ) করিনো? নঙগী নশা অহুন করিনো তৌরিবহুবো?
বিহুষক—মীৎত খুদোনবীন থিল্লগ নশামরু পি তাবগী মরম হংলিব্র?
রাজা—মচা তান হায়য়ু থঙব ঙমত্রে।
বিহুষক—লীন নমবোনব মীগী মতৌ তম্ববু মশানর? তুরেনগী ইথিন্নর?
রাজা—তুরেনগী ইথিন্ননি।
বিহুষক—ঐগীস্থু নঙননি।

---

১। নিতম্ব—নিংজোল। ২। বিলাস—মুংশিব মী লাক্লগ মম্ব, লেপ্প, চংপ, য়েংবদ হান্নগী মরোং কায়ব অহুবুনি।

রাজা—করম্ন ?

বিদুষক—নিংথৌ নঙগী নথৌ অমস্তুং অকি অখং লৈত্রব কোন্নুং ভুম্বোক্তুন মফম অসিদ ব্যাধগী লীচৎ চতুন লৈরিবসি য়াম্ন ফৈ। নঙগী রাহং অসিগী পাউথুম ঐন করি পীশিগে ? ব্রাহ্মণ মচানিদো ঐদি, ঐন নুমিৎ খুদিং শাগী তুংইন্নবদ ঐগী লু ভাং পুম্নমক তেক্লে, অত্তুন লেঙব য়ৌন ঙমশিল্লক্রে। ঐবু খর চাল্লু, নোংমতস্তু মপোথাঙ।

রাজা—(মথন্দ) মানস্তু অস্তুম্ন হায়রি, ঐস্ম শকুন্তলাবু খল্লুবদ মৃগয়াদ পুক্নীং অত্তুক হাক্ল চঙদ্রে। মরমদি—

লীরিস্তু মচল্লে ভেঙ্গাস্তু মথোংলে,
শজিদ তেম্ন কাপ্পদি ঙম্মোইদৌরি ঐহাক্তি।
লৈমিন্নজবনি খন্দুন চান্নথোঙবী মঙোন্দ
ফজব শরুক মমিৎকী খাইত্তুন পীখিব শজিনি ॥ ৩ ॥

বিদুষক—(নিংথৌগী মায় য়েংলগ) ঐন হায়জব পুম্নমক নাদ হাপ্তে, অতোপ্প রাখল তৌত্তুন লৈরে, ঐন তৌরিবসিবু বনদ লাউরিবর ?

রাজা—( মোমোন নোকতুন ) মরুপকী র ভুম্বোকপ য়াদে হায়ত্তুন করি ঙাংদন লৈরিবসিনি।

বিদুষক—( মুংঙাইবগী মতৌ উৎতুন ) মতম কুইন পুন্সিখো মরুপ।

( অসি হায়রম্নগ চৎকে হৌগংখি )

রাজা—ঙাইখো বন্ধু! ঐগী রা লোইন তাখো।

বিদুষক—হায়য়ু।

রাজা—ফরে নহাক পোখারো। অত্তুগ ঐগী অরায়ব থবক অমতংদদি নতেং খর পীয়ু।

বিদুষক—করিদনো ? অথুম অহাউ চাবদরনে ?

রাজা—হায়জখিগেনে।

বিদুষক—তারগে লৈরিবসিনি।

রাজা—মফম অসিদ কনা কনা লৈবগে হা ?
থোঙশঙব—(চঙলক্লগ) মহারাজ সনা য়াথং তাকপিসি।
রাজা—রৈবতক ! সেনাপতি কৌরকউ— ।
থোঙশঙব—ফগনি। (থোকলুরগ সেনাপতিগা লোয়নন অমুক চঙলকই)
চঙশিনবিরকসি সেনাপতি ! ঐখোয়গী রাদ পুক্লীং চঙন ঙাইহুন লৈরিরি। মানাক তান্ন চঙশিনবিরো।
সেনাপতি—( মহারাজবু উরগ মথন্দ ) মৃগয়াগী ফত্তবশিং অসি মিৎন খোঙন উবব খঙলবমক্তদস্থ মসি মহারাজদদি অফব ঙাক্ত ওইন থোকই

কুইন লীবি চিংলকপন　　ঈকনকনশিনখ্রব হকচাংনি
গুংশা লায়ন খাঙব ঙম্মে　　হুমাং শৌতুনস্থ কৈদৌদ্রে।
খঙদে ময়েং শারবস্থ　　কুপখিবন ফীরোম্ন
লে দব পাংগন্ন ভিল্লিব　　অসিগুম্ব হকচাংবু
চাঁঙদ লৈব শামুগুম　　পুবি মহারাজন ।।৪।।

( নাক্ত চঙশিল্লকই )

মহারাজগী জয় ! মহারাজ ! বনদ চংহুন করম্ব মফমন শারমনো অমস্থং করম্ব মফমন শগোলনো খঙজরক্লে। অসি নত্তব করম্ব অম চৌনিঙায় লৈরিবগে ? তাকপিসি।
রাজা—ভদ্রসেন ! মৃগয়াবু হুল্লানব-মাধবান মৃগয়াগী মরীদ ঐগী হৈনিংব পূম্মক মাঙহল্লে।
সেনাপতি—( বিদুষকগী মফমদ তুমিন্ন ) মাধব্য ! মরুপ ! নপূক্লীং চেৎলু। ঐদি মহারাজগী স্না পুক্লীংগী মতুঙ ইনগে। (ফোংন) মহারাজ ঈবুংঙো ! ননাই অপঙবনি, পংঙাং-ঙাংজবনি। মৃগয়া ফৈ হায়বদি মহারাজনা খুদমনি। মীৎয়েং তাবিয়ু—

মৃগয়ান মেদ* মাঙহল্লি　　পুক্লী ময়েং তাহল্লি,
য়াংহল্লি নোম্ব ঙমহল্লি　　শাউব কীব মতমদ

---

*মেদ—হকচাং নোয়বদ মতেং ওইব হকচাংগী মন্নুংদ লৈব ধাতু অমনি।

পুক্নীং খঙহল্লি শাশিংগী, অচেনব শাদ তেনবানব
লীরুং পায়বগী মগুণনি মৃগয়াবু অরেম্বনি হায়বদি
ওইদব য়ানি খঙবীয়ু লৈতে অসি নত্তুন মুংঙাইব ॥৫॥

বিদূষক—(অশাউবগ লোয়নন) হায় ! থৌজিনব হৈব ! মফম অসিদগী চত্থোকখ্রো চৎলে। । মহারাজদি পুক্নীং লৈতা-বিরে। বন অমদগী অম তাম্ন চৎপদ, মীনাইমুপীগী মচা নঙদ লমহুই অমস্তুং শজি পাম্নব শরোমগী মচীন্দ তাব ওইরে। ।

রাজা—সেনাপতি ! ঐখোয়ন লৈরিবসি তপোবন মনাক্ত'ন, অদুন সেনাপতিগী র। ঐ ঙাকপ ঙমদ্রে।

লয়োঞ্জরসনু ঙসিদি মচীন ঈশিং খত্তুন
শজি শঙ্গুন উরুমদ মুংঙাইন শগুপ শাইরসনু ।
ওক্নী শঙ্গু খিবিক্ল পাৎ-কোম ময়াদ
অকি অখং লৈতন কাওথুম তান্দুন চাসনু,
খোংজিনাম থারব লীরুংস্তু পোথারসনু ॥ ৬ ॥

সেনাপতি—মহারাজগী স্ন। য়াথংগী মতুঙ ইনবনি।

রাজা—অদু ওইরবদি মাঙদ চৎখ্রিব লীরুং পায়ব লাম্নীশিংদু হল্লক্লব তৌরে। (তপোবনদ) ওৎত-নৈদনবগীদমক লাপ্ন হন্দোকউ হায়ন তাকপিগদবনি। য়েংউ—

অপান্থ অশাউব লৈতব তপোবন অসিদ
থুপ্ন থুপ্ন লৈবনি চাকথেকপঙম্ব মৈস্তু ।
সূর্য্যকান্ত মণি'দো পায়রবস্ত কৈদৌদে
য়ৈরবদি মুংশান ঈরায় লায়ন চাকথেকই ॥৭॥

সেনাপতি—অস্নুম তৌজৌ তাকপিবদুমঙায় ।

বিদূষক—থৌজিনব ঈবুংঙো ! হন্দোকখ্রো হন্দোকখ্রো ।

( সেনাপতি থোকখি )

রাজা—( মনাইশিংদ য়েংলগ ) নখোয় পুন্নমক মৃগয়াগী ফিজেৎ হোং-
দোকলো, রৈবতক ! নহাকস্ত নফমদ লৈরবো।

রৈবতক—ফগনি মহারাজ ! ( চৎখি )

বিদূষক - হয়িং ফাওব তাম্বোকলেদনকে, অদুদি মুণ্ডপাকথক অসিদ
ফম্লরো, উগী উরুম্ন থাকন্ ওইদুন লৈরে, এশু মুংওাইন
ফমদোক্কে।

রাজা -- মাওদ চৎলু !

বিদূষক—লাক-ও লাক-ও। ( অনিমক চণ্ডদুন ফমখি )

রাজা - মরূপ, মাধব্য ! নণ্ডদি মীৎপানবগী কান্নব ফংদ্রিদকো !
মরমদি অথোইব পোৎশক উদ্রি।

বিদূষক করিনোনে ! ঈমাণ্ডদ নও লৈরিবসিদি।

রাজা -- মাগী মাগী ওইব মীশকপু ফজন উবদি পুন্নমক্কীনি,
তৌইগুম্বসুং তপোবনগী লৈতেং ওইবী শকুন্তলাবুনি এন
হায়রিবদি।

বিদূষক - ( মথন্দ ) ঐন মসিগী শকুন্তলাদ লৈরিব প্রেম অসিবু
হেনগৎনবদি তৌরোই। ( ফোংন ) হেঃ ! তাপসকন্যা
লোব য়াদবী অদুবু উরগ কবি কান্নবগে ?

রাজা — অপণ্ডব হায়বসিদি তোল্লিদকো !
মমিৎ অনি কুপ্তুন মমায় থাঙ্গত্তুন মীশিংন
নিনিপানবগী থাজবু করি রাখল্ল য়েংবগে ॥৮॥
য়াদব মফমদদি পূক্কীংন কৈদৌঙৈদসু নীংলোইদবনি।

বিদূষক—অদুদি হায়য়ু।

রাজা — মহাক্তি মুনিন পোকপীনি,
নীংথিবী অপ্সরাগী মবুক্ত,
মমান হুন্দোকপীরম্লে,
কথন ফংনদুন য়োকপিরে,
অনৌব মালিকা লৈরাংন
লৈখোক্কগী কেল্লগ

অঙ্গোৎ পাম্বী মথক্ত
লৈবগী মতানি য়েংবদ ॥৯॥

বিদুষক—( নোক্লুন ) অথুম অহাও চামল্লক্তুন। লেরব মীশিংন মঙ্গে চানিংলকপগুম্ন লৈমকোনগী মীথোই মীহেনবীশিংবু পাম্লকত্রদুন মহাকপু অম্নক পাম্লক্লিত্র ?

রাজা — ঈতাও। নঙন উদদন তৌরিবনি ঙাংলিবদো।

বিদুষক—ঐন নিঙই শোয়দন মহাক অদু মশক মতৌ ফজরমগনি, মরমদি নহাকমকপুস্থ শুন্ধংগ্রবীনি।

রাজা—মরূপ! থোইন হায়রুদুন কাম্নদে।

ভাইবংপানব মপুগী শেম্ব ঙম্ব মথোন
ফজব শকফম মহাক্কী খল্লুরগ নিঙিঙ ঐহাক্ল
তাইবঙ শেম্ব মপুন শেম্নব মপোৎ খিবিকপু
পুক্লীংদ মুন্ন খল্লগ ফজব মপৈন ভাদুন
মীথোই মীহেনবী মহাকপ্ন শেমখিমাল্লে নীংথিন ॥১০॥

বিদুষক—অদুনদ নুপী পুন্নমক্তগী ঈহেন হেন্ন নীংথিবী ওইব তাবে।

রাজা—মরূপ! ঐন অসিমস্থ খল্লি।

মনম নমখিদ্রিব লৈরাংগুম্ব খুজিম্ন থংখিদ্রিব না'নৌগুম্ব
শিনদ্রিব রতনগুম্ব থকখিদ্রিব 'নৌব খোয়হিংগুম্ব
পুণ্যগী অপুনব মহৈগুম্ব নীংথিব মশকাতো মহাক্কী
খঙদে কনাগী লাইবক্ত ভারগদনো মালেমদ ॥১১॥

বিদুষক—অদুদি নঙ থুন চংহোরো, নত্রবদি ইঙ্গুদি থাও তৈবদ মকোক মরু ইরং লংলব তাপসকী মখুত্ত তাখ্রবনি।

রাজা—ঈবেম্ম অদু হৌজিক্তী মীথা পোনবীনি, গুরুজনস্থ মনাক্ত লৈত্তে।

বিদুষক—নঙোন্দ মাগী পুক্লীংবু করম তৌবগেনে ?

রাজা—মরূপ! তাপস কন্যা হায়বসিমক্তবু মহৌশান পঙজবীনি। অদুম্নদি ওইরবস্থ—

ঐন মমায়দ য়েংব মমিং লৈখি অমদ,
মতাঙ চাদন নোক্ক'ম্ম করি নত্তব রাহৈদ।
পূক্নী'গী অপাম্ব মরোংহ্ উত্তবদি নত্তে মউংলি,
লমচং নাইবী ওইবন মকাদি কয়া কোম্বিদে॥ ১২ ॥

বিদূষক—( নোক্তুন ) উবদদ নত্তম্বাক্ত কারক্কত্র ?

রাজা—মহাক্ত মতা অনীগ লোয়নন চংখিব মতমদ অচীকপদ
ঐডোন্দ মপূক্নীংগী ভাব কয়ামুক উংলম্মী।
খো'থাং কয়ামুক থাংলগ খোডদ কুশন য়ুরে
হায়শিন্নদুন শানৌন লেপখি মতাঙ চাদন!
উশাদ পন্দব উকুবু লৌনমদুন থোকপ শাই
য়েংলম্মি ঐডোন্দ লৈদুন করি থোকই মখল্ল ॥ ১৩ ॥

বিদূষক—মহাক্ত নঙগী চেঙজেন্দি হাপ্লক্লেদন ? তপোবন অদুমক্কম্ম
নঙবু ন্নুংশিবমাল্লে নিংই।

রাজা--মরূপ ! তাপস খরন ঐবু উত্রে, করি উপায়ন অমুক হন্ন
তপোবন্দ চঙসিগে !

বিদূষক—মরূপ ! নহাক নিংথৌ নত্র? করগী অমুক নমথাক ......।

রাজা—নিংথৌনি হায়দুনম্ম মরম লৈত্তনদি . ... .. ।

বিদূষক—অথোকপ রাইমুচরাগী শরুক তরুক থোক্পগী শরুক
অমগী লোইপোং পীনবীরো অসি মঙায়দন।

রাজা—অপঙব। ঋষিশিংন ঐঙোন্দ পীনবিরিব লোইপোং অদুদি
মীন রতনদগীম্ম হেন্ন লুন তৌনরিবনি। য়েংউ--

জাতি খিবিক্তগী কারকপ নিংথৌগী লনদি মাঙব নাই,
বনদ লৈব তাপসগী তপ'কী তরুক শুরকপ
শরুক অম ঐখোয়দ পীনরকপ অদুদি
হুরান চিম্বিন লৌঙমদে অমাং অতা খক নাইদে॥১৪॥

(নেপথ্যাদ) ফবেদ ! ফরেদ ! ঐখোয় অনীদি কান্নজরে।

রাজা—(নাকোং থাঙ্গৎতুন) হি : খোমস্থোক অসি ঈঙমল্লি, ঋষিশিং ওইরম্ব তারে। ( দৌবারিক অম চঙলকই )

দৌবারিক—জয় ! মহারাজগী জয় ! ঋষিকুমাব অনীখক থোঙদ য়োৌরক্লে।

রাজা—চঙহল্লকউ থীনগন্নু।

দৌবারিক—য়াম্ন ফগনি। ( থোকখি অমুক ঋষিকুমার অনী পুন্থন চঙলকই ) ( ঋষিকুমার অনীন মহারাজবু য়েংই )।

ঋষিকুমার অম—অংকপনি ! ওম্থোক্ল মতীক মঙান চাউব নিংথৌনি, অদুবু য়েংবদদি কিনিঙায় ওইদে। মসিদি ঋষিগুম্ব নিংথৌ অসিদদি ওইফমম্নু মথোকই। মরমদি—

মুংঙাইব মথেন গুরব আশ্রমদ লৈরি মসিন,
প্রজাবু ঙাকপী শেনবীব তপ অদু তৌরি মুতিগী,
ইন্দ্রিয় খুদুম চল্লব নিংথৌ'সিবুম্নু শেংলব
মুনি হায়ন মীংগৌনৈ, বাজন্ হায়ব শব্দন
মহাক্কী মমাঙদ লৈবদনি, ইন্দ্রিয় খুদুম চল্লব
নিংথৌ'সিগী মমিংসে চারণ *নিপা মুপীন
ফজব শৈশক্ল শোন্নরি স্বর্গ য়োৌন কাখৎখি ॥ ১৫ ॥

ঋষিকুমার অনী—অসিবু ইন্দ্রগী মরূপ ফাওরব দুষ্মন্ত নত্র ?

ঋষিকুমার অম—মানি।

ঋষিকুমার অনী—অদু ওইরবদি--

মাগী মপাম্বেম অনিন কোম্নুংগী দি থোঙজাওগী
পৌরোনগুম্ন শাংলব, মহাক অসি মথন্দন
অমুব সমুদ্রন কোয়ব— পৃথিবীবু ঙাক্লিবসি পুল্লপ্ন
ঙক্লিঙাই থোক্কে মরমদি হিংচাববু য়েংথিব লাইশিংন
মসিগী লীরিচনব লীরূংন সোরারেনগী বজ্রন
লানঙমগনি নীংনরি ॥ ১৬ ॥

---

*চারণ—নিংথৌশিংগী ফজব মতীক্র মগুণবু শকুন প্রচার তৌব মী।

ঋষিকুমার অনী—( মনাক্ত চঙশিল্লগ ) জয় মহারাজগী জয়— ।
রাজা—( ফম্নফমদগী হৌগৎলগ ) খুরুমজরি ঋষি অনীমকপু ।
কুমার অনী -- মঙ্গল ওইসনু মহারাজ ! (অসি হায়ত্বুন উহৈ কয়ামুক পী)
রাজা—(খুরুমত্বুন লৌশিল্লগ ) মকম অসিদ লেঙবিরকপগী মরম তাজনিংই
কুমার অনী—মকম অসিদ মহারাজ লৈরে হায়ব তপস্বীশিংন খংলে,
অত্বন করিগুম্ব অমতং হায়জরক্লি ।
রাজা --করি তাকপিরকপগে ?
কুমার অনী—"হৌজিক ঈকাই খুম্ননিঙাই ওইব কুলপতি কণ্বন
আশ্রমদ লৈতবদগী হিংচাবশিংন ঐখোয়গী যজ্ঞদ
অপনব পীরি ; মরম অসিন মহারাজন সারথিদগ
লোয়নন মুমিৎ শীংবুম খরদং ঐখোয়গী আশ্রম অসিবু
মপুপানব ওইহনবিরম্মু" অসি হায়জরকই ।
রাজা —ঋষিশিংগী থৌজাননি ।
বিদুষক-(মহারাজদ তুমিন্ন) হৌজিক্তি হাকচবদ খুৎ থাজিনব থোক্লেদো ।
রাজা—( মোমোন নোকুন ) রৈবতক ! লীরুং অমস্বং তেনগ লোয়নন
দোলাই পুরক্কব সারথিদ হায়ক্ক ।
দৌবারিক—ফগনি মহারাজ ! ( অসি হায়রগ থোকখি ) ।
কুমার অনী—( হরাউবগ লোয়নন )
পিতৃ-পিতামহশিংত্বুগী ফিদম লৌরিব নহাক্কী
অসিগুম্ব থবকসে মতীকচাবনি মহারাজ ! ॥১৭॥
রাজা—( খুরুমত্বুন ) লেঙবিরসি ঋষিকুমার অনীমক ! ঐস্নু তুংইন্নন
লাকচরে ।
কুমার অনী—জয় ওইবিয়ু মহারাজ ! ( অসি হায়রগ থোকখি )
রাজা—মাধব্য ! নপুক্লীংদ শকুন্তলাবু উনিংলাক্লিংত্র ?
বিদুষক— অহানবদদি উনিংলম্মি, হৌজিক্তি হিংচাবগী পাউ অসিন
অপনব ওইরে ।
রাজা—কিগনু ঈতাও ! ঐগী ঈনাক্ত লৈগদবনিনে ।

বিদূষক—কনাগুম্ব অম লাকতুন বিঘ্ন তৌবিরদ্রবদি ঐহাক নঙগী দোলাই কাংখোং শেন্নগনি।

দৌবারিক—(চঙলক্লগ) জয় মহারাজগী জয়। দোলাই শেম শাব লোইজরে, মহারাজগী বিজয় যাত্রাদবু ঙাইতুন লৈজরি। অমন স্না কোন্নুংদগী নমাশিজ ঈবেম্মশিংগী যাথং পুত্তন ননাক্ত কবভক লাকচবি।

রাজা—( ঈকাই থুম্নন ) ঈমাশিজশিংন থাবকপ?

দৌবারিক—আজ্ঞা।

রাজা—অদুদি চঙহল্লকউ।

দৌবারিক—য়াম্না ফগনি ( থোকখ্রে, অমুক কবভকগা লোয়নন চঙ-লকই ) কবভক! মহারাজগী স্না নাক্তা চঙশিল্লু।

কবভক—( চঙশিল্লকুন মহারাজবু থুকম্মি ) জয় মহারাজগী জয়। নমাশিজ ঈবেম্মশিংন তাকপীবক্লি।

রাজা—করি তাকপীরকই?

করভক—“হন্দক লাক্কদব মরিনিগুব সুমিত্ত পুত্রপিণ্ডপালন* হায়ব উপবাস অম তৌগদৌরি, মসিদ মহারাজন শোয়দন য়াঁও-বিরতুন ঐখোয় পূম্নমকপু সুংঙাইহনবিবগদবনি” অসিনি।

রাজা—অসিদন তপস্বীশিংগী থবক, অসোমদন গুরুজনশিংগী য়াথং অনীমক হন্দোকপ য়াদব ঙাক্লি, করিনো তৌগদবাসে?

বিদূষক—ত্রিশঙ্কুগুম্ন মরক্ত হেক লৈবো।

রাজা—থাঙ্গে শেংনমক তৌফম খণ্ডদ্রবনি।

তৌগদব থবক্কী মফম্ন তোঙাম্নবন
অনী থোক্লে পৃক্কীংসে, মুঙন ঈচিন্দ থংলব
তুরেনশিংগী ঈচেম্ন ঈবম অনী থোকপগুম্ব ॥ ১৬॥

( রাখল তৌরগ )

---

*পুত্রপিণ্ডপালন-উপবাস অসি মচানিপাশিংন পিগদব মমা-শিংগী পিণ্ড অদু লোপ ওইদনবগীদমক মমাশিংন তৌনব থবক অমনি।

মরূপ ! মাধব্য ! নহাকপু মচানিপা অমনি হায়ন ঈমাশিংন খনজবনি, অতুন নহাক হনখ্রো, এদি মুনিশিংগী থবক অসি হুম্মোকপ য়াদ্রতুন লৈহৌবে হায়ন ঈমাশিংগী মফমদ হঙ্গৎ-লম্মু। এগী ঈহুৎ শিন্দুন নঙন মখোয়গী ( ঈমাশিংগী ) থবক অদু পাঙথোকলু হায়ববু ঙমগদ্র ?

বিদুষক—এবু হিংচাব কিতুন চেনখিবনিদি খনগমুকো ?

রাজা—(মোমোন নোক্‌নু) মহা ব্রাহ্মণ ! নঙনবু হিংচাব কিব হৌনব্র ?

বিদুষক—অদু ওইবদি এদি নিংথৌগী মনাওনিপা অমগুম চৎনিংই।

রাজা - আশ্রমদ ৎপ-নৈব কুইমল্লে. অতুন লাম্মী পূম্নমকস্তু নঙগ লোযনখ্রগদবনি।

বিদুষক—(নাপল ত্তৗতুন) হৌজিক্তী এ যুবরাজ ওইরবনি।

রাজা—( মথন্দ ) মাধব্য হায়বসি পুকচেল যাংব ব্রাহ্মণ মচানি। কবিগুম্ব এগী থৌদোক অসি রাণীশিংগী মফমদ ফোংদোক-লুবস্তু য়াত্ত. অতুনদি মঙোন্দ মুম্ন মেলহৌদব য়াদে। (মাধব্যগী খুদাও পায়তুন) ঈতা ! ঋষিশিংগী ঈকায় খুম্নব ঙাক্লবগীদমক তপোবন অসিদ চঙগদৌরিবনি। থাঙ্গৈশেংন তাপসকন্যা শকুন্তলাদ এগী কবিস্তু আশা লৈতে। য়েংউ—

ঐখোয়ন কদায়নো ?   শজিতগ চাউমিন্নরকপ
অপাম নুংশি খঙদব   মখোয়সিন কদায়নো ?
নঙোন্দ হাযখিব পূম্নমক   মুংঙাইনসি হায়বগীনি
অরেপ্পনি হায়বদি   খনগমুকো নহাক্ল ॥ ১৯ ॥

বিদুষক - হোয়, ফাগিনি, ফাগি।

রাজা—নঙস্তু নথো তৌখ্রো, এস্তু তপোবন ঙাক্লব মফম অতুদ চৎলগে। ( অসিগী তুংদ পূম্নমক চৎখি )

# তশুবা অঙ্ক

( যজমান শিষ্য অম কুশ পায়দুনা চঙলকই )

শিষ্য—( রাখল তৌরগ অঙকপগ লোয়নন ) ওস্থোকপনি ! দুষ্মন্ত মহারাজ হায়বসি কয়াদ শক্তি চাউপ্রবনো ! মহাক্ন সান্নথিগ লোয়নন আশ্রমদ চঙলকপদদ ঐখোয়গী ধর্ম্মগী থবক পূন্নমক অপনব লৈখিদ্রে ।

লীরুংগী 'হুং' লাউব মখোনগী নাতা ওই
লীরীগী মখোনমকুন
লাপ্ন য়েক্নবশিংবু তকখাইখ্রে
করি অমুক হায়সিগে
লীরুংদ তেনগা খোংলবদি ॥ ২১ ॥

বেদী মথক্ত থানবগীদমক কুশ অসি পুরোহিতশিংগী মফমদ পীরুখিগে । ( খোঙ থাংন থাংন আকাশদ য়েংদুন )

প্রিয়ম্বদা ! নঙন অতকপ চরোং অঙোব মক্ন অমস্তুং থম্বোগ লোয়নব খেঙ্লোং পুরিববু কনাগীদমক্লো ? ( তাবগী মরোং উত্তুন ) করি হায়ব ? থবক নোম্বদ মুংশা খরদং লাংপ্রদুন শকুন্তলা মশা কম মুংঙাইদ্রে, মশা ঈঙননবগীদমক অসির ? প্রিয়ম্বদা ! চোক-শিন্ন সেবা তৌ, মরমদি শকুন্তলা হায়বী অদু ঈকায়থুম্নফম খোক্নব কুলপতি কণ্বগী অনীশুব থরায়নি । ঐস্নু মহাক্নীদমক গৌতমীগী খুত্ত শান্তিগী জল থারককে । ( অসি হায়রগ চংখি ) ।

# বিষ্কম্ভক *

( মহারাজ, উৎকণ্ঠানচিংব কামগী ফীভম পুন্থুন চঙলকই )

রাজা—( রাখল খল্ল্ রগ স্বর ফুইন হোন্দোকই )।

তপকী শক্তিস্নু খণ্ডই, খঙই মীখা পোনবীনি মহাকপু।

অকুৎপদগী হন্দোক্লক্তবগুম ঈশিংন, মঙোন্দগী হন্দোক্লক্তে

ঐগী পুক্লীংন ॥ ১ ॥

হে কামদেব ! নঙগী খুৎলাইদি লৈরাংনিদো ; অন্থুগ অস্নপকী মতীক থোরিবদি কদায়দগীনো ? ( ঙৈহাক রাখল তৌরগ ) উম্ ! খঙলে খঙলে।

বড়বানলন সমুদ্রদ চাকপগুম,
শোয়রোই নঙোন্দস্নু শিবগী
অশাঙমৈশা লাংলি !
নক্লবদি করিগী
উৎওইখ্রব নহাক্
ঐখোয়দ অস্নুক শারিব ? ॥ ২ ॥

অন্থুগ থোংলি নোই হায়থুন মীগী থাজনফম ওইরব নঙগ, থাজগ অনীন অপাম্বমরাক তমশ্রবশিংবু অস্নুক ওৎলিবদে।

হে কাম ! নংগী তেনন লৈরাংনি, থাগী মঙাল্ল ইংবনি, অনীমক চুমদব ঙাক্তনি হায়ন খল্লি ঐখোয়দি।

মরমদি—থান অয়িংবন্নুংদ চল্লবমঙাল্ল মৈবু ওথোক্লি।

নহাকস্নু লৈরাং তেল্লাবু বজ্রগুম্ল কলহল্লি ॥ ৩ ॥

অন্থুগ—খত্রাংচাক কৌবী চেক্লান মমিংকী পান্দম ওইরিবী
শানৌ মুংশিবী অন্থুদ    নংগী তেন্দুন পাল্লগ
ঐঙোন্দস্নু পাল্লবদি    মতম লৈবখিবিক্ত
রাহল্লবস্নু ঐবু ফনমক    তেংবাংবিবনি খঙ্গগনি নহাকপু ॥৪॥

---

*মথক্ত চৎখ্রব অমস্নুং মথাদ লাকদব রাহিবু তাইশিল্লহল্লব প্রবন্ধবু বিষ্কম্ভক কৌই।

ভগবন্ ! অস্নুক খিন হায়রবমক্তদ ঐবু খৌজানবিদ্রে ।

পিশক পিক্ত লৈরম্ব কাম নঙ্বু ঐহাক্ল
আশা কয়া কয়ান নপূং নরৈ ফাহল্লুরে ।
নাখোং ফংন লীরীচিং থিংকাপ্পন তেনকাপ্প
ঐঙোল্দ নঙগী অচুম্ব তৌফম খোকপ নখৌনি ।। ৫ ।।

( অরাবগ লোয়নন চৎলগ )

হৌজিক্তি ঋষিশিংন রাইচিন খমজিন পুম্নমক কোকলবনিন চৎনীংব চৎপ য়ারগনি হায়ন তাকপীরে. কদায়দ চৎলগ চাক্লব থম্মোইবু ঈংহল্ল্ সিগে? মহাকপু উব নত্তন ঐগী পোত্থাফম লৈতে, মাগী খোঙ্গুল লীরুখিগে ( মথক্ত য়েংখৎলগ ) মতাশিংগ লোয়নন উরীন কোয়রব মালিনী তুরেনগী তোর্ব্বান্দ অকনব নুংশা খাঙ্গনবনি। মফম অদোম-দন্থুম চৎলগে । (কোয়ন চত্তুন য়েংলগ) উপাল মচা মচাশিং অসিগী মরক্ত নীংথিবী অহু চৎখিব পংকুইহুম কুইখিদ্রিমাল্লে নীংঈ। মরমদি, উরে—

মহাক্ল হেকথ্রব লৈরাংগী লৈখোকশিং অসি উমশিন্দ্রি ।
লংন মখোম পক্লিব অনৌব উনা মচেৎ'সে ।। ৬ ।।

( মশাদ নুংশিংন লিরি হুম্বগী মরোম্ভ উৎলগ )

অঙ্গংব, লিরিব অমস্তং লৈনম পুব নুংশিংন শিংপন মফম অসি কয়াদ নীংথিক্তথ্রবনো ?

থম্বাল লৈনম পুরব মালিনী ঈরিক চেল্লব
মালংবনি কোক্তব য়াব চাক্লব ঐন চেজেংন ।। ৭ ।।

(য়েংলগ) লীন পুমকোয় কোয়রব মফম অসিদ লৈরম্লগনি । মরমদি মচিন অসিমক্তদ—

অঙৌব লৈঙোয় থক'সিদ উরে খোঙ্গুল অনৌব ।
তুংন কুৎপ মাওন তোঙ্ব, নিতম্বন লুম্বন ।। ৮ ।।

উশা মরক্ত থুপ্তুনহুম য়েংখিগে। (য়েংলগ হরাও হরাওনা) ওঃ মীৎ অসি পুমঈং ঈংথ্রে । নুংপাক থক্ত শেম্লব লৈরাং শয্যাদ হিপ্তুন লৈরে

থরায়গী মবেম্মসে, চান্নবী মতা অনীন সেবা তৌরি। ফরে উরীরক্ত থুপতুন মখোযগী অতিংব রাঙাংতুম শীৎ শীৎন তাখিগে।
(অসি হায়বগ য়েংন য়েংন লৈ) (শকুন্তলা হায়রিব মরোং অতুদ লৈ)

মতা অনী—( হুমাই হুয়্যগ ) ঈতা ঈবেম্ম! খেঙ্গোংন হুম্বসিবু মুংঙাইরিবরনে ?

শকুন্তলা—( অরাবগ লোয়নন ) কবিগী হুম্লিবনো ঈতা অনীন ?
(মতা অনীন পূক্নী' মুংঙাইতন মহৈ মহৈ য়েংনৈ)।

রাজা—শকুন্তলা মশা কম্ন ওমদ্রে উরে। ( রাখল তৌরগ ) মুংশাগী মৈশা-মক্তনব ? নত্রগ ঐগী থম্মোয়দ লৈরিবসিনর ? ( পূক্নীং চঙন য়েংলগ ) চিংনবগী কান্নব লৈতে।

চরোং অঙোব মরাবু তকুন কৈরে
মতা ফব থবাক্ত.
থম্বৌ খুক্তি অমম্ম
হিকথরে মুংশি মৈশা লাংবন
অতুবু ফক্তদবদি খক তৌদে,
ওল্লাংথাগী মৈশাগ
মুংশি মৈচাক্ক মমাল্লৈ
অতুবু শানৌশিংগী মফমদ
অসিগুম্ন নীংথিব মরানদি
ওইরোই ওল্লাং থাগীদি ॥ ৯ ॥

প্রিয়ম্বদা—( অনসূয়াদ তুমিন তুমিন ) অনসূয়া ! রাজর্ষি অতুবু হেক উবদগী হৌতুন মহাক্কী রাখন্দ লুপতুন লৈগ্রবীনি ঈতা'সে ! মাগী মৈচাক অসি অতোপ্প মরম অমন খক ওইরোই।

অনসূয়া—ঈতা ! ঐন নীংবসু অতুমকনি ! ফরে, মঙোন্দ হংবিগে।
(ফোংন) ঈতা ! নঙোন্দ ঐ করিগুম্ব অম হংগে, নঙগী নশাগী মৈচাক অসি য়াম্না কল্লে।

রাজা—হুংকমংক থোকই। মরমদি—

মসিন ফংলিব মৈচাক'সি
খাণ্ডবদ রারেদি মতাকলে।
মণ্ডালগুম্ন থাজগী
লুন হেম্ন লৈরম্ব
থুজিশিং'সে থম্বৌগী
ঈমু ঈমু মুবক্লে ॥ ১০ ॥

শকুন্তলা—( হকচাংগী মথক থংব শরুক্ক ফমুংদগী খরদং হৌগৎলগ )
করি হায়নিংবগে? হায়য়ু ঈতা!

অনসূয়া—ঈতা! নপুক্লীংগী রাদি ঐখোয়ন চপ চান খণ্ডবদি ঙমদে, তৌইগুম্বস্নুং ইতিহাসগী রারী কয়াদ অপাম মুংশিগী মুংশিং পক্লব মীশিংগী ফীবম কয়ামুক তাখিবত্থু ঙসি নঙোন্দস্নু থোক্লম্নমাল্লে নীংই। শেংন তাকউ চান্নবী! নঙন অস্নুক রাবগী মরম করিনো? লাইরোং খণ্ডদনা লাইয়েংব থক য়ারোই!

রাজা—ঐগী পুক্লীং অসে অনসূয়ানা খণ্ডলমাল্লে।

শকুন্তলা—ঐ ওম্বোক্ল ঙমদ্রবনি ঈতা! অত্থুন তহা তহা হায়বদি ঙম্মরোই।

'প্রয়ম্বদা—হায়রিবসি অরেপ্পনি। নশাগী অরাবব্ করিগী থুপ্লি? নশাদি নোংম নোংনগী ময়েং তাশিল্লক্লে, শকফমন ফজব ওইবগী য়েংব য়াবদনি।

রাজা—হায়রিবসি অচুম্বদনি। মরমদি—

চপথরে চাইরাং চেংলৌ'সে মহাক্কী
থিকী থাগী লৈতরে অকনব,
লৈতরে খ্বাণ্ডগী পাঙ্গনস্নু.
লেংজম অনীস্নু নোনখরে
মশাগী কুচুস্নু তাইখরে
ন কেম্নব মুংশিংন য়ৈরম্বী

মাধবী কৌবী উবাগুম
ৱান্‌'নিঙাইস্ম মঙইবে
যেংননিঙাযস্ম মথোক্রে ।। ১১ ।।

শকুন্তলা—(স্বব ফৃইন হোন্দোক্লগ) অতোপ্প কনাদবু হাযকপদগে অহুবু খ্বাবদি নখোযদননি ।

মতা অনী অসিগীদমক্তনিনে ঈতা। ঐখোযন অস্মুক তক্লবিবসে। মবমদি—মক্বপ মপীজাশিংদ অৱাব হায়বসিদি শক্ক খাইগ্রগ খাঙফবনি ঈতা!

বাজা—অৱা'শকক যাবিবী মুংঙাই'শকক লৌবিবী
হংলে মতা অনীন তাক্লন তোক্লবোই লাযনাদি।
লৈন লৈন হন্ন হন্ন যেংখিবস্মি খৌবা' মীংযেংন
মুংশি নপাও তাজগে তপথব ওমন্ত্রে পাস্মুবী। ।। ১২ ।।

শকুন্তলা—তপোবনগী মপু ওইব বাজর্ষি অহুবু হেক উকবদগী ·····
(ঈকাযবগী মতৌ উৎথি)।

মতা অনী—ঈত চান্নবী! হাযযু হাযযু

শকুন্তলা—অহুদগী হৌবহুন মহাক্কী ৱাখনন এগী ফীবম অসি যৌগ্রবনি।

মতা অনী মতীকচাব নিপাদ নথৱায লুপচকবদি নবাইবক্তম ফবনি। সমুদ্র নত্তনবু গঙ্গান কবঙ্ব মফমদ চঙখিগদগে ?

বাজা- (মুংঙাইবগ লোয়নন) তাফম থোকপ ৱাদি তারে।
ওলাং থাগী মুংথিলন মীবু মৈশা লাংহন্নি,
মতম অহু লেল্লগ নোংচেল্লকপদ মহাক্ক
মীগী মৈচাক পুন্নমক কোকহনবগী মতাগুম
ঐবু ৱাহল্লম্নব কাম'হুমক্ক কোকহল্লে ।। ১৩ ।।

শকুন্তলা—নখোযন চানবিরবদি অস্মুন্ন হোৎনবীযু ঈতা! ঐহাক অসি ৱাজর্ষি অহুগী চানবিফম অম ওইজনব, নত্রবদি নীংশিংহৌবদগী হেল্লহুন—

রাজ —মরাহৈ অসিন চিংনব পুম্নমক্তি কোকলে। মসিদনি কামগী ফলদি। অতৈদি হোৎনবগী মখা পোনবনি। অসিমরুম্ব ঐগী মুংডাইব অমনি।

প্রিয়ম্বদা—( অনস্যূয়াদ লোন্ন ) অনসূয়া! শকুন্তলাগী রাখল অসি ফন য়াম্ন হাইজিনগ্রে, থীনব য়ারবোই।

অনসূয়া—প্রিয়ম্বদা। থীন্দন অমস্তং কনা খঙদন ঈতাগী মনীঙ থুংননবসিবু করি তৌনিঙায় লৈবগে?

প্রিয়ম্বদা—অকুবদি কনা খঙদন হায়বতুদনি, থীন্দন হায়বতুদি ঈরায় লায়।

অনসূয়া—করম্ন?

প্রিয়ম্বদা—অনসূয়া! রাজর্ষি অতুম্ন ঈতাদ পুক্লীং তারে হায়বদি মাগী খোরাংব মীৎয়েং অতুন শঙই। অতুগ মুমিৎ খরসিগী মনুঙদ তুমদ চাদবন তিঙ্গং য়াঙ্গংবতু উহৌই।

রাজা—( মশাদ হস্তন য়েংলগ ) মান হায়বসি চুম্মি।

অহীঙ খুদিং লেনখি, ঐন চুবা মেতুন
নঙগী মৈশান শারব পীরাংন তাবদ
খুত্ত শিরিব খুজি'সী স্নাগী মচু ওল্লে ( মকশিল্লে )।
লীরিচিংবদ তঙলব মফম,
খুজি মহাক্র খুম্বদ তঙিঙ হায়ব খঙদব
খুদাংদগী নাম্বরকপ খুজি'তু
ইতৎতত্তন শীৎচিল্লি॥ ১৪॥

প্রিয়ম্বদা— (রাখল তৌরগ) ঈতা! মহাকীদমক মুংশি শৈরেং অমতং শেম্মু, ঐন মতু লৈরাং লৈনা চল্লগ পূজাগী পোৎলম শাতুন নিংথৌতুগী মখুৎ য়োহনখিগে।

অনসূয়া—ঈতা! মতুনতুম ইশম শম্ন য়াম্না কৈ নীংই। শকুন্তলান করি হায়ব্রিবগে?

শকুন্তলা—নখোয়ন ফরে হায়রববু ঐন করি হায়ন হৌনবগে?

প্রিয়ম্বদা।—অদু ওইরবদি নশাগী ফিভমগী অচাব থোং-মেওলব
রাইহেন শেম্ব শৈবেং অমতং নীংশিংউ।

শকুন্তলা।—খনববুদি মখনগে রাওইবিরোইদ্রে হায়বগীদমক ৎম্মোয়
অসি নীকই।

রাজা।—( নোক্লগ )

নওন চিংনবিব মীশক্ল ভাইরি খোরাংন নহাকপু।
ভাল্লগ মীন ক ব যাই শেলদি, ফংলোইদব লৈতে
ভাল্লবদি শেনন॥ ১৫॥

অমস্ত—য়াবিবক্লোই হাযন চিংনরিব নহাক্ল
ভাইজুন লৈবি মহাক্ল নযাথং
মংণবু থিব মহোশানি মীগী
মহাক্ল মীবু থিবদি হৌনদে॥ ১৬॥

মতা অনী—নশাগী নঙ্গণ খওদবী! ঙুংশা মৈচাক কোকহনব
শরৎকী থাবলবু ছত্রন খনব য়াওবরনে?

শকুন্তলা।—( মোমোন নোক্লগ ) নখোয় অনীগী নয়াথংন ভৌরবনি।
অসি হায়রগ হৌগত্তুন ফম্লগ রাখন ভৌথি )।

রাজা।—এন মিংমক কুপ্তুন মসিবু য়েংজবসি মতীক চাই।

মরমদি —

ঙুংশি শৈরেং ইনবগী ফজব রাইহে খনবদ
পীশুম হাইগৎখ্রব মায়থোংন তুজংনরব চুবান
ভাক্লি ঙুংশিব মতৌ এৌভোন্দ॥ ১৭॥

শকুন্তলা—ঈতা! খঙবদি লোইবে. ইনিভাই মপোৎতি লৈত্রি।

প্রিয়ম্বদা—তেনরা মবুককুম মোল্লব থম্নাদ, পরেং অমমম চন্নব শরুক
অদু লৌরগ খুজিন্ন ইবদুমঙায়দন ঈতা!

শকুন্তলা—( ইবগী মরোং উৎলগ ) ঈতাখোয়! শৈরেং অসি কৈ
ফত্তে মুম্ন ভাবিরো!

মতা অনী—খোঁরাংন ভাইরবনিনে ঈতা !

শকুন্তলা—( শৈরেং অদু পাই )

মীমুংশি খঙদব ! নহাক্কী নপূক্কীংদি খঙদে ঐহাক্,
অদু ওইতুনস্ম নখুত্ত নীংজব খিবিক শিন্নজরে।
চাক্লে কামন ঈশা পূম্ব অহিঙ মুংথিন অনীদ ॥ ১৮ ॥

রাজা—ঈশা ফোংদোকপ য়াব মতম'নি। ( ঈপন পন্দন শকুন্তলাগী নাক্ত চঙলক্লগ )

শানৌ ! নঙবুদি চাকপদনি কামন
ঐবুদি পুমকেম কেমহল্লে।
মুংথিন্ন থাজবু মকহনব
অদুমক্তি য়োঁদে থরোদদি ॥ ১৯ ॥

মতা অনী—( উরগ হরাও হরাওন হোৌগৎলগ ) নিঙজবমহৈ থীন্দন য়ালহনবিগে হায়ন শোয়দ ভামদন লেঙবিরক্লেদন। লেঙ-শিনবিরকসি। ( শকুন্তলান হোৌগৎকে ভৌই )

রাজা—ওক্লে ঈবেম্ম ! নঙগী নশা য়ারোনবদ লৈগী শয্যা চাইথোক্লে
ঈনোই নোইহৎতুন তারে থম্বৌ খুজিশিং'সিস্ম,
মৈচাক অকনব ফংলব নশা'সিন
হৌনবী লমচৎ ভাকপদি হৌনদে ॥ ২০ ॥

শকুন্তলা—( ঈকাইবগ লোয়নন মথন্দ ) থম্মোয় নঙন অদুক লাং-তক্লরম্লগ ভৌফম খঙদ্রবর হৌজিক্তি ?

অনসূয়া—মহাশয় ! অসোমদ মুংপাক-মচি অসিদ থোজানবিতুন লেংশিনবিরকউ। ( শকুন্তলান খর লৈথোকই )

রাজা—(ফমথরগ) ঈবেম্মখোয় ! নতাগী মৈচাক অসি থরদি হল্লেদন ?

প্রিয়ম্বদা—(মোমোন নোক্লগ ) হৌজিক্তি মতীক চাব হিদাক ফংল-বনিন হনবদি শোয়ররোই। ( শকুন্তলান ঈকায়তুন লৈ )।

প্রিয়ম্বদা— লাইবক ফব ঈবুংঙে ! অনীমক মহৈ মহৈ নুংশি লৈপুন ওইনরেদি খঙজরে, অদুবু ঈভাগী নুংশিব প্রেমন ঐবু রা হজিন্ন ঙাংবী ওইহনগদৌরি ।

রাজা— ঈবেম্ম ! থাকপিনিংবদি থাকপিগদবনি । থাকপিহোৎব্রবদি অভাব মীগী নীংঙমদব পোকই ।

প্রিয়ম্বদা- অদুদি হায়জরগে ।

রাজা— হানীংন ঙাইজরবনি

প্রিয়ম্বদা— আশ্রমদ লৈবশি গী অরা অন কোকপিব হায়বসি নিংথৌগী ধর্ম্মনি ।

বাজা --কনাগী কোকচৌ হায়বগে ?

প্রিয়ম্বদা — ভাবিসি. মশাক চাউবব কামন চাম্নথোইবী অসিবু ফীভম অসি য়ৌহনখিবসি ঈবুংঙো নঙগী নশুং লাংগীনি । চান-বিদুন মথরায়দদি কনবিয়ু ।

রাজা — ঈবেম্ম । হায়জবিব মরম দ অনীমক্কী অমত্রনি । ঐবু পুমচান চানবিরে ।

শকুন্তলা—( অনসূয়াদ য়েংদুন । লৈমকোনগী কায়ন মৈশা লাংবন পুক্নীং ঈরাং হৌরব নিংথৌ অসিদ হায়জরুদুন করি ফৌনগদগে ঈভা !

বাজা— খত্রাংচাক-মীংতা থারিবী
থম্মোয়দ থুপ্ন লৈরিবী ঈবেম্ম !
নহাক নক্তন অমবু খঞ্জব লৈতব ঐহাক্কী
থম্মোয়বু শেরান্নন খনবিরবদি
কামগী তেন্ন পাল্লবমক্ত ঐদি অমুকন্ন পাল্লেকে। ॥ ২১ ॥

অনসূয়া—নিংথৌ হায়বসি হালোয় মশীং য়াম্মি হায়ন তাজে, অদুন ঐখোয়গী ঈনা অসিগী মশুং লাংগী, মরী লৈনবী মীশক্ত রাজদনবদি ………… ।

রাজা— ৰা য়াম্মুতুন করি তৌরুগদগে ?
তালোয় ফন য়ামতুনস্থ
নখোয়গী নতা অসিগ
সমুদ্রন কোয়বিরী পৃথিবীগ
অনীন ঐগী বংশগী
লেমজনফম ওইবীনি ।। ১১ ।।

মতা অনী—পুক্লীং লুমজরে । ( শকুন্তলান হবাওব মতৌ উৎখি ) ।

প্রিয়ম্বদা—( অনসুয়াদ তুমিন্ন ) অনসূয়া য়েওঙ্ নেসে ! ওল্লাং থাদ নোংপুব মুংশিংকী ঈচিক ঈহুল লাংলবী ৱাহোং অমোমগী মতৌগুম ঐখোয়গী ঈতাসিগী ৎরায়ন মথং মথং হল্লক্লিবসে ।

শকুন্তলা—ঈতাখোয় ! থৌগল্লোন কায়ন ভাংখি শকখিবগী অরানব ডাকপিনব মপু অসিদতুম হায়জৌ ।

মতা অনী—( মোমোন নোক্লুন ) কাযক কাযকব মী অতুন হায়জব হায়বতুনি. অতোপ্পগীদি করি মরাননে ?

শকুন্তলা—মহারাজন ঐবু ডাকপিযু, তুংদদি কনানা কবি হায়দবৰু লৈবগে ?

রাজা—( মোমোন তৌরগ )

ফৈরু তাবু য়েংলগ লফু নেম্রা-মাল্লবী !
নশা ৫াই-য়োম্নবন থোইদোক হেন্দোক্ল শেংলব
কামগী মৈশা কোক্কদব লৈবাং শয্যা মচিদ
ফমহনবিয়ু ঐহাকপু নওগী মীনি খনবিয়ু,
নওগী নরান অসিবু ঐন লায়ন ডাকচগে ।। ১৩ ।।

প্রিয়ম্বদা—( লঙনরগ ) অতুদন পেনবিগদ্রনে ?

শকুন্তলা—( শাওবগুম্ন ) হৌনব লমচৎ খওদবী ! তুমিন লৈয়ু নচিন চোমগন্নু. ফীভম অসি য়োৱৰী ঐবু শান্নপোৎ ওঙন নিংখ্রবরা ?

অনস্য়া—( মপান্দ য়েংলগ ) য়েংউ প্রিয়ম্বদা ! ঋষিশিংগী শজি মচা অসে লাপখ্রব মমাবু থিরিমাল্লে, মাইকৈ থুদিংদ য়েংলি। মম.গী নাক্ত থম্বিরুখিগে।

প্রিয়ম্বদা—শজি মচা অত্থু ওস্পোক্ত ভাওখ্রবনি ঈত্রা ! নহাক নতোমদন ভগ্মোই। ঐস্ম নতেং পাংবিরগে।

( অসি হায়রগ অনিমক থোকপ হৌখি )।

শকুন্তলা—নখোয় অনীমক চৎখ্রবদি পাম্বে লৈতবী ওইন ঐদি করম্ম লৈহৌগনি ? নখোয় বু অতোপ্প অমদ চৎলু হায়জব ভমদে।

মতা অনী—পৃথিবীগী মপু অমন মনাক্ত লৈরবস্থু পাম্বে লৈতবী ওইরিব ? ( অসি হায়রম্লগ চান্নন চৎখি )

শকুন্তলা—চৎত চৎখ্রেনহাই।

রাজা—নীংথিবী ! লাংজ্ঞকুবিগন্নু, নভাশিংগী মহুত্ত ঐ লৈজরিবসিনি। ভাকপিয়ু কবি তৌজৌ হায়বগে ?

হকচাং' মৈচাক মাংহন-ব ঈরিক্ক-য়ৌন-ঈংলব
ম্নুংশিৎ-চেনব থম্মান ভুমজৈ হায়বর ভাকপিয়ু।
থম্বালগুম্ম ভাংলব নখোংবু ভম্পাক্ত থমলগ
কায়দ কায়দ নোইজৌর তাকপিয়ু শানৌ—নীংথিবী ॥২৪॥

শকুন্তলা—লওজহৈদব নফমদ অমুক লওজবদি তৌজররোই।

( চৎকে তৌই )

রাজা—( ফারগ ) নীংথিবী ! হৌজিক্তি ম্নুংশা কনমল্ল। নশাগী ফীভমস্থ ওইরিবসিনি।

থম্মান থীকথা—কুপ্লিবী
নভন করম্ম ম্নুংশাদ
শোল্লব নশা পুত্থন
লৈগী শয্যা থাত্থন চৎকদৌরি হায়য়ুদ ॥ ২৫ ॥

( নমত্থন থাম্মী )

শকুন্তলা—থাদোকপিয়ু মহারাজ! ঐহাক্তি মীখা পোনবিনী, ঈতাশিং য়াউদন লৈব ঙমজদবিনী। চৎচরগে ।

রাজা—এঃ! ওস্থোক্ল ঈকায়হনখ্রেদ।

শকুন্তলা—মহারাজদ কবি হঙ্গৎচব নত্তে, ঐগী অথীবা নোংদম পন্দুন শাউজবদনি।

রাজা—তমতুন থোক্লনা নোংদম্ব, করিগী শাওরি ঈবেম্ম।

শকুন্তলা—করিগী শাউদনি! ঈশাবু ঈশান শেঞ্জব ঙমদ্রিব অমস্তুং মীগী মঙ্গণদ মীহৌজরুরিবসি মহাক্লনি।

রাজা—( মথন্দ ) খোবাং খোরাং মইন্দে

হায়জরুবদ মখোয়দ
শাথেংনবদি মপাম্বী
মশাবুদি মরীকপী
শানে অসিগুম্বীবু
ভাঙ্গা ফংলতুন কামন
রাহনবদ নত্তন
হোইশাং শিংলিবী মখোয়ন
মরাহল্লি কামবুস্ত ॥ ২৬ ॥

( শকুন্তলা মচংখ্রে )।

রাজা—ঐন পামজরিবসিবু থুংদন তোক্লগদ্র?

শকুন্তলা—পৌরব! য়ৌন লমচৎ ঙাকপিয়ু মাইকৈ খুদিংদ ঋষি ঙাক্তনি।

রাজা—গুরুজনবু হাক্ল কিরুস্ত নীংথিবী! চৎনরোল খঙব. ঈকায় খুম্নফম ওইবব কণ্ব ঋষিনি, নহাক্কী মরমদ নীংঙমদব তোরোই। মরমদি

মশা মশা য়ানতুন লুহোংখি মুনিকন্যা কয়াম্বক।
অহল লমন খিবিক্ল য়াবিখিবস্ত তানর ॥ ২৭ ॥

( মাইকৈ খুদিংদ য়েঙকই )

ওম্বোকপনি ! ঈফোং ফোংব মফমদ য়ৌরম্লব !

( শকুন্তলাবু থাদোক্লমলগ হল্লিনখি ) ।

শকুন্তলা—( অনীশুব খোঙথাংদ ওম্বোক্লকুন খরদং নোম্বরক্লগ ) হে পৌরব ! চীনগী সেবাদগী হেন্না অরোইব সেবা ফংজখিদ্রিবী তোম্লবী ঐবু কাওবিগন্‌ন ।

রাজা—নীংথিবী !

তারমদাইদ মুমিৎন উখোংবু মমিন থাদবগুম ।
লাপ্ন চৎখ্রবম্ন নহাক্ল থাদ্রি ঐগী থম্মোয়বু । ২৮ ॥

শকুন্তলা—( মনুংদ খর চংশিল্লগ মথন্দ ) রাহৈ অসি তারগ খোঙ থাংব য়াদরে— । ফরে, মচিদ হৌরিব কুরুবকগী মশাদ ঈশা থুপ্তুনা মাগী থৌরম পূম্নমক য়েংখিগে ! ( অতুমক তৌত্নন লৈখি ) ।

রাজা—চান্নবী ! নঙগী রাখন্দ তাউত্নন লৈরিব ঐবু হন্নমক্ত য়েংলমদন হুন্দোক্তুন চৎখ্রবর ?

য়েংন য়েংন শিজিন্নগদব　　নৌরব নশা'সিগী থম্মোয়ন,
শিরীষ লৈরাংগী মকোককুম　　কনবদি করিগী নীংথিবী ॥ ২৯ ॥

শকুন্তলা—রাহৈ অসি তারগ খোঙথাংব য়াদরে ।

রাজা—চান্নবী নহাকতি য়াওদন উরী মরক অসিদ চংত্নবু করি তৌগদগে । ( মাংলোমদ য়েংলগ ) এঃ খোঙথাংব য়াদরে ।

চরোৎ অঙৌব মনম্ন　　মশা পুম্বদ চুরব—
থম্বৌ খুজিংসে মহাক্কী　　খুজেংদগী তাহৌরে
লৈরে ঐগী ঈমাংদ　　থম্মোয়গী য়োহ্লিং ওইররে ॥৩০॥

( চোকশিন্ন লৌখৎখি ) ।

শকুন্তলা - ( মথুৎ উরগ ) য়াংন কনমনখিবন খুত্তগী খুজি অসি তাহৌরবোইরে ।

রাজা --(থম্বৌ খুজিবু থবাক্ত থম্নগ) মসি শোকপদি ওম্বোর‍্ মুঙাইদ !

চান্নথোইবী নহাক্কী　　নখুত্তগী তাহৌব,

বিলাসকী অলঙ্কার ৎইতুনদি লৈবম্ব
মথরায়স্থু য়াওদব থুজি অসিন ঐহাক্কী
অরাব কোঙ্গায় কোকপিরে নহাক্কদি কোকপিদে ॥ ৩১ ॥

শকুন্তলা অমুক থীস্থব ঙমদ্রে, থুজি নিব শাতুন ইশক উৎলুরগে।
( অসি হায়দুনা মনাক্ত চংখি )

রাজা—(উরগ হবাও হরাওন ) থরাইগী মবেম্ম লাক্লে। কয়া কপ
লাওরব মতুংদ বিধাতান ঈতেঙ্ পাংবিরবে।

ঈখৌন লাংমনখিবন কম্ন খোংজব ঙমদ্রব
নোংগৌবী কৌবী চেক্লান লাইজ ঈশিং নিবব,
মচীনমক্ত তারবে অনৌব নোংগী ঈশিংদো ॥৩২॥

শকুন্তলা—(নিংথৌগী মাঙদ লেপ্পগ ) থুক্তগী থুজি তাহৌরে হায়ব
লমথাংদ খঙজরক্তুন মাগীদমক হৎস্তরকপনি ; মহারাজন
লৌশিনবিখ্রে হায়বসি ঐগী পুক্নীংন তাক্লে। ঐঙোন্দ
পীনবিবো, ঋষিশিংদ অতাক অফোংনহনবিগন্তু।

রাজা—হায়ন শীঙনব অমগী মতুং ইম্ন পীজগে
শকুন্তলা—করম্ব হায়ন শীঙনবন ?
রাজা—"মফম চান ঐন 'শজিনবিব" হায়ব অসিন
শকুন্তলা—আঃ ( করিনে৷ তৌনিঙাই ঈবৈ লৈতে। ফরে অদু
মঙায়রে। ( অসি হায়তুন মনাক্ত চঙখি )।

রাজা—মুঙপাক অসিগী নাকল অশোমদ ঐখোয় ফম্মুরসি।
( অসি হায়তুন মখোয় অনীমক ফমখি )

রাজা—( শকুন্তলাগী মখুৎ পায়রগ ) খুৎ অসি পায়রদি ওস্তোক্ল
মুংঙাইদ। মহাদেবগী

অশাওব মৈন চাকতুন কেমথ্রব কাম উপালগী
য়েম্লিং অসি চোংহনখ্রে অমৃত নোংন খিক্তুন ॥ ৩৩ ॥

শকুন্তলা—( হরাও তুজ্ উৎলগ ) আর্য্য-পুত্র। পরপ পরপ।

রাজা—(মুংঙাইবগ লোয়নন মথন্দ ) হৌজিক্তি পুক্নীং লুম্মে, মরমদি রাহৈ অসি মপুরোইবদ হায়নব রাহৈনি (ফোঁন) নীংথিবী ! খুজি অসিগী মচীন অনী অসি পাংশোয় নাঈরে অদুন নগুন য়াববদি মরোং অম ওইন শিজিনবিগে ?

শকুন্তলা—( মোমোন নোক্লগ ) পুক্নীংন ত্রাবদুদ তৌবিয়ু ।

রাজা—( খর ইপ্তুক্র শিজিনবিবগ ) য়েংউ নীংথিবী ।

নোন থোক্রকপ থান
থোইন চাল্লুগে মত্রাগুম
নোংমদোল থাদোক্লমদুন
মুরৈনন নীংথিব নথক্ত
খম্বোগী শকতম লোদুন
চীন্দোল অনী ওক্লবে ।। ৩৭ ।।

শকুন্তল—এদ উব ফজদ্রে । নুংশিংন তুল্লকপদ নাকোংদ চিনব থবোগী লৈবিক্ল মিংও চংখ্রে ।

রাজা—( মোমোন নোক্লন ) ঈবেম্ম ! নহাক্ল য়াবিরবদি স্বরন কামথোকচবদি ভমজৈ !

শকুন্তলা। অদুবু ওইববদি থৌজানবীবনি, অতবু থাজদ্দ

রাজা—নত্তে, নত্তে সেবক অনৌবদি মপুগী য়াথংদগী খক হেন্দোক্কবনি।

শকুন্তলা—ক। হেন্না চানবিরকপসিন থাজদনবগী মরম অমনি ।

রাজা—(মথন্দ) অসিগুম্ব সেবাগী খুদা চাব মত্রাও অসি নাম্হোক-হনব চুমদে ।

(শকুন্তলাগী মমায় ঈনখংকে তৌই) (শকুন্তলান ওক লৈথোকই)।

রাজা—মীংন থত্রাংচাক মাল্লবী ! এবু ফজদব লমচংকীদমক অদুক্তি চিংনগনু । (শকুন্তলান হাইফেৎ য়েংলগ ঈকায়দুন লুকথৈ )।

রাজা—(খুদোল অনীন শকুন্তলাগী মমায় ঈনখৎলগ মথন্দ )

কনাগী মচিন্ন শোকত্রিব থোংলব চিন্নানন লেংবদি।
খৌবাংজরব এঙোন্দ ননীংনি তাকপ মতা ন ।। ৩৫ ।।

শকুন্তলা—উবিত্রমালে আর্য্যপুত্র !

রাজা—নাচিন্থরোগ নরুমনখিবন মীৎনি হায়ব খঙঙ্ত্রে।

( অসি হায়রগ চীন্ন মীৎত কাম্মি )।

শকুন্তলা—ফরে মীৎ পাঙব য়াজরে। তৌইঙম্বস্নুং আর্য্য পুত্রনদি অস্নুক চানবীরে, ঐনদি তেংবাংজব ঙমদে, অসিগী দমক্ত ঈকায়ক্তে।

রাজা—নীংথিবী করিবু তেংবাংগদগে ?

মায়থোংগী নুংশিব মনমবু ফংজবসিনি তেংবাংদি।
থম্বান লৈনম নম্বন খোইমুগী অপেনব ওইবনি ॥৩৬॥

শকুন্তলা—( মোমোন নোক্তুন ) পেন্দ্রগ করি তৌগনি।

রাজা—অসি তৌই। ( চুম্বন তৌগে হোৎনৈ )। ( শকুন্তলান মমায় থুমই )।

নেপথ্যদ—হে চক্রবাক-বধু ! অহীঙগী মতম য়ৌরক্লে। তরাম তরাম্ন নঙগী লোয়নববু থাদোকখো।

শকুন্তলা—( মনা থাঙ্গৎতুন ইঙ্কিং ফিংন ) পিতা কণ্বগী ধর্ম্মগী মতুংইন্ন মচন থোকপী আর্য্যা গৌতমী লাক্লে। উগী মরুমদ নাথৈবিগ্রো। ( রাজান নাথৈহুন লৈখি ) ( মতুঙদ শান্তিগী জল পুতুন গৌতমী চঙলকই )।

গৌতমী—ঈবেম্ম ! নহাক নশা কন্ন ঙমত্রে হায়ন তারহুন লাকপনি। শান্তিগী জল অসিস্নু পুররক্লি। ( শকুন্তলাবু য়েংহুন হৌগৎপিরগ ) মফম অসিদ লাইদন নতেং ওইহুন লৈরম্লি।

শকুন্তলা—অনসূয়া অমস্নুং প্রিয়ম্বদা হৌজিক্ত মালিনীদ কুমথিবদ মঙায়রি।

গৌতমী—( শকুন্তলাগী মশাদ শান্তিগী জল থিকপিরগ ) ঈবেম্ম ! নহাক মতম কুইন তেক্ত কাইদন হিংখো, নশাগী মৈচাক হল্লেদনকো ? ( অসি হায়হুন শকুন্তলাগী মশা নানবিথি )

শকুন্তলা—খরদি হল্লে।

গৌতমী—মুমিৎ চাঁয়থ্রে। উনাগী খাংপোকশঙদ চৎসি লাউ।

শকুন্তলা—(য়াম্ন রান হৌগৎলগ মথন্দ) হে গম্মোয় ! নঙন পামজ্জব মীশক অদুন ননাক্ত লৈরিবৈ মতমদুদদি মতম মাঙ্‌হনগ্রগ হৌজিক্কদ নীংঙম্মকত্রিবব ? (খোঙথাং কয়ামুক থাংলুরগ লৈশিল্লক্তুন ফোংন)

হে লতাকুঞ্জ ! নঙগী নশাইকোন্দ চঙজরগ ঐগী অরা মৈচাক পৃম্নমক কোকখি, অমুক হন্ন ঐগী মৈচাক কোক-পিয়ু হায়জরিবসিনি। (অসি হায়দুন অনিমক চৎখি)।

রাজা—(হান্নগী মফমদ চঙলক্লগ স্বর ফুইন হোল্লগ) ফংজনীংব ফংব হায়বসিদি অয়েৎপগী অয়েৎপ ডাক্লনি।

খা থংব চীম্বানবু　　খুদোম্ন কুপতুন থমগ্রিব,
"তৌবিগন্নু" হায়ব রাহৈবু　　ভোয়ন তোয়ন হায়খিব,
লেংজুম থক্ত লৈখিব　　চংখোনব পান তিল্লব-,
মিৎফম্ন মাগী ওইজবী　　মহাক্কী মায়থোং অদুবু
থাঙ্গৎচখি ঐহাক্ল　　চীম্থেনবদি তৌখিদে ॥ ৩৭ ॥

হৌজিকপু কদায়দ চৎসিগে চান্নথোইবী মহাক্ল লৈজরম্ব লতা-মণ্ডপ অসিদ মতম খবদং লৈরুখিগে। (মাইকৈ খুদিংদ য়েংলগ)

মহাক্ল য়াওবম্ব লৈগী শয্যা।　　নুংপাক মথক্ত লৈব উরি।
থম্মাদ খুজিন্ন ইখিব লৈরে　　নুংশি শৈরেং পুক্লীং হূব
মখুত্তুগী তাহৌরে থম্বৌ খুজি　　লেংদন লৈরে ঈমাঙদ,
মীৎফম হোংব ওমদরে　　খোঙ থাংব য়াদরে
অহাঙব মফম'সিদগী ॥ ৩৮ ॥

(রাখল তোরগ) চান্নথোইবী মহাকপু ঈখুৎ চল্লম্নগ মতম মাঙহনখিব ওন্থোক্ল চুমদে।　　অদুন হৌজিক্তি
থম্বাল মানবী মহাক্ল　　লাক্লবাদ অমুক্তং
চিক্লব মফম অসিদ　　মাঙহঞ্জররোই মতমবু

ইন্দ্রিয়গী মচীঞ্জাক হায়বসে তরাই, তরাই ফংঙমদে,
অয়েং থুরো চেনখিবন ৱাতুন লৈহৌব অমস্থুং
তৌফম খঙখিদব পূক্লীংন ৱাখন অসি তৌরক্লি।
মতম অতুদদি মহাক্কী মমাঙদদি খলহৌদে ।। ৩৯ ।।

নেপথ্যদ - ৱাজন্ !

নুমিদাংৱাইগী যজ্ঞ হৌরবদ মৈচাক ফন চাক্লব যজ্ঞ ভুমিগী
মায়কৈ থুদিংদ তারব অকি অখং পিৱিব
সন্ধ্যাদ মংব নোংগী মচু মাল্লব হিংচাবগী
মমিন কোয়ন তাররে ।। ৪০ ।।

ৱাজা—( তারগ মৱিংজেনগ লোয়নন ) তাপস পুন্নমক ! কিবিগন্নু কিবিগন্নু ঐহাক লাকচরে।

( অসি হায়রগ চৎখি )

# মরিশুবা অঙ্ক

( অতুদগী লৈ হেকপগী অভিনয় ে৷ভুন সখী অনি চঙলকই )

অনসূয়া—প্রিয়ম্বদা ! গান্ধর্ব বিবাহগী * মতুং ইন্ন ঐখোইগী চান্নবী ঈভা অসিগী অফব থোকখ্রে অমসুং মতীক চাব নিপাগী মথুক্ত রাইথুংজন্নন নীঙজবদি থুংখ্রে হায়ববু ঐদদি পুক্লীং অসি ঈরুম লুমজদে।

প্রিয়ম্বদা—করিন ?

অনসূয়া—যজ্ঞ লোইরত্নন ঙসি মুনিশিংন রাজর্ষি অত্নদ বিদায় পীবিখ্রে, মহাক্ত হৌজিক কোন্নুংদ চঙত্নন রাণীশিংগ উন্নখ্রগ ঈভা অসিবু নিংশিংবিবক্কদ্র ? নিঙশিঙবিরোইদ্র অসিনি।

প্রিয়ম্বদা—অত্নুদি খল্লগন্নু মরমদি তুষ্মন্তগুম্ব শকাহেনব নিপানবু মগুণ রাংপ হৌনদে। ঐন লুন খল্লিবদি অসিনি—পিতাকণ্বন তীর্থদগী লেংলক্লগ থোদোক অসি তাররুগ করি খল্লগদগে ?

অনসূয়া—মতীক চাব নিপাদ রাইথুংজবদি পিতাকণ্বনস্ন নীঙদ্বন লৈবনি, অতুগী মথক্ত লাইন কুত্নন পাঙথোক্লবদবু গুরুজন্ন য়াবিরোইদব লৈবব ?

প্রিয়ম্বদা— অত্নদি অচুম্বনি ঈভা ! ( লৈ য়েন্দায় য়েংলগ )। ঈভা পূজাগী কোন্নব লৈরাংদি হেকলে।

অনসূয়া—মুমিৎ খুদিংগীদি কোন্নবব লৈনি, অতুবু ঙসিগীদমক্তি কোন্-নরোই। মরমদি শকুন্তলাবু মপুরোয়বন লুন চান্ন তৌবিনবগীদমক ঈশ্বরদ পূজা কৎকদোরি। অত্নন খরস্ন হেকখিব তারি।

প্রিয়ম্বদা—চুম্মি ঈভা ! ( অসি হায়ত্নন লৈ হেকপগী মরোং উৎখি )।

নেপথ্যদ--কনা কনা লৈবগে ? ঐ লাক্লে।

অনসূয়া—( মনা থাঙ্গৎলগ ) লাউরকলিবসি অতিথি ওইরমালে।

---

* গান্ধর্ব বিবাহ-নঙন ঐগী নুপীনি, নঙন ঐগী ঈপুরোয়বনি হায়ন নিপা নুপীন য়ানব অত্নবুনি।

প্রিয়ম্বদা—উনা খাংপোক্ত শকুন্তলা লৈহোরে।

অনসূয়া—অং! মশাদ মঙায়রবনি, মপূক্লীংদি য়াওত্রবনি। লৈরাং
  খর অসিন ওক্লসি। ( অসি হায়রগ চৎখি )

নেপথ্যদ অমুকস্নু—আঃ! ঐ অতিথিনি ঐবু উশিন্ত্রেদন?

পুক্লীং অনী লোঙদন মহাক্তবু খনবন
ঐবু ঈশক খঙদরে, খঙহঙ্গক্ত নশাবু
মহাক অত্নদ নহাক্ল মহাক্ল কাউরম্ব ওইসনু
পুক্লীং চোইরব নিপান রাগী রাহৌদোক কাউবগুম ॥১॥

প্রিয়ম্বদা—মাঙলে! মাঙলে! ঐন নীঙলম্বত্নমক থোক্লে। মেনতাত্রবী
  শকুন্তলান পূজাপাত্র* ওইব মীশক অমগী মফমদ লঙজক্লরে।

অনসূয়া—( মাঙদ য়েংলগ ) অন অমদবু নত্তেনেসে। শাউগল্লব
  তুর্বাসাদনিনে। শাপ তৌব তৌরত্নন কুপথাং থাংলব
  খোঙথাংন পরপ পরপ হনখ্রি।

প্রিয়ম্বদা—মৈ নত্তনবু কনান চাকপগে? চৎলো থীল্লে, মখোঙদ
  তুত্নন অমুক্তং হল্লক্লব তৌক। ঐস্নু অসিগী মন্নুংদ অর্ঘ্য
  অমস্নং পাদ্য লাঙলমগে।

অনসূয়া—চুম্মি মাত্নমক্লি। ( অসি হায়রগ চৎখি )

প্রিয়ম্বদা—(অনীশুব খোঙথাংদ খুদি থীবগী মওং উৎলগ) ইহে:!
  খুদি থীত্নন খুক্তগী লৈ য়েন্দায় তাগ্রে। ( অসি হায়ত্নন
  লৈ খুনবগী মরোং উৎখি )।

অনসূয়া—( চঙশিল্লগ ) অশাউবগী মুর্ত্তিগুম্ব মহাক্তি কনান হায়জ-
  চৎচব তাব হৌনদবনি, অত্নমকপু উচিন্ন থৌজান অমওংদি
  তৌহনজরকই।

প্রিয়ম্বদা—মঙোন্দদি হেন্দুম হেল্লবনি। হায়য়ু তাসি করম্ন মাগ
  তাইনরকই?

---

* পূজাপাত্র - ঈকাই খুম্নফম থোকপ।

অনসূয়া—আশ্রমদ অমুক্তদি লেংশিনবিরকউ হায়বদ য়াদ্রে, মতুদ ঐন ভগবন্! তপক্কী মগুণ খঙজদবী পঙলবী মুপীমচাগী অহানব মরাননি খনবিতুন অমুক্ত'দ ভাকপিয়ু হায়ন মখোঙদ তুতুন হায়জবম্মি।

প্রিয়ম্বদা—অতুদগী ?

অনসূয়া—মহাক্ক ভাকপিরম্মী—"ঐন হায়খ্রব রা লেপ্পমক মাঙব য়াররোই, অতুমকপু লৈতেংগী মশক ওইব মশক নাইব পোৎশক অম উহল্লবদি ঐগী শাপ কোকসন্ন" হায়রম্বদগী অতুম উখিদ্রে।

প্রিয়ম্বদা—অতু ওইববদি খজিক্লংদি নে ভারে। রাজর্ষি অতুন চৎলমদাইদ মশাগী মমিং থাবব খুদোপ অম নীঙশিঙনবগী মশক ওইন শকুন্তলাগী মখুত্ত শিবিবম্বতু হৌজিকস্ত লৈরি। মতুন শাপ কোক্লবগী মপুং ওইব উপায়নি॥

অনসূয়া–ঈভা! লাক্লো, শকুন্তলাগীদমক ঈশ্বরগী পূজা কৎলুরসি।

( অসি হায়বগ খোংথাংখি )।

প্রিয়ম্বদা— (য়েংলগ) য়েংউনেসে অনসূয়া। চান্নথোইবী অসিন ওই-থংব চুব মেত্তুন অয়েকপ মুত্তিগুম লৈরিবসে অমম্মুং মহাক্কী রাখন্দ লুপখিবন মশামকপু খঙজব ঙমদ্রবী অসিন করম্ন অতিথিবু খঙগনি।

অনসূয়া—ঈভা! মিপাইথিবী শকুন্তলাগী মথরায় কন্দ-লাক্তব য়াদে: অতুন থোকখ্রিব থৌদোক অসি ঐখোয় অনীদগী হেন্ন অমদ খঙহল্লবদি য়াদেকো।

প্রিয়ম্বদা--নব মালিকাগী লেশ্ফুদ ঈশিং অশাব হৈব কনা য়াওবগে ঈভা! ( অসি হায়তুন অনীমক চৎখি )

## বিষ্কম্ভক

( মতুঙদ তুম্বদগী হৌগৎলকপদ ভায়রিব কম্বগী শিক্স অম চঙলকই )

শিষ্য—বিদেশদগী লেঙলক্লব পূজনীয় কণ্বন মতম অসি কদায় য়োখ্র-
বগে খঙঙ্ হায়ন ঐঙোন্দ তাকপি। মরম অসিন মপান্দ
থোক্লগ অহীঙগী শরূক লোইগদব কয়া ৱাংলিবগে হায়বত্থ
য়েংলুখিগে। ( থোক্তুন য়েংই ) ও! নোংঙাল্লেদন অসিদে!

থান তারি অমরোমদ থোক্লক্লি অমরোমদ নুমিৎন
অরুণন মাঙদ থাত্থন, মঙান চাওব অনীন
মতম অমত্তগী মম্নুঙ্দ অমন তাব অমন থোকপ
অসিগুম্ব থবক্ল তাইবং মালংপানবসি
মাগী মাগী মতাঙদ ঈশ্বরন শিনব খুজিন্দৈ
হেন্দোকপ য়াদবনি হায়বসি তাকপিবগী মতানি ॥ ২ ॥
থান মরায় চায়রবদ থরোগী ফজফম্ন করিনো ?
মাগী ফজব পূম্নমক নীঙশিংনিঙাইদনি,
অত্থন মীগী মমীৎপূ নুঙাইহনব ঙমজ্জদে,
পামজব মীশক কায়নবগী অৱাব শরুকশিং'ত্থদি
নুজাশিংগী মফমদদি ওন্থোক্ল ৱান থাঙনঙাইনি ॥৩॥

অমস্থ—বোরোইমনাগী লিক্লাবু ঙাঙ্রানহল্লি অয়ুক্ল
কুশন কুপ্প য়ুমথকপু থাদোক্লে য়াহৌরব ৱাহৌঙন।
মখূজিন্ন হোৎলব যজ্ঞভুমি'নাক্তগী
হৌগৎত্থন তীঙলি য়াঙলিরি শজিন পোনথক্ত্ন লেপ্লি ॥৪॥

অমস্থ—অমম্ব মাঙহল্লমত্থন সনজিংগী চীংদোন্দ
চাইথোক্তুন মঙানবু নোংমদোন্দ কাখৎগ্রে
অত্থুগুম্ন থা'সিন আকাশদগী তাথরে
মঙান খরদং পুত্থন; অচৌব কয়া কয়াস্থ
অমুক মকুমথরকই মহৌশাগী খুৎশেমনি ॥ ৫ ॥

অনস্থয়া—( য়ুখল হাইদোক্তুন চঙলকই ) হন্দক ৱাজর্ষি অত্থন
শকুন্তলাগী মফমদ চৎলম্ব অকায়ব অসিগুম্বদি ইন্দ্রিয়গী
মখা পোন্দবশিংদ করিগুম্বদস্থ থোক্তে।

শিষ্য—গুরুদেবদ হোমগী মতম য়োরক্লে হায়ন হঙ্গৎলুখিগে। (থোকখি)

অনসূয়া – নোংঙাল্লে হৌগৎলগে। অসুক ওয়্ন ওয়্ন হৌদুনবু করি ত্তৌনগদানো ? মতম কুইন হৈনরক্লব অয়ুক্কী থৌদাংশিং অসিদ খোঙ খৃৎপু লেঙব ঙম্লরোই।

পুকচেল তিংজবী ঐখোয়গী ঈতাবু হায়খিবগী পোলেপফম নাইদব নিপা অমদ ব্লাইথুংহল্লন্নসিন কামদেবগী মনীঙ থুংলসন্নু। ( নীংঙশিংলগ ) অমরোমদদি রাজর্ষি অতুগী মরালদি নত্তে, দুর্বাসাগী শাপকী মথৌননি. নত্রবদবু রাজর্ষি অতুন অতুক চিনশু পাস্লনগ্রগ অসুক কুইরবগী মন্নুঙদ পাউ অমত্ত য়ৌন পীরক্লব হৌনদে। ( রাখন ত্তৌরগ ) অতুন'দ মহাক্ল পীরম্ব খুদোপ অসি মঙোন্দ থাখিব তাবে। নত্রবদি ভপকী অরাব থাংবন মথৌ ওইব মীশকশিং অসিগীদমক কনাদ হায়জরুগদগে ? শকুন্তলাগী দোষনি হায়বসু ঙমদে। দুষ্মন্তন লৌরবী শকুন্তলা মীরোল্লে হায়বসিসু লংফৈদগী লেঙলক্লব পিতা কণ্বগী মফমদ ফো দোকচবসু ঙম্মোই। অতুনদি ঐখোয়ন ত্তৌগদবসি করিনো ?

প্রিয়ম্বদা —(চঙলকই) অনসূয়া ! শকুন্তলাগী যাত্রাগী মতমদ মঙ্গলগী থবক পাঙথোক্লবগীদমক খর শেম শারো. তপ্লগন্নু।

অনসূয়া—করম্ন ঈতা !

প্রিয়ম্বদা - তাও. অহিঙদ নীংথিন ভুম্ব য়াবব হংগে হায়দুন শকুন্তলাগী নাক্ত চৎলুই।

অনসূয়া—অতুদগী করম ত্তৌই ?

প্রিয়ম্বদা – অতুদগী ঈকাইজবন মরুলুক্লবী শকুন্তলাবু কোল্লগ পিতা কণ্বমক্ল পুক্লীং নুঙাইন তাকপিখি, মতুদি—"ঈবেম্ম ! মৈথুন মমিং পাঙব য়াদ্রব যজমানন হুম্বরকপ আহুতি লাইবক ফবদগী মৈগী মচিন্দ তাহোরে। মতীক চাব শিষ্যদ পীথিব বিদ্যাগুম ঐন নঙগীদমক ব্লাননিঙাই লৈত্রে। ঙসিমক ঈপান নহাকপু ঋষিশিংবু ঙাক শেলহল্লগ নপুরোয়বগী মনাক্ত থারগে।"

অনসূয়া—ঈতা ! তাতকণ্বগী ১ফমদদি কনান পাও অসি হঙ্গৎলু-
রিবনো ?

প্রিয়ম্বদা—যজ্ঞশালাদ লেঙশিল্লবদ পদ্যগী মশক ওইব নোংদোন
পাও ( আকাশবাণী ) না খঙহল্লকপনি ।

অনসূয়া—( অঙকপগ লোয়নন ) কয়ি হায়ন ?

প্রিয়ম্বদা—"তাও হে ঋষি ! নহাক্কী শকুন্তলা কৌবী নমোমদো
তাওজিং হৈরাঙ লোম্ভানবদ তাওজিও হৈরু পানখ্রবীনি ।
দুষ্মন্তন পীজব হৈরাঙনি তাইবং মঙ্গলগীদমক
মনুঙদ মৈবু পুরব "শমী" উপালগুম্বনি" ।।৬।।

অনসূয়া—( প্রিয়ম্বদাবু কোল্লগ ) ঈতা ! পাউ অসি তাবদি ঐদি
ওম্বোরু নুংঙাইখ্রেদ! অদুবু ঙসি মপুনাক্ত থিনখ্রগনি তাবদ
পূক্কীং অসি রাদবদি ঙমদে ।

প্রিয়ম্বদা—ঈতা ! ঐখোয়গী অরাবসিবুদি মরাজসনু ; পিশক পিক-
ঙৈদগী রাজরক্কবী ঈতাসিদ নুংঙাইজখিসনু ।

অনসূয়া—অদুদি হৈনো মশাদ য়াল্লিব য়ুবী মনীঙ অসিদ ১সিংদমক
ঐন মতম কুইন নাগকেশরগী লৈরিক থমখিবনি! অদু থম্না
মথক অসিদ হৈদোক্লরো । এস্তু মাগীদমক গোরোচন.
তীর্থগী লৈপাক অমসুং তিংথো মভোন্ন মঙ্গলগী মওমদ
মশাদ তৈবী–নানবিনব পোৎশক অমতং শেমখিগে ।
( প্রিয়ম্বদা, অদুমক ভৌশি, অনসূয়া চৎখি ) ।

নেপথ্যদ—গৌতমী ! শকুন্তলাবু পুননবগীদমক শার্ঙ্গরব অমসুং
শারদ্বত মিশ্রনচিংনবু শেমশাদুন লৈয়ু হায়ন হায়দোকখো ।

প্রিয়ম্বদা—অনসূয়া ! থীল্লে. থীল্লে, হস্তিনা চৎকদৌরিব ঋষিশিং
পুন্নমক লাওনরক্লে ।

অনসূয়া—( খুত তৈবী-নানবিনব পোৎ পায়দুন চঙলক্লগ ) ঈতা !
চৎলসি লাক্রো । ( অসি হায়তুন অনীমক চৎখি )

প্রিয়ম্বদা —( হেৎলগ ) হৌমিং থোকপদ শকুন্তলা ঈরুজব লোইখ্রে। ঋষিশিং পুম্নমক মখুত্ত ৱাইমুচরাগী পাত্র পায়ত্তুন লাক্লগ মহাকপু আশীর্ব্বাদ পীখিরি। অতুন মাগী মনাক্ত চৎলসি। ( অসি হায়ত্তুন অনীমক শকুন্তলাগী মনাক্ত চত্থি )।

( মতুংদ হায়খিব মরোংদ তাপসীশিংন কোয়রবী শকুন্তলা চঙলকই )

শকুন্তলা — গুণ চাওরবী তাপসী পুম্নমক খুরুমজরি।

গোতমী — ঈবেম্ম ! নপুরোইবন লুন পৌবিনবগী অমম্বুং মরম খুদিংমক্ত হুংঙাইজনবগী মরম ওইব "দেবী" হায়ব ৱাহৈবু ফংজো।

তাপসীশিং - কন-থোৱব নচানপা অম পোকচৌ।

( আশীর্ব্বাদ অসি পীনবীরক্লগ গোতমী য়াওদন পুম্নমক চৎখি )।

মতা অনী—( মনাক্ত চঙশিল্লগ ) ঈতা ! নহাক ঈরুমাইথজবদি লোইরেদন ?

শকুন্তলা চঙবিরকউ ঈতা অনীমক। অসিদ ফম্বিয়ু।

মতা অনী ( ফম্লগ ) ঈত ! চুম্ন লেপ্প. মঙ্গল ওইনব, নশাদ পোৎলম খর হৈবী নানবিখিগে।

শকুন্তলা —মসি হৈনবক্লব থবক্লিদি হায়ববু লুন তৌজগদব অমনি, মরমদি ঈতাশিংগী মখুৎন ঐবু অম্তুম্ন অমুক শেম্বী শাবির-গদব লৈত্রবনি। অসি হায়রগ কপখি )

মতা অনী ঈতা ! মঙ্গলগী মতমদ কপ্প হৌনদে। ( অসি হায়ত্তুন মপি তৈথোকপিবগ ফীজেৎ লৈতেংবিবগী মরোং উৎলি )।

প্রিয়ম্বদা — ঈতা ! থাহৈশেংন সনাগ লুপাগ লীক্ক কোনগ, লৈতেং-লবদি য়েংবমক ওমদন নাংথিজগদব নশক্লিকে, বনগী অফংব থরন লৈতেংবসিদি কল্লকইদ !

মুনি কুমার অম—( মখুত্ত লৈতেংগী পোৎ খর পায়ত্তুন চঙলকই ) শকুন্তলাগী লৈতেংনব পোৎলম পুম্নমক পুবক্লবনিসে। ( তাপসী পুম্নমক উরগ ঈঙক ওকখি )

গৌতমী—হারিত ! নঙদি কদায়দগী কবম তৌন ফংলকই ?

হারিত—পিতা কণ্বগী শক্তিদগী—

গৌতমী—তপকী শক্তিন নীঙবতদ থোকপ নত্রদো ?

হারিত নত্তে তাবিয়ু, ঈকাই খুম্নফম থোকপ কণ্বন ঐখোয় পুম্নমক্ত তাকপিখি মতুংদি "শকুন্তলাগীদমক উপাল খিবিক্তগী লৈরাং হেক্লকউ"। অদুদগী -

থাগুম্ন অপানব, মঙ্গলগী ওবক্ত চঙলিব,
ক্ষৌম* বস্ত্র পীরকই কবিগুম্ব উপালন,
খোঙগী লৈতেং অলক্তক পিবিরকই কনান
উমং লাইরেম্বী খিবিক্কী খুজেং য়োন খিন্দোক্লব,
উনাগুম্ন তঙাব মখুৎন ঐখোয়গী ঈফমদ
উপালশিংদগী লৌতুন লৈতেংগী মখল পীবকই ॥৭॥

প্রিয়ম্বদা—( শকুন্তলারোমদ ) উবোঙদ পোক্লবী খোইমু অমোমস্ত থম্বাললৈহ দ মপামই—।

গৌতমী—ঈবেম্ম ! উমং লাইবেম্বীগী থৌজাল অসিন নপুবোইবগী যুমদ মহারাণী অমন ফংব য়াব সম্পত্তি ফংলগনি হাকলে।
( শকুন্তলান ঈকায়বগী ফীভম তৌই )।

হারিত -পূজনীয় কণ্ব মালিনী তুরেলদ চাইথব লেংখি। উপালশিংগী সেবা অসিস্ত গুরুদেবদ হঙ্গৎপ তারি। ( অসি হায়তুন চংখি )।

অনসূয়া—ঈভা ! করম তৌন ফীজেং লৈতেংব হৌনবগে হায়বত্থ ঐদি মহৌশান খঙজদবী হৈজদবী অমনি। কবম্ন নঙবু লৈতেংগদগে ? (রাখন তৌবগ অমস্তুং য়েংলগা) অয়েকপ শকতম য়েংলগ হৌজিক নহাকপু লৈতেংবিরগে।

* ক্ষৌমবস্ত্রম্—ক্ষুমায়া বিকারঃ ক্ষৌমম। ক্ষুমা—অতসী।

শকুন্তলা।—নখোয় অসি কয়ামরুম হৈগন শিংগনবীনে। হায়বতু ঐহাক খঙই। (মতা অনীন ফীজেৎ লৈতেংবিবগী মরোং উৎলি)।

( মতুডদ মালিনীদগী ঈরুজরগ কণ্ব মুনি চঙলকই )

কণ্ব—( রাখন ভৌরগ )

ওসি ঈচান চৎগ্রগনি খল্লুবদ পুক্নীং তথকই,
তারকপ পি থিংব মহোৎনৈ লাকুন খৌরিদ মথৎখি
পোৎকী মশক খঙলকত্রে মাগী রাখনমক্তন,
ঐমক্লবু অসি য়ৌরবদি য়ুম্বানবশিংদি করম ভৌব ? ॥৮॥

( অসি হায়দুন খোংথাংলকই )

মতা অনী—শকুন্তলা ! নঙোন্দ অলঙ্কারগী পোৎশক শিজিন-খোৎচিনবিবদি লোইরে, অতুন পট্টবস্ত্র অনী অসিদং শেৎ-ইল্লু। ( শকুন্তলান হৌগৎতুন শেৎ-ইল্লি )

গৌতমী—ঈবেম্ম ! পিগী ঈব; চেল্লব মিৎন নংবু কোনবগী মতাগুম নঙগী পিত' কণ্ব লেঙলক্লি, মতীক চান ঈকাই খুম্নগদবনিকো।

( শকুন্তলান ঈকাই ঈকাই খুরুমখি )

কণ্ব—

শর্ম্মিষ্ঠাবু যযাতিন নীঙবিবগুম
নীঙবিসন্নু নবুঙোন নহাকপু।
মহাক্ত পুরুব ফংজখিবগুম
নিংথৌরেনদি ওইগদব
নচানিপা অম ফংজরো ॥ ৯ ॥

গৌতমী—ঈবেম্ম ! তাকপিরিবসে আশীর্ব্বাদ নত্তে বরনি।

কণ্ব—ঈবেম্ম ! অসোমদ চঙলকউ, হোম তৌখিবদঙায়রিব—মৈবু য়েৎওইনন কোয়রম্মু অমম্মুং খুরম্মু। ( ময়াম্ন মৈ কোয়হল্লি )

বেদিগী মায়কৈ খুদিংদ মখোয়গী মফম শেমখ্রব,
তত্তন শিঙ্গোম্নরিব, কুশন শল্লব মখোয়গী চিদাইদ
ঘীগী মনমমক্তন পাপ'মপৈ কোকপিব,

মৈ'খল অহুয় যজ্ঞগী নহাকপু শেংদোকপিসন্নু ॥ ১০ ॥
( শকুন্তলান য়েৎঙইনন কোয় )

কণ্ব—ঈবেম্ম ! হৌজিক খোংশাল্লো । ( য়েংলগ )
শার্ঙ্গরব অমসুং শারদ্বত মিশ্র কদায়দ চৎখরে ।

শিষ্য অনী—(চঙলল্লগ) ভগবন্ ! ননাই ঐখোয় লৈজে ।

কণ্ব—ঈচাশা । নখোয় অনীন নচন অসিবু অহুক লমজিংবীয়ু ।

শিষ্য অনী—অসোমদ ঈবেম্ম ! ( পূন্নমক চৎলি ) ।
—হে বনদেবতাশিংগ শাগোম্নরব তপোবনগী উপালশা !
মচিন্ন থকচব ঙমদবা নখোয়দ চাইদ্রিমখৈ ঈশিংবু
হকচাং'মকে শেঙ্গদ পামজরবা ঈচানি ।
অহুম অহুম ঙইহুনস্থ লুংশিজবন নখোয়গী
মনা অম য়ৌন থচ্চদে. নখোয়ন মপাল শাৎলগ
হরাঙজবন মহাক্কি, অহুগুম্বী শকুন্তলা মহাক্কো
মপু ময়ুম পাংলক্রে নখোয় পুন্নমক্ক য়াবিয়ু ॥ ১১ ॥

আকাশদ—থম্মান শংলেন শংলব পুখ্রীন কাগুপ চপ্পদ
মরক্ত পুক্লীং হুরব, মরুম চাউব উপালন
লুংশা মৈশা লাংদ্রব থম্বালগী মেঙলব লৈরিকপু
পুরব ঈংলব মালংবন তুংইন্নন খোংদোই হুল্লব
অসিগুম্ব লম্বীন ঙইসন্নু মহাক্কী অকবদ খোকসন্নু ॥১২॥
( ময়াম পুন্নমক ঈঙক ঙক্ক তানৈ )

শার্ঙ্গরব—( কোকিল মান্ন খো'লকই ) ভগবন্ !
বনদ পুন্ন লৈমিন্নবন পুকচেল খোয়জেন তিন্নরব
উপাল রাপাল পুন্নমক্ক শকুন্তলাগী মফমদ
চৎচরো হায়ন তাকপিরে কোকিলগী লুংশিব মখোম্ন
গুরুদেবগী মফমদ নীংথিন পাউখুম পীথরে ॥১৩॥

গৌতমী—নহাকপু শাগৈ নাতৈগুম লুংশিবিরবী বনদেবতা পুন্নমক নহাকপু চৎচরো হায়না য়াথং পীনবীরে । মরম অসিন মখোয়বু থুরুম্মস্থ ।

শকুন্তলা—( খুরুম্নগ খোঙথাংজিন্দুন প্রিয়ম্বদাগী মফমদ তুমিন্ন )
ঈতা ! ঐহাক্তি আর্য্য পুত্রগী শক উজগনি খল্লু বদ পুক্নীং
ইন্নাং হৌরবীনি, অদুবু তাপোবন থাদোক্লগনি খল্লু বদ
খোঙ অনী অসি মাঙলোমদ থাংদোকউ য়াদ্রে।

প্রিয়ম্বদা - কায়নগদবগী য়াবদি নথক্ত নত্তে, তপোবন অসিসু নহাক্কী
খাইন মৈশা লাংলবনি ফীভম অসি অমুক্তং য়েংউ—
শজি অমোমন মচিন্দগী শজিক খুদাপ এথোক্লে।
য়াহোংন জগোই শাখিদ্রে উরীন মপী তাবগুম্নি
অন্নিব মনা কেনবদ ॥ ১৪ ॥

শকুন্তলা—ঈচে মাধবী লতাগ পাউমেক্তজরুখিগে।

কণ্ব—ঈবেম্ম ! মাধবীবু নঙন কয়ামুক নুংশিজবগে হায়বত্ ঈপা খঙই।
খা থংব মায়কৈদ লৈরে, য়েংউসে।

শকুন্তলা—(চঙশিল্লক্লগ মাধবীবু কোল্লগ ) ঈচেম শক্লবী মাধবী !
নশা পাম্বোম্ন ননাএবু অমুক্ত চেৎন কোনবিয়ু। ঙসিদগী
ননাএদি ননাক্তগী লমদম তানখ্রগদবনি। ঈপা ইবুংঙো,
মসিবু নচা ঐমক্লি হায়ন খনবিগদবনি।

কণ্ব—নঙগীদমক ঈপান পুক্নীংদ মখল মখল খল্লম্মী
মতীকচাব নপুরোয়ব ফ জরে নঙন নগুণন।
নঙগীদি পুক্নীং লুম্নে ঈপান ফজবব হৈনো পাম্বীসে
মসিগী বর ওইহনগে নিঙলিবনি ঈবেম্ম ॥ ১৫ ॥
হৌজিক্তি মফম অসিদগী থোক্লো।

শকুন্তলা—( মতা অনীগী নাক্ত চঙলগ ) ঈতা ! মাধবী লতা অসে
নখোয় অনীগী খুত্ত শিন্নজরম্নবনি !

মতা অনী—ঐখোয়বুদি কনাদ শিন্নবিরম্নবগে ঈতা !
( অসি হায়রগ কপই )

কণ্ব—অনসূয়া ! প্রিয়ম্বদা ! কপকনু ! নখোয় অনীনতুম নতাবু
থেমজিনগদ্র হায়রগ কপ্পিবোইরে ? (মতুঙদ পুম্নমক চংলকই)

শকুন্তলা—(য়েংলগ) ঈপা ইবুংঙো ! গর্ভন লুম্মনখিবন মখোঙ থাংবদ রারবী শঙ্গী অসি উনা খাংপোকনাক্ত চংশিঙ্গবকই। মসিন তেক্ত কায়দন মচা পোক্রব মতম অচুদ মুংঙাইবব পাউ অসি মীশক অমত্তং থাবিবক্তন খঙহনবীরকউ।

কণ্ব—ঈবেম্ম, ঈচাদবৃদি খঙহল্লক্তনকে।

শকুন্তলা—( চৎপ য়াদবগী মরোং উৎলগ ) হায় ! কনানো ? খোঙদ ফাবগুম তৌরগ ফীজিদ য়ান্নরিবসে।

( অসি হায়রগ লৈছুনা য়েংলম্মী )

কণ্ব— কুশগী থৌরব মত্তোন্ন থিনবদ ৎৎলব মচীন্দ
ঈঙ্গুদি থাউ উন্দাইব হাপ্লিখি নঙন মখোয়দ
শ্যামাক খুদাপ ইন্দুন নচাগুম্ন য়োকখিব
শক্তি মচা অসিন নঙগী নখোঙ ফারবে ॥ ১৬ ॥

শকুন্তলা—ঈবুংঙো ! ঐবু নঙন তুংইন্দুন কান্নররোই, ঐদি নঙবু ছন্দোক্রমগদৌরবনি। নঙবু পোক্রম্নগ নমা শিগ্রবদ নমা যাওদন ঐন নঙবু য়োক্রকপগুম হৌজিকস্থ ঐন ছন্দোকলম্মি হায়বতু মশায়, ঈপা ঈবুংঙোন নহাকপু য়োকপীগনি। হলহৌরো ঈবুংঙো হলহৌরো। ( অশ্রুম তৌন কপ্ন কপ্ন চৎলি )

কণ্ব—ঈবেম্ম ! কপকন্ত, ৎপথৌ, নমাঙদ লম্বা যেংউ।
ব্লাংলব পাদ পক্লিব পীরাংন
মিৎকী মিৎলম থংখিছুন
পোৎকী পোৎশক থঙ্খিদ্রে,
পুক্লীংবু তপ্ন ফারগ—
খাম্মু মিৎকী পিরাংবু
অতোঙ অকুৎ উদরে,
খোঙথাং চুনদ্রে ঈবেম্ম ॥ ১৭ ॥

শিষ্য অনী—ভগবন্ ! ঈশিং মপান ফাগুব নুংশিব মীশকশিংবু থিন্দোকপ হৌনৈ হায়ন এখোয়ন তাজৈ ! পুখ্রী মপান অসিদ ননাই এখোয়দ তাকপিগদব পূম্নমক তাকপিরম্লগ লেংবিখিবনবু ফবগদ্র ?

কণ্ব—অত্তদি বটবৃক্ষ অসিগী মখাদ চঙলসি। (বট মখাদ চঙ্খি )

কণ্ব—ঈকায় খুম্নফম থোকপ দুষ্মন্তগী মফমদ ফজরব নীংথিরব পাউ অমতং হায়খিগদবসি করিনো ? ( ব্রাখল তৌই )

অনসূয়া—ঈতা ! তপোবন অসিদ লৈব মথরায় পানব কনানো নহাকী কায়ন মৈশা লাংলোইদব ! য়েঙভু নেসে—

থম্না'রক্ত শাথুপ্পী
ভ্রানু থাঙ্গোং অমোমন
নড্গীদমক্ত ব্রাতুন
হম্ন হন্ন হংজব্‌বু
মচীন্দ্র থাম্বা চিক্রুব
নডবু চিংন য়েংলব
থঙ্গোং লাব অসিন
পাউথুম করিম্ন পীদবি । ১৮।।

কণ্ব—শার্ঙ্গরব ! নচন অসি নমাঙদ থম্নগ মহারাজ দুষ্মন্তগী মফমদ এগী ৱা অসি হায়গদবনি।

শার্ঙ্গরব—তাকপিসি গুরুদেব !

কণ্ব —

কনাগী থৌইনশিন য়াওদব
শকুন্তলাগী প্রেমবু নঙোন্দ লৈজব,
নশাগী বংশগী সম্মানবু
তপস্যাগী মুনিগী মরননি
হায়বসিস্ন মুম্ন খল্লগ
শকুন্তলাবু নহাকী

তালোয় অম ওইন চুম্নগী
লৌশিনবিয়ু নহাক্ল
অসিদগী হেনবদি
মরাইবক্কী ওইসন্নু,
মপা মমান মচাগী
অহেনবত্থদি নিনজদে ।১৯॥

শার্ঙ্গরব—তাকপিখিব খিবিক খঙজবে।

কণ্ব—(শকুন্তলাবু য়েংলগ) ঈবেম্ম ! বনদ লৈদি হায়ববু য়ুম্বানবশিংগী লীচৎ পুম্নমক ঐখোয়ন খঙভি। ঈপান খরদং পাঙমেনগে।

শার্ঙ্গরব—ভগবন ! লৌশিং শিংবশিংনবু শঙলোইদব করি লৈবগে ?

কণ্ব—নহাক্ল মফম অসিদগী নপুবোয়বগী ময়ুম য়োবগ—

শুকসেবাদ তনগন্নু লোম্নবীবু নভানি খন্দোকউ,
খোওইবিদ্রবস্নু নবুঙোন শাউকগন্নু মঙোন্দ,
নচা ননাইগী মফমদ পুকচেল চাউব উৎকনি,
মুংঙাই য়াইফরে হায়দুন পুক্লোংদ নাপল তৌগন্নু,
লীচৎ অসি কায়দ্রিবী মুপীদি গৃহিণী কৌবনি
অসি নত্তবী মুর্পাদি বংশগী পুক্লীং কাযনবীনি।২০॥

গৌতমীনবু করি খনবিবগে ?

গৌতমী—ময়ুম পানগ্রবী অমদ তাকপিব হৌনব পাউতাক হায়ববু অসি মঙায়। ঈবেম্ম ! তাকপিরিব পুম্নমক অসি কাউগন্নু নপুক্লীঙদ চেৎন থম্মু।

কণ্ব—ঈপাবু অমদি নভাশিংবু কোল্লম্ম।

শকুন্তলা—চাম্নরবী ঈতা অনাবু মফম অসিদগী হলহৌরগদ্র পিতঃ !

কণ্ব—ঈবেম্ম ! নতা অনী অসিদি ময়ুম পাজ্রিবীনিন নিংখৌ কোন্দ চৎপদি চুমদে। নঙগী নতুংদি গৌতমীন ইনগনি।

শকুন্তলা—( মপাগী খুকউ কোল্লগ ) মলয় পর্বতদগী মপাল মর৷ ফুক্তুন তুরক্লবী চন্দন পাম্বীগুম্ন ঐহাক্ক ঈপাগী তম্পাক্কগী চখোকখ্রগ মীরৈপাক অতুদ করম্ন হিংলুগদগে ?

কণ্ব—ঈবেম্ম ! করিগী দমক অতুক রারি ?

অচৌব শাগৈদ পোক্লব নপুরোয়ব অতুগী
মুমগী মবেম্ম ওইবদ য়াম্নোম্নতুন সনাগ
অনৌব নথৌদাং কয়ান শংলোই মীকুপ অমম্ব
নোংপোক মায়কৈন ম্নমিৎপু ফংজবগুম্ন অশেংব
নচানিপা অমবু ফংজব মতম অতুদ
খাইন মৈচাক পুম্নমক খনব য়ৌন খল্লক্লোই॥২১॥

শকুন্তলা—( মপাগী খোঙদ তুরগ ) খুরুমজরি পিতঃ।

কণ্ব—ঈবেম্ম ! ঈপান নীঙলিব পুম্নমক নঙোন্দ থোক্লসম্ন।

শকুন্তলা—( মতা অনীগী নাক্ত চঙখ্রগ ) ঈতা ! নখোয় অনীন ঐবু পুম্ন কোয়্নোলাও।

মতা অনী -( পুম্ন কোল্লগ ) ঈতা ! রাজর্ষি অতুন করিগুম্ব নঙবু কাউরম্নবদি মাগী মমীং থাব খুদোপ অসি হেক উৎকদবনি।

শকুন্তলা—নখোয়গী নরাইে অসি তাবদি থম্মোয় থুকইদ !

মতা অনী—করিগী থুক্ল্ গদগে ঈতা ! নঙবু ম্নংশিজবন মরোন মরোন খনবদনি।

শাঙ্গরব—গুরুদেব ! ম্নমিৎ অসি উদয়াচলদগী ফন য়াম্ন কাখৎখ্রে, অতুন শকুন্তলাবু খরা থৌবিত্রবদি।

শকুন্তলা—( অমুক হন্ন মপাগী তম্পাককোল্লগ আশ্রমলোম্নদ ওনশিল্লগ ) ঈপা ঈবুংঙো ! করম্ব মতমদ ঐন তপোবন অসিবু অমুক উরকখিগদগে ?

কণ্ব— ঈপাগী ঈবেম্ম !

পুল্লপ পুল্লব পৃথিবীগী কুইন লোম্নবী ওইরগ

তুম্মন্তুগী লাম্বা লৈতব মপাবা অম ফংলগ—
লৈবাক ঙাকপগী থৌদাংবু মঙোন্দ শিন্নরম্লগ—
অরান খুভম ভাম্নব নপুরোয়বগ লাক্কনি॥২২॥

গোতমী—ঈবেম্ম। মতম অসি হৌখ্রে, নপাবুংবু থাদোক্লো। শকুন্তলাদি পাক হন্দোক্লোইদোবি, অদুন লেঙথোকপিখিবনবু ফগদ্র?

কণ্ব— তপস্যাগী মতম হেনখিগদোবে ঈবেম্ম!

শকুন্তলা—ঈপা ঈবুংঙোদি তপস্যাগী রাখনন ঐগী অরাব লাম্ভোকপিব ঙম্মি, ঐদি ঙমজদে।

কণ্ব— ঈবেম্ম নরাহৈ অসিন ঐব হৈঙম শিঙমহন্দ্রেদকে!

( মুংশা মপী হোন্দোক্লগ )

খাঙপোক থোংগী মাইযোক্ত
শা, উচেক্কা মচাঙ্গাক—
ওইনব নখুৎ অদুন
লুঙ্ববম্ব রাইন্নু চরাসে
হৌজিক্তি ময়োন চোংলক্রে।
মসিবু উরগ ঈপান
অরাব করম্ন কোক্কনি॥২৩॥

চংলো, চংলো! খুংলো পালৌদন নবুঙোগী মনাক্ত য়ৌজখোকো ঈবেম্ম।

(গোতমী, শার্ঙ্গরব, শারদ্বতমিশ্র, শকুন্তলাগ লোয়নন চংখি)

মন্তা অনী—( কুইন রাখন তৌবগ ) অরাবনি! উপালশিংন লুমখিছুন ঈতাগী মশক উখিদ্রে।

কণ্ব—(মুংশা মপী হোন্দোক্লগ) অনসূয়া! প্রিয়ম্বদা! নখোয়গী চান্নবী নত্তা অদু চংখ্রে। অরাব কোঙ্গায় খাঙতুন ঐগী তু ইল্লকউ।

( ময়াম চংখি )

মঙা অনী—ঈপা ইবুংঙো ! মহাক লৈত্রব অহাওব তপোবন অন্তদ
চঙবদ মত্তাথ্রবর ?

কণ্ব —নতাগী প্রেমমক্তন খল্লিবনি। (রাখন ভৌন খোঙ থাংই)
আঃ! শকুন্তলাবু মপুরোয়বগী মনাক্ত থাখিবসিদি পূক্নীং
রাইশংলেদা !

মচানুপী হায়বসি অভোপ্পগী মরলনি,
ঙসি মহাক অত্থবু থাখ্রে মপুগী মনাক্ত
থৈঙ্গুন থম্লম্ব পোৎশকপু মপু'খুত্ত পিখিবগুম,
তুংঙাইরেদকো ঐহাক্তি ঈশেং শেংলে পূক্নীংসে॥২৪॥

(পুন্নমক চৎখি)

# মঙাশুবা অঙ্ক

( অতুগী মতুংদ কঞ্চুকী * চঙলকই )

কঞ্চুকী—অঙকপ'ন। অরাবনি! চহি মতাং অসি য়ৌশিনখ্রেদকো

লৈমকোন শেন্নবগী | থোদা ফংলগ ঐহাক্ত
চৎনৈ হায়বগী মথক্ত | পায়রম্ব লীগী চৈশুনি
পুন্সি খোঙচৎ য়ায়ক্লব | চৎপদ খোঙফম চোইরব
ঐগী পাঙ্গলতুম পীরবে | চৈশু অসিন হৌজিক্তি ॥১॥

মহারাজ ঈবেম্মশিংগী শঙ্গায় মন্নুংদা লেংশিনখ্রি। অতুমকপু হৌজিক হৌজিকী থীনব য়াদব থবক খর লাক্লিবসি হঙ্গৎলুখিগে। ( খর লাপ্প চৎলগ ) হঙ্গৎলুগদবব্ করিনে ? ( নীঙশিঙলগ ) ওঃ। খঙলে খঙলে; কণ্বগী শিষ্য তাপসশিংন মহাবাজবু উনজনিংবনি। অঙকপনিদকো।

মুৎলমদাইগী মতমদ | থাউমৈ মৈবীন ভোবগুম
অহল ওইবগী মবুদ্ধি | ঙৈহাক মমথৈ ঙৈহাক ঙাল্লি ॥২॥

( খোঙ থা'লগ অমস্তুং য়েংলগ )

মুংশা মৈশা লা'লব | লুচিংব শামুন
শামু সঙ্গ অতুবু | মফম চান থমলগ
ঈঙলব লোককী | চঙখিবগুম মন্নুংদ
মচাগুস্ব প্রজাবু | ফজন রায়েনবিতুন

---

*অন্তঃপুরচরো বৃদ্ধো | বিপ্রোগুণগণান্বিত.
সর্বকার্য্যার্থকুশল: | কঞ্চুকীত্যভিধীয়তে।

কোন্নুংদ লৈব নুপী নহাগী যুমদ অক-ফত্ত য়েংননবগী কোয়ন চঙব, অহল ওইব, গুণ য়ায় চেনব থোবম খুদিংদ হৈশিংব ব্রাহ্মণবু কঞ্চুকী কৌই।

অচুম অচুম্ব লম্বীদ চঙহনবিরগ মহারাজন
পূক্নীং পোশ্বাগে হায়দ্রুন অচিকপ মকমদ লেংশিনখ্রে ।।৩।।
মহারাজন ধর্ম্মগী থবকপু নাম্বোকহনখিবদি তৌবিরোই খঙই, অদুবু ধর্ম্মবিচার লোইদুন অরা পোশ্বাগে লেঙশিনখিবদ ঙায়রিডৈদ কণ্বশিষ্য লাকই হঙ্গৎলুগদবসি চিংনৈ। অদুগ অমরোমদদি নিংথৌগীবু পোশ্বাব লৈবর ?
মরমদি—

থোক্লি মুমিৎন দোলায়গী শগোলশিন্দন
শিৎলি মুংশিৎন অহিং মুংথিল নাইদন
পুরি অনম্বন কোকথো'নন লৈপাকপু
নিংথৌ ওইবশিংগীম্ভ অসি মঙায় মথৌদি ।।৪।।
( অসি হায়দ্রুন খোঙথাংখি )

(অদুদগী নিংথৌ, বিদষক অমস্তুং চঙব য়াব পরিবার খরগ চঙলকই)।

রাজা—( থবক চিনবগী মরোং উৎলগ ) মথরায় পানবা পুম্নমক নীঙজ নীঙজবদু ফংলগ মুংঙাইব ঙাকনি, অদুবু নিংথৌশিংগীদি নীংব থুংজববম্ভ অৱাবন মথম্মি। করিন ?

নিংথৌ খুভম অনৌব ফংবন মীহৌবদ মকোকই
ফংলগ লৈপাক ঙাকপম্ভ অৱাবদ মপোকই।
নিংথৌ ওইব হায়বসি মান্নে খুৎথোংব ছাত্তিনগ,
নোমজমনগী মতীকচান কোকপ নত্তে অৱাবদি ।।৫।।

নেপথ্যদ বৈতালিক * অনী—জয় মহারাজ! জয়!
বৈতালিক অম—

নশাগী মুংঙাইব য়েংদন প্রজাগী মুংঙাইবদ খল্লুন
মতম লৈব খিবিক্ত থৌদাং ওইন নোম্বিরি

* বৈতালিক—অ'হঙমৈদ নিংথৌশিংবু লৈসি লৈথোল্লুন হৌদোকপ মী।

চঙজরকপশিংগী মৈশাবু কোকহনবিরগ মরুম্ম,
মশান মুংশা লাংজব পামেলশিংগী মথৌনি ॥৬॥

অনীশুব—অরানব লম্বীদ চঙখ্রব প্রজাশিংবু নহাক্ল
রাজদণ্ড পায়রগ অরানব খোংফমদৈ হলহল্লি
খৎন-চৈনব খিবিকপ্প অরা অনা কয়াবু
কোকহনবিরি ঈবুংঙো ফংজফম খোকপ মীশক্ত
লন-থুম অয়াম্ব শরূক কায়দন য়েনবিরি
মপা মমা, মরুপ-মপাং পুম্নমক্কী মথৌদাং,
পুল্লপ্প নহাক্ল পুবিরি ॥৭॥

রাজা—( তারগ অঙকপগ লোয়নন ) থৌরম শিনবদদ রারব ঐবু রাহৈ অসিতন ঈরারাদবগুম থোকহল্লে।

বিদূষক—( নোক্লগ ) কাও হায়রগবু যণলাবগী অরাব কোকপরনে ?

রাজা— ( মোমোন নোক্লগ ) ফম্নফমদ ফম্মু বন্ধু !

( রাজা অমস্তুং বিদূষক ফম্নফমদ ফম্মি, অঙম অথৈ কয়াস্তু মফম চান চান ফম্মি )।

( নেপথ্যদ বীণা খোম্বাং )

বিদূষক—( মনাকোং থাঙ্গৎতুন ) বন্ধু ! সঙ্গীতশালারোমদ অমুক্ত নাকোং থম্বিয়ু। তাল, লয়, কায়দব বীণাগী খোম্বাং অম তারিবসি, ইকাই খুম্ননিঙাই ওইবী হংসবতীন স্বর লিপি শাম্নরিমাল্লে।

রাজা— তুমিন লৈয়ু তাসি।

কঞ্চুকী—( য়েংলগ ) মহারাজন অতোপ্প মরম অমদ সনা পুক্লীং চঙতুন লৈবিগ্রবনিন তাঙ্গা ঙাইব তারে।

(অসি হায়তুন মচী অমদ ফমখি )।

নেপথ্যদ ঈশৈ শকলকই—

অনৌব লৈহী পামহ্নুন হৈনৌ মপানবু
অহ্নপকী মতিক চুপ্পন্নগ
হৌজিক্কি থম্বাল লৈরাংদ তোংখিবদ
কাউরবর হৈনৌ মপানবু খোইমু-ও ! ॥৮॥

রাজা —অঙকপনি ! ঈশৈ অসিদি পুক্লীং য়েম্নীং হুল্লিদ !

বিদূষক—ঈশৈ অসিগী অর্থবু খঙবরনে বন্ধু !

রাজা —(মোমোন নোক্তুন) নুংশি খুদোল অমুক্তং ফংজরম্ব মীশক্লি মহাক অসি হায়বনি। রাণী হংসবতীবু থাদোকলুবদগী মীচৈ অসি ফংলিবনি। বন্ধু! মাধব্য! ঐগী রা ওইন হংসবতীদ হায়মু "নঙন এবু চপচান তথি তথি চৈরে"।

বিদূষক—নঙন তৌরু হায়বহ্নু মঙায়। ( হৌগৎলগ ) নঙন তৌরিবসে মীথুংন নথুং শাহ্নুন কৈগী মকোয় ফোয়রেকো ! ঐদি হিংবগী আশা লৈত্রে, কনবিনিঙাই লৈত্রব ঐগী লেনফম লৈতে।

রাজা —চৎলো মরুপ ! ভদ্রমখৈ থেমহ্নুন নৌংন হোংনরু।

বিদূষক—উপায় লৈতে ( অসি হায়বগ চৎখি )।

রাজা —( মথন্দ ) অপাম্ব নুংশিব মীশক অম কায়নবস্নু লৈতন ঈশৈ অসি তারগ পুক্লীংন নিংকোকপসি করিগীনো ?

নীংথিব কয়া উরগ — নুংশিব কয়া তারগ
নুংঙাই য়াইফব কয়াগী — পুক্লীংদ নিংকোক তৌবদি
নত্তে অতৈ করিস্নু — অহানবগী মপোক্ক
থেংনখিব হন্দক্কদি — হাকথেংনদব পোৎশকপু

নীঙশিঙলকপদানি পুক্লীংন ॥ ৯ ॥

(অসি হায়রগ নীঙশিঙব খোক্তহ্নুন নিংকোক নিংকোকপগী মতৌ উৎলি )

কঞ্চুকী—(নাক্ত চঙশিল্লগ) জয় মহাবাজ জয়! হিমালয় ময়াগী বনদ লৈব মুনি কাঙব, অম নুপীগ লোয়নন মহর্ষিকণ্বগী পাউ পুত্থন থুংলবে। সনা নোংদম তম্বিয়ু।

রাজা —(ঈঙক ঙক্ক) কণ্ব ঋষিগী পাউ পুত্থন নুপীগ লোয়নন মুনি কাঙব, অম লাক্লে অসিবা?

কঞ্চুকী—লাক্লে।

রাজা —অদু ওইরবদি ঐগী ঈরা ওইন ৎঝা সোমবাত্দ খঙহল্লু,—তাপসশিং অদুবু বেদগী বিধি কায়দন পূজা কৎলগ লেঙশিনহল্লম্মূ! ঐস্ত তাপসশিংগ উনবয়াব মফমদ ঙাইবমগে।

কঞ্চুকী—য়াম্ন ফগনি মহাবাজ। ( অসি হায়রগ চৎখি )

রাজা —( হৌগৎলগ ) বেত্রবতি! বজ্ঞশালাগী লম্বী তাকউ।

প্রতিহারী—মহারাজ। অসোমদ লেংশিনবিরকউ—( খোঙথাংলগ ) হৌক্তিক্ত তব তবং শে দোকখিব য়েংবদ নীংথিক্তবব-মপানথোঙ ফাংলিবকা অসি লৈরে, মসিগী মনাক্ত হোমধেনুস্ন লৈরে: অদুন লেংখৎপিরে মহাবাজ!

রাজা —( কাখৎলগ মনাই মশল অমগী লেংজম পায়তুন যেংলগ ) বেত্রবতি! 'পূজনীয় কণ্ব ঋষিন ঐগী ঈফমদ তাপসশিং থারকপব, কবি মরমগীনো?

তপস্যাদ পুক্লীং চঙলব মুনিশিংগী তপস্যাবু
হিংচাব য়াইতম্ব কনান কায়হনখিব য়াওবগে?
আশ্রমগী মনুঙদ লৈরিব মথরায় পানব কনাদ
লমচৎ কারল চল্লম্বর কনাঙুম্ব অমন?
অস্তুমতৌন কনান তপোবনগী উবীদ
য়াঞ্জব মহৈমরোংবু মাঙহনখিব য়াওবর?
মতৌ অস্তুম তৌদ্রন ঐগী পুক্লীং অসিন
মওন মওন মখল্লি লেপ্প কৌবদি মঙমদে॥১০॥

প্রতিহারী—মহারাজগী পাম্বোমগী পাঙ্গনন মরু চেৎলব তপোবনদ নত্ত লমচৎ চৎলব ওইথোক্লোইদবনি। মহর্ষিশিংন লেঙ-বিরকপদি মহারাজগী ফজবলীচৎন পেনবিরদুন মহারাজবু অমুক পেলহনবিগে হায়বগীদমক ওইরমগনি নীঙজৈ।

(কণ্বশিষ্য অনী গৌতমীগ লোয়নন শকুন্তলাব, পুদুন চঙলকই, মখোয়গী মমাঙদস্ম পুরোহিত অমসুং কঞ্চুকী চঙলকই)।

কঞ্চুকী— অসোমদ লেঙশিনবিরকসি তাপস পুম্নমক!

শার্ঙ্গরব—ঈতাও শারদ্বত!

য়াইফরব নিংথৌসে হৌনলমচৎস্ম মকায়দে
মহাক্কী প্রজা ওইরিব জাতি মরীগী মনুঙদ
তোল্লব মীশকমরুস্ম অরানবা লম্বীদ খোঙথাদে,
অহুমকপু ঐহাক্ন অচিকপদদ লৈরকপন
কোম্নং অসি উবদি মীতন ফুল্লবোই মনীঙডি
মৈন কোয়থ্রবোই মখল্লি ॥১১॥

শারদ্বত—শার্ঙ্গরব! নিংথৌপল য়োরগ পূক্নীং তথুক তথুকপদি মহৌনৈ।

অদুগ—

মফম অসিদ লৈরিব নুংঙাই য়াইফবশিং'সিবু
উরিবসি ঐহাক্ন ঈরুজরব নিপান
থাউ তৈরিব মীশকপু অশেংবন অমাংব
মনীঙতম্ব নিপানা অফা অপুম্নববু উবগুম্মি
য়াকায়রব মীশক্ন তুমথুল হুল্লিববু উবগুম্মী ॥১২॥

পুরোহিত—অদুনবু নখোয় অসিন মীথোই মীহেল্লিব নত্রদো।

শকুন্তলা-- (ফত্তব লক্ষণগী মরোং উৎলগ) হায়মা! য়েৎথংব মীৎ চোংলক্নে, করি থোক্লগদবনো?

গৌতমী—ঈবেম্ম ! নঙগী ফত্তহৌদি পুন্নমক থোক্তন অফবত থোকসন্নু
( অসি হায়রগ পুন্নমক খোঙ থাংই )

পুরোহিত--( মহারাজবু খুৎন থিন্দুন তাক্লগ ) তাপস পুন্নমকী চুপ্পি
পায়রিব ঈকাই খুম্নফম ওইব মহারাজন নখোয়বু ঙাইহুন
লৈবিবসি য়েংবিযু ।

শার্ঙ্গবব মহাত্মন্ ! মহাবাজগী ফজব লোয়নলমচৎ অসি
থোইদোক্ল থাগৎনফম থোকই, অদুবু ঐখোয়দি কনাবুস্নু
থাগত্তব কনাবুস্নু হুন্ধদব মীশক্লি ।

মহৈ মরোং চুন্নগ উপালন মরু লুকপনি,
নোংন তাবমদাই য়োরগ নেমথবকপস্ন মহৌনৈ,
অফব মীশিংন চাউবগ চাউথোক লেমথোক্তব মথৌনি,
মীতেং পাঙ্গনবশিংগীদি পুন্নমক অসি স্বভাবনি ॥১৩॥

প্রতিহারী—মহাবাজ ! মুণিশিংগী মায়থোং মক। লান্ন উই ।

রাজা— ( শকুন্তলাবু উরগ ) হাই

অরিব নারক্ত চল্লিবী অনৌবা উনাগুম নীংথিবী
মকা ফোংদব মশেক্ল •াগী মশাদ তিল্লিবী
মমায় ফিরুক খুম্লিবী ঋষি রক্ত লৈবিবী
ঐগী ঈমাঙদ লেপ্লিবী নুপী অসি কনানো ॥১৪॥

প্রতিহারী—রাজন্ ! মসিবু উবদগী পুক্নীং অসি ঈঙক ঙকখিহুন
বিচাব শক্তিন কনানো লেপ্প ঙমজদ্রে । তৌইগুম্বস্নুং
মশক মতৌদি ফজন উবি ।

রাজা— ওইনিংব ওইরসন্নু, অতোপ্পগী নুপীবু য়েংবদি চুমদে ।

শকুন্তলা—( মথবাক্ত খুৎ থম্লগ মথন্দ ) থম্মোয় নঙন কবিগীদমক
অতক য়ান্ন নীক্লি ? আর্য্যপুত্রগী মমাঙৈগী প্রেম
অদু অমুক্তং নীঙশিংউ তপথখো ।

পুরোহিত—( মাঙদ চঙশিল্লগ ) জয় মহারাজগী জয় ! ঋষিশিংগী পূজা লোইজরে। মখোয়গী গুরুদেবগী পাউ অমতং হঙ্গং-চনিংবা লৈমাল্লে. মদুদি মহারাজন সনা নাকোং ওইবিগনি।

রাজা— তাকপিসি।

শিষ্য অনী—( খুৎ থাঙ্গৎলগ ) মতমলৈবাখিবিক্ত জয় ওইবিয়ু।

রাজা— ঋষিশিং পূম্নমকপু খুরুমজরি।

শিষ্য অনী—মহারাজ ! মঙ্গল ওইবিয়ু।

রাজা— ঋষিশিংগী তপস্যাদ তুবৈ ইরৈ চেনবদি লৈতেদনকো ?

শিষ্য অনী—রাজন্ !

রায়েল্লিভৈদব্ নহাক্ত কদায়দগী ধর্ম্ম কায়গদগে
থোক্লিভৈদব্ নুংশিৎন অমম্ব কদায়দগী লাক্কনি ॥১৫॥

রাজা— ( মথম্ভ ) ঐগী 'নিংথৌ' হায়ব রাহৈ অসিদি অর্থ লৈব থোক্লে। ( ফোংন ) পূজনীয় ওইব মহর্ষিকণ্বদি মঙ্গল ওইবিরিদন ?

শার্ঙ্গরব-- মহারাজ ! সিদ্ধপুরুষশিংগীদি মখুবাক্ত মঙ্গল লৈবনি। গুরুদেবন মহারাজগী মফমদ "হকচাং তিঞ্জেন লাই-চেন্দবর" হায়ব রাহংন মাঙ থাত্নুন অসিমম্ভ তাকপিরকই।

রাজা— ভগবান্ কণ্বন করি তাকপিরকই ?

শার্ঙ্গরব— মহারাজন ঐগী ইচানুপী অসিবু রাশক রাবেপ্পত্নুন লুহোং-খিবসি ঐন অপেনবগ লোয়নন য়ারি মরমদি—

শোম্ননিঙাই খিবিক্তগী হেম্ন শোম্ননিঙায়নি।
খঙঙ্গ ঐখোয়ন নহাকপু, শকুন্তলা কৌরবী—
নুপীমচা অসিসু ধর্ম্মগী শক্তম অমনি।
মতিক মগুণ মান্নব নিপা নুপী অনীবু
মশা নশা থেংনহনব, পূক্লীং তিম্নহল্লিব

বিধাতাগী মথক্ত মতমকুইন ভাংনরকপ
"লাইদি মমিৎ তাণ্ডবনি" ৱাথোক অসি কোকথরে।
মবম অসিন মীরোল্লবী অসিবু ধর্ম্ম থৌদাংদ মতেং
ওইনব লৌশিনবিগনি।

গৌতমী— ভদ্রমুখ! মতম ফংজরবদি ঐগী হায়জনীংব খবদংস্ত লৈরি।

রাজা— তাকপিসি ঈকাই খুম্নফম ওইবী!

গৌতমী— অহল লমনগী মরা খাকখিদে শকুন্তলান,
মহারাজনস্ত হংবিখিদে মীগী ওইব মীশকত।
পুক্নীং অনা তিন্নন থোকখ্রব থৌদোক অসিদ
কনানবু করি হায়নিঙায় লৈবিবগে খনবীয়ু ॥১৭॥

শকুন্তলা— ( মথন্দ ) আর্য্যপুত্রন করি হাকপিবগদগে?

রাজা— ( চিংন চিংনন তারগ ) হিঃ ওস্তোক ওস্তোকপ রাবু তাকপিবেন।

শকুন্তলা— ( মথন্দ ) ৱ ভাঙ অসিদি থোয়দ!

শার্ঙ্গরব— মহারাজ! ওস্তোকপ নত্তে, এখোয়দগী হেন্ন মহারাজ-খোয়নত্তুম মীওইবগী লোনচৎ খঙবিবিবনি। অতম্নদি তাকপিগন্থ।

নুপী হাযবীসিদি লমচৎ চুম্বীস্ত ওইসন্ন
মপামদবু লৈববদি শোবি শোবি মঙাঙনবি
মপুরোইবনস্থ চানবীসন্থ নত্রগ চানবিদসন্থ,
মপু নাক্ত লৈজবদি পান্মি মপা মমান ॥১৮॥

রাজা— মসিবু ঐন লৌগ্রবীনি অসিরা?

শকুন্তলা— ( মথন্দ অরাবগ লোয়নন ) নঙগী চিংনব অমস্ত খুদক অসিদ থোক্লবে—থম্মোয়!

শার্ঙ্গরব— লোইপ্রব থবকপু য়ানিংলকত্রগ খঙদে তৌদে হায়ত্তুন ধর্ম্মদ তুংওইনবসিবু নিংথৌন হৌনবব?

রাজা— নত্তে, নত্তে, মীরৈহৎকী রাদি তাকপিগনু।

শার্ঙ্গরব—( অশাওবগ লোয়নন )

লম্ন থুম্ন ময়াইকারব মীশিংগী মফমদদি
লোয়নরকপ লীচং হোংববু কয়া লুব থবক্লো ? ॥১৯॥

রাজা— এস্থোক্ল শাথিন তাকপিরেদকো।

গৌতমী—( শকুন্তলাদ ) ঈবেম্ম ! মহারাজন নওবু নশক খওবিদ্রে, মায়থুম অসি হাইদোক্কে। ঈকাই হায়দ্রুন ঈকাইফদ্রে !
( মাইথুম হাংদোকই )

রাজা— ( শকুন্তলাবু য়েংলগ মথন্দ )
নোংঙাল্লমদাই মতমদ ঙুংদ লিক্লান থল্লব
কুন্দ কৌব লৈরাংবু খোইমুন তৌবগুম ঐহাকস্তু
মখোঙ থোংন লাক্লবী নীংথিবী মহাক অসিবু,
ঐগী মীগী খওদন ঈরায় লায়ন লৌবস্তু
ঈচম চম্ন য়াবস্তু পুক্লীং অসিন নীঙঙমদে ॥২০॥
( অসি হায়দ্রুন তুমিন লৈ )

প্রতিহারী—(মথন্দ) নিংথৌ হায়বসিদি ধর্ম্মকায়ব খক হৌনদে, নত্রবদবু মখোঙ থোংন লাকচরবী শকহেনবী অসিবু লৌশিনবদ খঙ্গানফম থোকপর ?

শার্ঙ্গরব— মহারাজ ! অমনি অমনি ঈতাক তাকপিদবসি করিনো ?

রাজা— তাবিয়ু তাপস পুম্নমক ! ঈবেম্মসিবু ঐহাক্ল লৌথিবনি হায়বসি ঐহাক্কি নীংশিঙজব থোক্কে। গর্ভবতী ওইরবী ঙুপী অসিবু মফম খওদন পাক হেক লৌশিনববু ক্ষত্রিয় মচা ঐন করম্ন তৌসিগে ?

শকুন্তলা—( মথন্দ ) অবাবনি ! লুহোংখি হায়ব য়ৌন নীঙশিং-খিদ্রে। রাংনকাজররুব আশাগী উরী অহু হৌজিক্কি তংথ্রে।

শার্ঙ্গরব— হৃয়ান 'পোং ফংলগ মপুন হৃয়ানবদ পীথোকপগুম,
হৃত্নন লৌখিব মচাবু ফংলদুন গুরুন,
মহারাজগী ওইজরো। পীবিরকপনি খনবিয়ু।
গুরুবু ঈকায়ব পীবিম্নু লৌশিনবিহৌ হয়াওন। ২১।

শারদ্বত মিশ্র—শার্ঙ্গরব! ওক্লে, ওক্লে! শকুন্তলা! ঐখোয়স্ন য়াবমখৈ হায়জরবসিনিদে।. মসিদ ঈকাইথুম্ননিঙায় ওইব মহারাজন তাকপিরিবসি নশানস্ন তারে। হৌজিক্কি থাজব য়াব পাউথুম অমংং নহাক্ল পীয়ু।

শকুন্তলা— (মথন্তু) অতুগুম্ব প্রেম অতুন মরোঙ অসি য়ৌখ্রবদবু করি কায়খিগদগে? অতুমকপু পুক্লীদ চম্লনব খরদি মহায়গে। (ফোংন) আর্য্যপুত্র! (রাহৈ অসিগী তুংদ) মীঙ্গৌ অসিমকস্ন চিংনরবনি। পৌরব! পৌবব! তপোবনগী মনুঙদ পুক্লীং শেংন লৈজবী, থম্মোয় রাংন হিংজবী ঐবু রাশকপগ রারেপ্পগ থাজহনবিগ্রগ হৌজিক অসিগুম্ব রাহৈন লংনবিব মতীক ওকই।

রাজা— (নাকোঙ মেল্লগ) মথা অমুক তাবিরগনু।
লৈরায় কিম্নহনগনব তুরেন্ন অক্লব ঈচেনবু নৈহনগে
মপান্দ হৌব উপালবু তুহনগে হোংনব মতাগুম
অমকপ কৌব লৈরক্তব বংশবু ঐগী নহাক্ল
মকহল্লগে হায়বগী হোংনরব শারিব! ॥২২॥

শকুন্তলা— করে, থাঙ্গেশেংন অতোপ্পগী মুপীনি হায়বগী চিংনবমক্তন ওইরবদি, খঙনবিগায় ওইব পোংশক অমন চিংনব কোকহল্লগে।

রাজা— মতুদি কেংলবনি ঈবেম্ম!

শকুন্তলা—(খুদোপ শিফমদ খুৎন মারগ) হাইম! খুত্ত খুদোপ লৈরমদ্রে। (গৌতমীদ য়েংই, অরাব উৎলি)।

গৌতমী— শক্রাবতার কৌব থুঙ্গ'দ শচীতীর্থ থুরুম্ব মতমদ শোয়দন তীর্থ অদুদ তারক্লগনি।

রাজা— ( মোমোন নোক্কুন ) পাইবক পাইরক শিংগনবী মুপীগী মতীক চাব পাউথুম্নি।

শকুন্তলা— ফবে অসিমদি নো'দম থিবন ওইসনু। হায়জনীংব অমত্তংদি লৈজরি।

রাজা— হায়য়ু পুন্নমক তানিঙায় ঙাক্তনি।

শকুন্তলা— নো'ম লীন পুমকোয় কোয়রব মফমদ মহারাজগী থুৎমক খেঙ্গোঙদ ঈশিং খব হাপ্লগ পায়খিবদায় ?

রাজা— হায়য়ু. হায়য়ু।

শকুন্তলা— মতম অদুদ ঈচাশক্ল য়োকচব দীর্ঘাপাঙ্গ কৌব শজীমচা অদুন চঙজরকপদ "লাও, লাও" হায়ন তরাম ত্তৌবিববু, মহাক্ল খঙনরক্তব মীশক্কি হায়বদগী মহারাজগী থুক্গী থক-ত্রবদ ঈশামক্ল ঈশিং অত্তু পায়বদদি থক্কে চঙলক্লম্মী। মতম অদুদ মাগী মাগী হায়বসিদি শাস্ত্র যণস্থ মথাজনবোইরে, নখোয় অনীমক বনদ লৈব মশেলনিঃ হায়ন মহারাজন তাকপিখি।

রাজা— মশা মশাগী ওইজবদ তাল্লবী মুপীশিংন তাবদদি নুংঙাইব, অচুম্বদি নত্তব রাহৈন, ইন্দ্রিয়গী মচিঙ্জাক থিগনব নিপাশিংবু ঈরায় লায়ন খুতুম চল্লিবনি।

গৌতমী— মহাশয় ! অত্তুম খক তাকপিগনু। মরমদি—মহাক অসি তপোবনদ চাউজরকপীনি. মীনম্ব মশক খঙজদবীনি।

রাজা— অহল ওইরবী তাপসী !

মীরৈহৎপদি মহৌশানি  মীনমত্রবস্থ মুপীগী !
কোকিল অমোম উচেক্কি  মান পোকচব মচাবু
পাইব ঙমত্রিব ফাওবদি  ক্বাকপু লোম্ন য়োকহল্লি
মখোয়মক্ল অস্থক শিংলবদি  করিগী শিংদনি মীনদি ॥২৩॥

শকুন্তলা—( অশাওবগ লোয়নন ) লীচৎ নাইদব ! নহাক্ন মী পুন্নমকপু নওশুম্ন মপুক ফৎলম্মোই খল্লি। নহাক অসি মপান্দন ধর্ম্ম লৈশিন্নব, মমুঙদন, লৌনম্ব, নাপীন কুপ্লব গুহাশুম্বনি। নংগী ফিদমবু কনান তম্বিগদগে ?

রাজা— (মথন্দ) মহাক অসিন শাউবসি ইচম চম্মি। মতম কুইন তপোবন্দ লৈরকপন ওইব তাই !

উদে মিৎয়েংদ লিন্থুপ্ল ঙাওলে মমীৎ অনীমক
খোনফম্ন তনা তনাবে উন্ন য়ৈবগী মতৌশুম।
তয়াল মানব চিনবানসে পুন্নমক ওইন নিল্লক্লে।
পীশুম অনীন পুল্লপ্ন শূকলে অমস্তুং ঈন্থরক্লে
পুন্নমক ঐবু তম্নকপনি অদুবু ঐঙোন্দদি কাম্নরোই ॥২৪॥

অদুগ—রাখলগী পোথাংফম লৈত্রব ঐঙোন্দ মহাক্ন শাউরকপ মশাউসি তুররিংবগী মতানিদি নীঙই।

কঞ্জুনরে ঐগী পুকচেল নীঙশিংব থোক্তব মরম্ন
লোঙ্গানন ঐন মাবু লুহোঙ্খি হায়বদু য়াদরি।
অদুন ঐঙোন্দ শাউদুন মমিৎ অনী ঙাংলবী
মহাক অসিন খোয়রব পীশুম অনী থেকপদি
কাম কৌব লাইদুগী লীক্লং অদু থেকখিবশুন্মি ॥২৫॥

( ফোংন ) ঈবেম্ম। মীরক ভিনবী ! দুম্মন্তগী লীচৎতি পৃথিবীদ ফাওরিবনি ; ত্তৌইশুম্বস্তুং অসিশুম্ব থবক্তি ঐগী প্রজামক্তদম্ব উদে।

শকুন্তলা— ধর্ম্ম খঙবস্ন নিংথৌনি লাইন্নিক হৈবস্ন মহাক্নি
ঈকাম্নথীবী মুপীদি খঙক্রবনি করিস্ন ॥ ২৬ ॥
ফরে, ফরে, ঐদি ঈনিং ঈথা তম্বী লিচৎ নাইদবী অমনি।

গৌতমী— ঈবেম্ম !

চিনবান্দ্ খোইহী তৈরব থম্মোয়দ হু ষুম্নব—
অসিবু পুরু শাগৈগী মচানি থাজরুরে নহারু
অচুন মসিগী মথুৎচনখিবনি ঈবেম্ম !
( ফীরু খুমচুন শকুন্তলা কপই )

শার্ঙ্গরব— ননীওতম্ব লীচৎন পূন্নমকপু রাহল্লিবনি। মন্নম অসিন—
কূপ্ন মুন্ন খন্নগ লোন লৈনবন ফবনি
পুরুীং খণ্ডনদব থোরুগ য়েরুব ওইরকই মমৈদ ॥ ২৭ ॥

রাজা— মহাশয় ! ঐদি করি অমত লাঙদবনি, অচুবু ঈবেম্ম অসিভবু থাজবিচুন ঐভোন্দ অস্নুক থীন ভাকপিরিববু করিগীনো ?

শার্ঙ্গরব— ( শাউন ) অর্থ লৈভব পাউখুম অসি ভাবিরেদন ভিনবিরিব পুন্নমক।

পোকপদগী হৌচুন কনানস্থু মখোয়দ
ভম্বিখিদব মীনস্ব মখোয়গী মন্নান চুমত্রব !
মহৈ অমনি খন্দুন মীনস্বস্থু ভমলিব—
মখোয় অচুগী রাহৈন অচুম্ব ভাক্ত ওইখ্রব ॥ ২৮ ॥

রাজা— হে সত্যবাদীখোয় ! ফবে, ঐ মীনম্ব অমনি য়ারগে, অচুবু করি লৈত্রবী মুপীমচা অসিদ মীনমলুবগী কান্নববু করিনো !

শার্ঙ্গরব— মরোল-মরাং ভাকপ।

রাজা— পুরুবংশদ পোকপনবু মবোল মরাং ভাকনি কনানস্থু থাজব ভম্মোই।

শার্ঙ্গরব-- রাজন্ ! চীন্দান পাউদান্নচুন করি কান্নগদগে ? ঐখোয়দি গুরুগী য়াথং পুচুন লাকচবদনি, হৌজিক্তি হজরগে।

মহারাজগী মুপীনি লৌবিয়ু নত্রগ, লৌবিম্ব.
মশা মশাগী মুপীদদি মপুরোয়বগী মনীওনি ॥ ২৯ ॥
(গৌতমীদ) মাঙদ লেঙবিয়ু ! (অসি হায়রগ চৎপ হৌখি)

শকুন্তলা— মীরৈহৎ অসিন এৱু লৎনবীবে অতুগ ঈবুং ঈপুৱা ওইববন নাখোয়নস্তু এৱু হুন্দোকপিরমলে। (অসি হাযবগ তু' ইন্নখি)

গৌতমী — ( লেপ্তুন যেংলগ ) ঈবুংঙে শাঙ্গ´বব ! শকুন্তলা খুদাং পিফম তৈত্তুন এখোয়গী তু'ইন্নবক্লিবসি উবব ? হমথিবব নিপা অসিদবু ভোল্লবী অসিন কবি ভৌজব ঙমগদগে ?

শাঙ্গ´রব — ( শাউন লৈথোক্লুন ) ফত্তবদন শকক ওইবী ! ননীঙ তৌবেদকে । ( শকুন্তলান কিবন থক থক নীকই )

তাও রা হায়গে —

মহাবাজগী য়াথং'সিন শোয়দ্রবদি কবিগুম্ব,
শাগৈগী মৈতান অসিবী নঙন কবি তৌনগনি
লাঞ্জদবী অমনি খল্লবদি নশান,
নপুবোয়বগী যুম'সিদ মীনাই'লমচংস্তু মতী'ক চায় ॥৩০॥
লৈহোবো, এখোয়দি চংলগে ।

রাজা— হে তাপস ! মসিবু হুন্দোক্লুন লেঙবিবদি করিগীনো ?
থান থবোদবু শাংহল্লি থম্বালদবু শাংহল্লি নুংিংন
ইন্দ্রিয় মখা পোন্দবশি.দি অতোপ্প নুপীবু য়েংজদে ॥৩১॥

শাঙ্গ´রব— রাজন্ ! তোঙান তোঙানব থবক্ত পুক্নী চঙবীখিবন হৌখিব থৌদোক অতু কাউবিখিব ওইরমগনি ! পাপপু কিব মহারাজনি, নুপীবু হুন্দোকপিব তৌবিবোই ?

রাজা— তাপস । মরম অসিদ অক অরায়বু অমুক্তং হংজখিগে ।
ঐন কাউখিবস্তু ওইব য়াই মসিন হায়জিল্লম্বস্তু ওইব য়াই ।
নুপীবু থাদোকপ ওইসিব লৌত্তুন পাপপু পুসির ॥৩২॥

পুরোহিত--( রাখন তৌরগ ) মহারাজগী চিংনবন মকোক্রবনিন হৌজিক্তি অস্নম্ন তৌব তারে ।

রাজা— গুরুশিংন অসি তৌরগ ফগনি তাকপিবত্নমঙায় ।

পুরোহিত—ঈবেম্ম অসি, মমিৎ মমায় পাঙত্রিব ফাওবদদি ঐগীদ লৈখিসন্নু।

রাজা— করিগীদমক ?

পুরোহিত—মহারাজগী অহানব ফংব নজা ইবুংঙো অদু রাজচক্রবর্ত্তী ওইগনি হায়ন অহৈ অশিংন তাকপিখিব লৈ। করিগুম্‌ অঙাং অদুদ রাজচক্রবর্ত্তীগী খুদম য়াওরক্লবদি মমা ঈবেম্মসিবু চিংনদন লৌশিনবিগনি। নত্রবদি মপাম য়ৌখিসন্নু।

রাজা— ফরে গুরুজনশিংন তাকপিরেদন ?

পুরোহিত—ঈবেম্ম ! লম্বী অসিদ ঐগী তুং ইল্লকউ।

শকুন্তলা —নত্তাক চাউবী, ঈমা লৈম পৃথিবী ! ঐগী ঈফম পীনবীরো (অসি হায়দুন পুরোহিত, গৌতমী অমসুং তাপসশিংগ লোয়নন চৎখি)।

( রাজান দুর্বাসাগী শাপন নাঁওশিঙবদি থোক্তন শকুন্তলাবু খন্দুন লৈ )

নেপথ্যদ— অঙকপনি ! অঙকপনি !

রাজা— ( নাকোং থাঙ্গৎতুন ) ক রনো ?

পুরোহিত—( অঙকপগ লোয়নন চঙলক্লগ ) মহারাজ অঙকপ থোদোক অম থোক্লে।

রাজা— করি করম্ন।

পুরোহিত কণ্বগী শিষ্যশিংন হনখ্রবদ মুপীমচা অদুন মশাগী নোংদমবু নিন্দা তৌদুন মপাম্বোম থাঙ্গতুন কপখি।

রাজা— অদুদগী করম তৌরে ?

পুরোহিত—অদুগী তুংদ

নুপীগী শক্তম ওইজব য়েংবদ অপ্সরামুক নীংথিব<br>
মৈবুন অম লাক্লন পুখি মথাদ কোন্দুন ॥৩৩॥

( পুন্নমক ঈঙক ওক্লে )

রাজা— ভগবন্! ননাই ঐদি হান্নদগী ঈয়া য়াক্তদবহুনি। মহাকপু কনানো? কদায়দগীনো থিরুহুন কান্নদে। লেঙশিন্দুন অরা-পোখাবিরুরো।

পুরোহিত—য়াম্ন ফগনি। মহারাজ জয় ওইবিয়ু।

( অসি হায়রগ চৎখি )

রাজা— বেত্রবতি! ঐদি য়াম্ন রারবনি, অহুন তুম্মূরগে, ঐবু তুম্নফমদ পুশিল্লু।

প্রতিহারী—মহারাজ! অসোমদ লেঙশিনবিরকউ।

রাজা— ( খোংথাংলগ মথন্দ )

মাবু এন খনবদ ঐগীনি হায়ব নীঙশিঙদে
নীঙঙমদব পুক্লীংন ঐগীনিদি থাক্তহল্লি ॥৩১॥

( পুন্নমক থোকাখ )

# তরুকশুব অঙ্ক

( অহুদগী প্রধান নগররক্ষক অমসুং রক্ষী অনী, খুং তুংবুম্নন পুল্লব নিপা অম পুদুনা চংলকই )

রক্ষী অনী—( নিপা অদুবু ফুবগ ) হায় হুরানব ! মমল য়ায়ব মণিন ঈরং লংলব, নিংথৌগী মিং থারব, খুদোপ অসি নঙন কদায়দগী ফংলুই ?

নিপা— (কিবগী মরোং উংলগ) ননাই এবু থৌজানবিয়ু ঈবুংঙো-শিংন। ননাই এহাক অরানব থবক তৌজব মী নত্তে।

রক্ষী অম—অদুদি মহারাজন নঙোন্দ অথোইব ব্রাহ্মণ অমনি হায়দুনা কংলকপব ?

নিপা— ওবিয়ু, ননাই এহাক শক্রাবতার কৌব খুঙ্গঙদ লৈজব ডুম অমনি।

অনীশুব রক্ষী - হায় হুরানব ! নঙোন্দ এখোয়না জাতি অমসুং লৈফম হংব নত্তে।

প্রঃ নগর- সুচক ! হায়থসনু মরক থংলুগনু।

রক্ষী অনী - ঈবাই ইবুংঙোন ওাকপিরে. হায়য়ু হায় !

ডুম— ননাই ঐদি ঈন হুন্দুন, খোই চোপ্পুন ঈচা ইশু থাকচৈ।

প্রঃ নগর—( নোক্লগ ) নঙগী য়ুম্বান কৈবান অসিদি ফন লূরি হায় !

ডুম— মহাশয় ! অম্নেদি ভাকপিগনু। মরমদি—

মপা মপুন তৌনরকপ থাদোকফদে ফজ্রবসু
বেদ খঙলব ব্রাহ্মণন গীসুংশি ফন খঙলবসু
যজ্ঞদ শাহাৎপদদি তমথিব পুকচেল চেনবনি ॥ ১ ॥

প্রঃ নগর—অদুদগীদি ?

ভুম— অচুদগী ননাই ঐন নোংমদি "রোহিত" হায়ব ঙা অম ফাজরদুন মতূপ মতূপ ককথৎচরে। মহাক্কী মবুক্ত য়েংশিঙ্গ-খিবদ মমল য়াম্লব রত্ন ঈবং লংলব খুদোপ অসি উজরম্মি। অচুদগী য়োঙ্গরগে হায়দুন হেক থাদুন থম্বমক্তদ ননাই ঐবু ফাবিরিবসিনি। খুদোপ অসিগী খোঙ্গুল হায়ববু অসিনি। হৌজিক্তি ননাই ঐবু হাৎপিগে তুম্মিগে ভৌবিনিংব ভৌবিয়ু।

প্রঃ নগর—( খুদোপ মনম নম্লগ ) খুদোপ অসি ঙাগী মবুকনু'দ চঙলুরবনি হায়বসিদি শোয়দ্রে। মরমদি খুদোপ অসি ঙাহীঙ নংই। হৌজিক্তি খুদোপ অসিগী মরম নিপা অসিন তম্লিব পাউ অসিগী অচুম চুমদ থল্লগদবনি। মরম অসিন সনা কোম্লংদ চৎসি লাও।

রক্ষী অনী—( ভুমদ ) চৎলু হায় ফুরিংখাও চপ্প! চৎলু! ( পুম্নমক চৎখি )।

প্রঃ নগর— সূচক! ঐন সনা কোন্নুংদগী থোক্লকত্রিফাংবদি সনথোঙ অসিদ ঐবু চোকশিন্ন ঙাইরস্নু।

রক্ষী অনী—মহাবাজগী সনা পুক্লীং পেনবিননব লেংশিনাবিরু।

( রাজশ্যালক চঙ্খি )।

সূচক— জালুক! ঈবাই ঈবুংঙোন চঙ্খিবসিস্নু কুইরেদকো!

জালুক— সূচক! নিংথৌগী সনা নাক্ত চঙব হায়বসিদি য়েংদুন চঙ্গদবনি।

সূচক— য়োং হুরানব অসি য়ৈনিংবন ঐগী খুৎ অসি মরেং মরেং হেক চৎলে।

ভুম— মহাশয়! মরম চাদন ননাইবু ফুব ভৌবিগনু।

জালুক— (উরগ) ঈবুংঙোন মহারাজগী সনা য়াথং পুম্নমক চেদ ইদুন পুরক্লে। অদুন হৌজিক্তি নমা-নচাগী মশক উজব নত্রগ হুই-য়েনগী মচীঙ্গাক ওইব, অমদি শোয়দ্রবনি।

প্রঃ নগর - ( চঙলক্লগ ) থীল্লে, থীল্লে, ( ৱাহৈ অসিগী মতুংদ )

ভূম— মাঙলে, মাঙলে, এদি শিরে ( অসি হায়হুন মীপাইবগী মরোং উংলি )।

প্রঃ নগর—ড়ূম অসিবু থাদোকপিগ্রো। খুদোপ অসিগী খোঙ্গুল অচুম্বনি হায়ন মহারাজন তাকপিরক্নে।

সূচক— য়াম্ন ফগনি। য়োং অসি 'যম'লৈবাক্ত (অশিবগী মথয়াত্ত) গী হঞ্জরক্লবনিদো। (অসি হায়হুন ড়ূম অহুবু থাদোকপি)

ড়ূম— ননাই এবু ঈবুংঙোন অমুক পোকপিরবনি। (খোঙদ তুই)

প্রঃ নগর - হৌগৎলু, মহারাজ ঈবুংঙোন নঙোন্দ পীবিরক্লিব খুদোপকী মমলগ চপ মান্নবব মনামথুম অসি লৌশিল্লো। ( ড়ূমদ খুক্তি অম পি )

ড়ূম — ( হবাঙ হরাওন খুরুমজহুন লৌরগ ) ননাই এবু থোক্লানবিরে।

জালুক— হন্দক মহারাজ ঈবুংঙোন মসিবু চান ববসিদি তাদোন্দগী লৌথরগ শামুথক্ত থাঙ্গৎপিবনি।

সূচক— ঈবাই ঈবুংঙো! পীনবিরক্লিব মন। অসিনদি মমল য়াম্নব রত্নন তিল্লব খুদোপ অসি মহারাজগী সন। পুক্লীংন য়াম্ন তাব পোৎশক অম ওইব ভারে।

প্রঃ নগর—খুদোপ অসি মমল য়ামলব রত্নন থাম্মি হায়হুন সন। পুক্লীং অহুক য়াম্ন তারুব নত্তে।

রক্ষী অনী- করিননো ?

প্রঃ নগর—মহারাজন মতম কুইন চনিঙ তান থম্বমক্তদসু নীংশিংব থোক্লব মীশক অমগীদমক লাংতক্লন লৈরম্বদগী খুদোপ অসিগী মশক হেক উবদ মীশক অহু ঈরায় লায়ন নীঙশিঙবিখি। মবম অসিন ওইরমাল্লে নিঙই।

সূচক— অহুনদি মহারাজগী অৱাব মুংঙাইব অনীমক ঈবাই ঈবুংঙোন থোকহনবিরমলে।

জালুক-- ইহে! পুন্নমক অসি ডুম অসিগী হাক্তক্তগী থোকপ ঙাক্তনি হায়নিঙডি ঐদি। ( অসি হায়দুন ডুম অতুদ শাওবগী মতা ওইন য়েংই )।

ডু.ম— ঈবুংঙোশিংবু ! মনা অসিগী তঞ্চায় অমদি ঈবু'ঙোশিংগী হৈ অম লৈ অমগী মমল ওইবিয়ু।

জালুক— ডু.ম। ঙসিদগী হৌন নঙ অসি ঐখোয়গী চান্নব মরূপ ওইরবনি। ঈহান হানব মরূপ শান্নব মুমিত্ত য় থকমিন্নব চৎনবীনি, অতুন চৎসি লাও য়ুয়োনফমদ। ( পুন্নমক চৎলি অতুগী মতুংদ মিশ্রকেশী কৌবী অপ্সরা বিমান ভোংতুন চঙলকপ )

মিশ্রকেশী— মথঙ মনাঙ নাইন ভৌগদবনি হায়ন বস্তানচিংবী অপ্সবা-শিংন তাকপিথিব কুবেরগী সেবা অদু ঐন পাঙথোক্লমলে। মবম অসিন কুবেবগী স্নান মতম য়োদ্রিভৈগী মমুঙ অসিদ মহারাজ দুষ্মন্তগী মরোঙ অমতং খঙলুখিগে। মেনকাগী মরীদগী শকুন্তলা অসি ঐগী ঈচিন ঈনাও থোকই। মচা-নুপী অসিগীদমক মেনকান ঐঙোন্দ শিন্নখিবমু লৈ। ( মায়কৈ খুদিং য়েংলগ ) হবাও কুম্মৈগী মতম য়োরবদসু কোন্নুং অসিন চেকমোক য়োন লাউদন লৈবিবসিন করিননো!

ধ্যান ভৌরগ পুন্নমক খঙবঙম্বগী শক্তি ঐঙোন্দ লৈ, অদু-মকপু মহাক্রীদমক অরাব থাঙগদবনি। ফরে, হৌজিক্তি হৈকোল লৈকোল শঙবশিংগী মনাক্ত তিরস্করিণী * বিদ্যান ঈশ থুপ্পুন লৈরগ নিংথৌ অসিগী অরোন অথুপ পুন্নমক খঙলগে! (অসি হায়তুন অভিনয়গী মরোঙদ কুমথরকই;

---

* তিরস্করিণী মহৈ অদু শান্নবদ মী অমন অমগী মশক উবফংদব অদুগুম্ব মহৈ অদুবু তিরস্করিণী কৌই।

অসিগী তুংদ মীনাই মুপী অনীখক তুংথমাঙথ
হৈনৌ মপান য়েংতুন চঙলকপ )।

অহানবী মীনাইমুপী—এঃ! বসন্ত য়ৌরক্লে।

মখোক ঙাঙ্ানরিব শংবানন ফজব
হরাওকুম্মৈগী মতমদ তৎতনস্ম শিজিন্নব
উরিব হৈনৌ মপান'সে খল্লি বসন্তগী থল্লায়শুম ।। ২ ।।

অনীশুবী মীনাইমুপী—পরভৃতিকা! নথন্দ মুরুম মুরুম শোল্লিববু
কবিগীনো ?

অহানবী মীনাই—মধুকরিকা! পরভৃতিকা হায়বসি'দি হৈনৌমপান
উববদি ঈঙাও ঙাওবনি।

অনীশুবী মীনাই—( হরাও হরাও মনাক্ত চংশিনগ্রগ ) এঃ বসন্ত
য়ৌরক্লেদন!

অহানবী মীনাই—মধুকরিকা! নহাকীস্ম হরাও মথোই কাতুন
অব্বাংব খোম্মাংন শকদব ঈশৈগী মতম য়ৌরক্লে।

অনীশুবী মীনাই—চাম্নবী! কামদেব পূজা তৌনবগীদমক হৈনৌ-
মপান খর চঙ্গদব লৈরি; খুনীঙ কাঙতুন হেক্লে,
তুদনব ঐবু খর পায়য়ু।

অহানবী মীনাই—অত্থু ওইরবদি পূজাগী মহৈ তম্মায় অমদি ঐগী
ওইব তারেদো!

অনীশুবী মীনাই—অত্থুবুদি শোয়দ্রবনি চাম্নবী! মরমদি—ঐখোয়
অনীগী অমত্ত ওইব হকচাংবু বিধাতান অনী খোকন
খায়দোকখিবনি। ( মতাদ শোতুন হৈনৌ মপান হেক্লগ )
হৈনৌ মপান অসি পুমশাৎমক্তি শাত্রি হায়ববু মখোক
থেকলুবদ মনম্ন কয়া মুংশিরিবনোসে! ( খুৎলোম্নতুন )
ভগবান্ কামদেববু খুরুমজরি।

হে হৈনৌ মপান ! নঙব ঐন কখোক্রে
লীরুং পায়ব কামদ মহাকী তেনশীং মঙাগী *
মনুঙদ নঙসু চক্লুরো, কায়ন মৈশা লাংলবী
নুপীশিংগী খম্মোয়ন নঙগী পানফম ওইরুরে। ॥ ৩ ॥

কঞ্চুকী— ( চঙলক্লগ অশাওবগ লোয়নন ) হায় নশক খঙদবীশা ! অথুম্ন ভৌজলাকচনু হায় ! মহারাজন বসন্তগী হরাওকুম্মে থিংলি, অদুগ নখোয়ন হৈনৌ মপান হেক্কংলি।

মনাই নুপী অনী—( কিন কিন ) আর্য্য, ননাই ঐখোয় খঙজদদুন ভৌজরুবনি, ঙাকপীয়ু।

কঞ্চুকী— হায় ! বসন্তগী হৈপাল, লৈপাল পুম্নমক অমসুং মখোয়দ তোংলিব উচেক রায়া পুম্নমক য়োন মহারাজগী সনা য়াথং ঙাকখবে হায়বসি নখোয়দি ননা অদু তাত্র ? য়েংউ—

হৈনৌ মপান অপোম্ব থিন্দোক্লকপদি মকুইরে
পকত্রি মশাদ লৈরিক্তি, কুইরে কুরুবকন পোম্বসু
ঈশাৎ শাৎপদি লৈতরে, নিংথম থাদি মরোইরে
কোকিল লাবগী মখোলসু য়ৈশিন্দুন লৈখরে
ঐন নীঙিঙ অদুন কামদেবসু, কিদুন
ভেন্দোংদগী তথ্বার য়োন চিংথোক্লব ভেম্নাবু
থমজিনগ্রমাল্লে ভেন্দোঙদ ॥ ৪ ॥

* সম্মোহনোন্মাদনৌচ শোষণস্তাপনস্তথা।
স্তম্ভনশ্চেতি কামস্য পঞ্চবাণাঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ ॥
অরবিন্দ মশোকঞ্চ চূতঞ্চ নবমল্লিকা।
নীলোৎপলঞ্চ পঞ্চৈতে পঞ্চবাণস্য সায়কাঃ ॥

মিশ্রকেশী—মরম অসিদ চিংননিঙাই লৈতে, মরমদি রাজর্ষি অসিগী শক্তিদি পুম্নমক্তগী হেনবনি।

অহানবী মীনাই—আর্য্য ! মহারাজগী শ্যালক * মিত্রাবস্থুন প্রমদবন অসিদ লাই য়েক্লবগী ঐখোয়বু মহারাজগী সনা নাক অসিদ থাবিরকপনি। মীনৌ ওইব মরম্ন ঈরাঙ অসি ননাই ঐখোয় তাজ খঙজহৌদ্রে।

কঞ্চুকী— অদুদি করে, মতুঙ মনাওদি খক তৌরগনুকে। !

মীনাইনুপী অনী—(হরাও হরাও) আর্য্য ! করিগুম্ব ননাই ঐখোয়ন তাজব য়াগদব ওইরবদি তাকপিয়ু করি মরম্ননো মহারাজন বসন্তোৎসব থিংবিরিববো ?

মিশ্রকেশী—নিংথৌ হায়বসিদি হরাওকুম্মৈ পামগনবনি, অদুন অরুব মরম অমন ওইরম্ব তাই।

কঞ্চুকী— (মথন্দ) লৈবাক শরা শনগ্রব মরমনি, ঐন হায়দোক্তুনস্সু করি কান্নফম লৈতে। (ফোংন) শকুন্তলাবু লংনখিবগী মরম্ন মীন ভাংনরিবসি নখোয়গী নাকোংস্ত য়োরেদন ?

মীনাইনুপী অনী—আর্য্য ! মহারাজন খুদোপপু সনা মীৎয়েং তাবগী মতাঙ অদু ফাওবদি ননাই ঐখোয়স্সু রাজশ্যালক-তগী তাজরে।

কঞ্চুকী - অদুদি নখোয়দ তমগদব য়ামদ্রে। খুদোপ মশক হেক উব মতম অদুমক্তদ মহারাজন 'শকুন্তলাবু কনা খঙদন ঐন লুহোংদুন লৌখি অদুবু ঐহাক্ল পুমকাউ কাউখিদুন মহাকপু ঈস্তোকখি' হায়ন নীংশিংবিরক্লে। অদুদগী হৌরদুন মহারাজগী সনা পুক্নীঙ নীঙঙমদ্রদুন লৈরি। য়েংউ—ফজব-নীঙথিবদ মীহৌদ্রে অঙম অখৌশিংন খোগন্দ্রে য়ারোন তোয়ন ওন্দুন মীৎকী কক্লা উইদন

* শ্যালক-মচল নত্রগ মচে লৌব।

অহীও চুপ্প লেনবিরে, নুব-শিংব মরম্ন
ঈবেম্মশিংগ লোয়নন রারী-রাতায় শাবদ
ওম্নন মীঙ্গৌরুবদ ঈকাইখিবমক্তন
তাওজ লূক্তন লৈবিখি ঈকাইব খাঙ্খি অস্নুম ॥ ৫ ॥

মিশ্রকেশী— ঐন পেগুব রাহৈনি।

কঞ্চুকী— সনা পুক্লীও মুংঙাইমন্দবসিমক্তন বসন্তোৎসব অসি থিংবনি।

মীনাইনুপী অনী ওইকম থোকই।

নেপথ্যদ— লেওশিনবিরকসি, লেওশিনবিরকসি।

কঞ্চুকী— ( নাকোং থাঙ্গত্তুন ) এঃ মহারাজ অসোমদ লেওশিল্লক্র-
মাল্লে! চৎলো, চৎলো, নওগী নওগী নথৌ তৌজরুরো।

মীনাইনুপী অনী—চৎচরে। ( অসি হায়রগ চৎখি )
( অহুগী ভুংদ, অরাবগী মতৌকচাব ফীজোন থোল্লব
মহাবাজ, বিদূষক অমসুং প্রতিহারী চওলকই )।

কঞ্চুকী— ( মহারাজবু য়েংলগ অওকপনিদ ! অথন্নব শকফম হায়ব-
সিদি মতম পুম্নমক্ত ঈনিওদ মনিওথিজে। শকুন্তলাগীদমক
নীওডমদহুন লৈরিঙৈ মতম অসিমক্তদসু মহারাজগী শক-
ফম অসি কয়াদ য়েংবদ পূক্নীও পেনখ্রবনো? হৌজিক
মহারাজন —

সনা হকচাংদগী অহেনব লৈতেংশিংসু লৌথোক্লে
ওইথংব খুজেংদ কোম্নব সনাগী খুজিন
লৈরি মহারাজগী ; মুংশাস্বরন য়ৈবদ
চীনবান অনী মকশিনখ্রে মহাক্তগী রাখলন
তুম্বহিপ্প য়াদবন মীৎসু ঈওাও ভাওখরে
অস্নুমমক ওইহুনস্ত তরং তরং শেংদোক্রব
মমল য়াম্নব মণিগুম ময়েং ভারবসু মতান
মশাগী তেজমক্তন ময়েং তারে খওদরি ॥ ৬ ॥

মিশ্রকেশী—( মহারাজবু য়েংলগ ) লৎনখ্রবী, মমায় ফিরু খুমগ্রবী শকুন্তলান মসিগী মশুংলাংগীদমক খাইন মৈশা লাংবদি মতিক চাই লাংফে।

রাজা— ( রাখল ভৌন ভৌন খোঙ খর খর থাংলগ)—
শজিগ মিৎমান্নজবী　　চান্নথোইবী মহারু
হে পঙলব পুক্নীঙ-ও　　হৌজিক্ক মিকপ থোক্লকপদি
খাইন মৈচাক মহাক্কী　　খাঙ্গে হায়দুন ভৌবর ॥৭॥

মিশ্রকেশী—নোংদম 'থবীগী নোংদমদি অসিনি।

বিদূষক— (মথন্দ তুমিন তুমিন্ন) উম! শকুন্তলাগী মশক এইব নুংশিৎকী লায়নান অমুক হাইজিনখরে, খঙদে করম্ন লাইয়েংগদবনো?

কঞ্চুকী— (মহারাজগী নাক্ত চৎলগ) জয় মহারাজ! প্রমদ বনগী মফম খুদীঙমক মুন্ন য়েংজরক্লে। হৌজিক সনা পুক্নীঙ তাব মফমদ লেঙশিনবীব য়াগনি।

রাজা— বেত্রবতি! মন্ত্রী পিশুনদ ঐন হায়রকই হায়রু—অহীঙ নোংশোইব তুমদ্রদুন বিচার লোয়শঙদ য়ৌরকপ য়াগনি থাজদ্রে। অদুন ওসি নৈনখিব বিচার পূন্নমক ইদুন খঙ-হনবিরকউ।

প্রতিহারী—য়াম্ন ফগনি মহারাজ! (অসি হায়রগ থোকখি)।

রাজা— পার্বতায়ন! নঙস্নু নথৌ ভৌরুরো।

কঞ্চুকী — য়াম্ন ফগনি মহারাজ! (অসি হায়রগ থোকখি)।

বিদূষক— হয়িঙ য়ৌন ভাম্থোক্লেদন, বসন্ত ঋতু লাকপন পুক্নীঙ হূরব প্রমদবনগী মচী অমদ লেঙশিল্লগ পুক্নীঙ নুংঙাইবিয়ু।

রাজা — (নুংশা মপী হোন্দোক্লগ) ভাঙ্গা ফংলবদি অন্না-অনা খুদোংথিবন চঙলক্তন খক তোক্কে হায়ব মীপাউখোল অসি থাঙ্গৈশেংন অচুম্বনি মরূপ। য়েংউ—
শকুন্তলাগী প্রেমবু　　কাউহল্লম্ব অমম্ব'দো
থম্মোয়'াসবু ঐহাক্কী　　থাদোক্কুন চৎখরে!

তাঞ্জা ফংলে খঙলত্নুন কাপ্লগে হায়ত্নুন ঐঙোন্দ,
হৈনৌ মপান তেনাবু লিরি চনব হৌরক্লে ॥ ৭ ॥
ঈমিং থারিব থুদোপ্প ঐবু নীঙশিংহল্লক্লে,
লাঞ্জদবী চান্নথোইবী মাবু ঐন থাদোকখি
মহাক্কী রাখলমক্তুন খোঁদাং ওইরি কপ্পন
বসন্তগী নুংঙাইব পুন্নমকস্তু য়োঁরক্লে ॥ ৮ ॥

বিদূষক— মরূপ ! ঙাইখো, চৈ অসিন কামগী তেন অত্থু য়ৈথেক্কেনে। (অসি হায়ত্নুন চৈ অত্নুন হৈনৌ মপান অত্থু য়ৈথগে তৌই)

রাজা— (মোমোন নোক্লগ) ব্রাহ্মণগী খোঁনা উবে। মরূপ ! কবন্থ মফমদ ফম্লগ মহাক্কী শারোং শাদা মানবী উরীশিংদ মীৎ অসি ঈংহনসিগে ?

বিদূষক— অহীঙ নুংথিল নাইদন ননাক্ত শেন্দুন লৈজবী, নীঙশিঙ-গনখ্রবী লাইয়েকপী ননাই অত্নুদ—মতম অসিদ ঐহাক মাধবীলতা মণ্ডপত লেনব তারি. অত্নুন ঈখুৎমক্ত য়েকপ চান্নথোইবী মহাক্কী প্রতিমূর্ত্তি অত্থু মফম অসিদ পুত্নুন লাকউ তাকপিখিবদাই ?

রাজা— অস্নুম তৌন পূক্নীঙ অসি ঈংহনগদবনি। অত্নুন মাধবী-লতা মণ্ডপ তাকউ।

বিদূষক— সোমদ লাকউ মরূপ ! (অসিগী তুংদ অনীমক খোঙথাংব হৌখি ; মিশ্রকেশীন অনীগী তুং ইন্নখি)

বিদূষক— মণিগী মশক ওইবন্নুঙগী খুদাগ লোয়নব মাধবীলতা মণ্ডপন লৈরাং চোইন তাবগী নিঙথিজব মতৌন, ঈচিক ছুনব মরোঙন, মালঙবন লিরি লিরি শিৎপন নহাকপু তরায় কৌশিনবগুম তৌরি। অত্নুন চঙশিন্দুন ফমথরো।

( অনীমক চঙশিল্লগ ফমথখি )।

মিশ্রকেশী—উরীদ ঙারগ প্রিয়সখীগী অয়েকপ মুর্ত্তি য়েংখিগে, মতুঙদ মবুঙগোন লুন তৌবিব অমসুং পুক্নীঙ তাবিব মতৌ অসি মঙোন্দ্র খঙহল্লুগে। (অসি হায়রগ হায়খিব মরোঙদ ফমখি)।

রাজা—— ( মুংশামপী হোন্দোক্লগ ) শকুন্তলাবু অহানব উনখিব মুমিংকী থৌদোক ঐন নঙোন্দ তমখিব পুন্নমক হৌজিক নীঙশিঙলক্লে। মাবু ঐন লৎনখিব মতম অদুদ নহাকস্তু ঈনাক্ত লৈখিদ্রে অমসুং অসিগী মমাঙদ নোংমতস্তু মহাক্কী মমিং-মথ। পল্লকপস্ত তৌখিদে; অদুন নহাকস্তু ঐগুম্ন কাউখিমাল্লেনেকে।

মিশ্রকেশী—মরম অসিমক্তনি—পুক্নীঙ তিম্নব মতেঙ ওইগদব মীশকপু নিংথৌশিংন মীকুপ অমফাঙব থাদোকপ য়াম্রিবসে।

বিদূষক— ঐদি কাউদবনি, অদুবু মমৈথঙদ নঙন ঐঙোন্দ "মরূপ! শকুন্তলাগী মবমদ নঙোন্দ ঐন তমখিব পুন্নমক চুমদব ঙাক্তনি" হায়খি। ঐনস্তু অপঙবনিন মদুমক্তবু অচুম্ব ওইরবোই নীঙঙ্রে। অমরোমদ হায়রগ পুন্ন৽ক অসি নিয়তিগী মথা পোনবনি।

মিশ্রকেশী—থাঙ্গৈশেংবনি।

রাজা— ( ঙৈহাক রাখল তৌরগ ) মরূপ ঐবু কল্ল্।

বিদূষক— নঙগী নতৌ অসিবু নহাক্ক চানবর? অচঙব মীদি কৈদৌ-ঙৈদস্তু অরাবগী মথা পোনব হৌনদে। নুংশিংন ফনমক কন্দুনস্ত চীংদি লেঙব হৌনদবনি।

রাজা— ঐন মাবু লৌশিনবিদ্রব মতম অদুদ ওইখিব মাগী মতৌ অদু নীঙশিঙলুরগ খাঙফম লৈত্রবনি মরূপ!

ঐন লৌশিনখিদ্রবী মহাক্ত মহাক্কী ওইজব মীশিংগী
তুংইন্নজগে হোৎনরুই মতম অদুদ মহাক্কী
অপোকপ কণ্বগুম্নব কণ্বশিষ্য শার্ঙ্গরবন
"লেপ্ল," খংলাউ লাউবদ তমথীরব ঐঙোন্দ

ঈরা চেল্লব মমীৎন লেপ্তু ন চিংন য়েঙ্খিব
মিংয়েং অহুন ঐহাকপু তৃ তৈবব তাশুম্ব
চাক্লি ইতত্তুত্তন ॥ ৯ ॥

মিশ্রকেশী— ঈমাইপেম্ম ? মসিগী মতৌসি উরগ ঐস্মু রাদব ঙম্নকত্রে ।

বিদূষক— বন্ধু ! মরম অসিদ ঐন খনব অমতং লৈরি । কনাগুম্ব খোযুম লাই অমন ঈবেম্ম মহাকপু পুত্রবরানে ?

রাজা— অতোপ্প কনান সতী মহাকপু শোকপ ঙমগদগে ঈতাও ! নচন অহুবু পোকপীন মেনকানি হায়ব মহাকী সখীশিংগী মচীন্দগী ঐন তাখি । মরম অসিন মেনকাগী সখীশিংগী মরক্তগী কনাগুম্বী অমন নত্রগ মেনকা মশামক্ত শকুন্তলাবু পুখিবমগনি নীঙডি ।

মিশ্রকেশী—অসিয়ৌন পুক্লীঙ লৈতাদ্রব মংমে অসিমক্তদবু বাগম্ন অম্মুক চুম্বদি অঙকপনি !

বিদূষক— অহুমক্তবু ওইরম্লবদি পুক্লীঙ লুম্ন লৈথোকউ, মতম অমদ শোয়দন উনবক্কনি ।

রাজা— করম্ন ?

বিদূষক— মপুরোয়বগী কায়ন মৈশা লাংলবী মচান্নপীবু মমা-মপান মতম কুইন য়েংহুন লৈব ঙমদে ।

রাজা— মরূপ ! নচন অহুগ ঐগ থেংনখিবহুবু

মঙল, মিত্রংল, বুদ্ধিগী শেবাম্নবর ?
তাঞ্জরকপ পূণ্যগী মহৈদি অসিখক্তর ?
মাগ থেংনবগী নুংঙাইব চংখ্রে হম্ম লাক্লরোই
অমুক থেংনবগী আশাদি পূমতোই তোইন কায়খরে ॥ ১০॥

বিদূষক — অদু ঙাক্তম্ম খনগম্ন বন্ধু ! খুদোপ অসিন মতাঙ অসিগী খুদমনি । শোয়রোইদব থবক্তি খনফম ঈথোক থোক-ত্রবস্ম হেক্ত মথোক্লকপনি ।

রাজা— (খুদোপ য়েংলগ) মসিন ফংঙমদ্রব মফমবু হুন্দোক্তুনা লাক্লি অৱাবনি।

হে খুদোপ! নহাক্ন ফংজব মহৈ খর'সি
উরগ ঐন খঙলেকো নহাক্ন তৌজরকপ পুণ্য'দো
য়াম্নম্নরোই শোয়দন; ভঙাং ভঙাংব খুজিন্ন
নীঙথিজরব মখুৎত লৈরম্নগ নহাক'সে
তারক্লেদো হৌজিক্তি মাগী মখুত্তুদগী ॥ ১১ ॥

মিশ্রকেশী—মীখুৎ অমদ চৎলমলবদি রাননিঙায়হুম ওইরমগনি সখী নহাক্তি লাপ্প লৈখ্রে; নুংঙাইব নপাউসি ঈথন্দন মতারে।

বিদূষক— করিগীনো বন্ধু! নমিং থারব খুদোপ অসিবু মাগী মখুত্ত পীথোক্লম্লিববো?

মিশ্রকেশী— ঐস্নু তানিংহুন লৈরম্বনি, মসিন হংলক্লিববু অসিনর?

রাজা— তাখো মরূপ! ঐন তপোবনদগী হলক্লমদাইদ চান্নথোইবী মহাক্ন মমীত্ত মপী তান ঐঙোন্দ হায়খি "নুমীৎ কয়ানিগী মতুঙদনে আয্যপুত্রন ঐবু নীঙশিংবিরক্কদব"?

বিদূষক— অতুদগী—

রাজা— অতুদগীদি ঈমিং থারব খুদোপ অসি ঐন মখুত্ত শিক্তিন শিজিনবিন পাউ খুমলম্মি।

বিদূষক— করি খুমখি?

রাজা— দুষ্মন্ত ঐগী ঈমিংগী ময়েকশিংগী মন্নঙদ
স্বর ময়েক অমমম নোংম নোংমদ থিজিল্লু
ময়েক্ন লোইব মুমিত্ত কোনুংদগী নিপা অমখক
ঐগী ইপাউ পুহুন চান্নবী নঙবু লৌরগনি ॥ ১২ ॥

ভমথিরব ঐহাক্ন কাউথোকখিহুন মদু তৌহৌদ্রে।

মিশ্রকেশী—বিধাতান অনী অসিগী নীঙথিজরব মতমবু ওন্ন-তৈনহনবিখ্রে।

বিদূষক— মরূপ ! খুদোপ অসিন, খোইগী মতৌগুম্ন ঙাগী মবুক-মুংদ চণ্ডশিল্ল্ রিবসিবু ?

রাজা— শচীতীর্থ খুরুম্ব মতম অদুদ নচন অদুগী মখুত্তগী তাখিব ওইরমগনি ।

বিদূষক— মতীক চায় ।

মিশ্রকেশী—অধর্ম্মবু কিবব নিংথৌ অসিন শকুন্তলাবু লুহোঙ্খি হায়রব য়েৌন কাউখিবসি কাউমল্লি । অদুগ অমরোমদবু হায়রুর-বদি মখোয় অনীগী মনুঙসিন অসিনদি করম্ব খুদম অমগী মপান তাংদুন নীঙশিংনিঙাই ওইবগে ? অদুবু কবম্নদি কাউখ্রিবনো ?

রাজা— ঐদি খুদোপ অসিদ শাস্তিথোক্ক হায়নিংই ।

বিদূষক— ( মোমোন নোক্কুন ) ঐদি চৈশু অসিদদুম হায়নিংই । হে চৈশু ! ঐদি চুমদ্রিং চুম্বনি, অদুবু ঐগী ওইরগ নঙন খোয়রিবদি করিগিনো ?

রাজা— ( মদু ঈতা তাদন )

অতেন অশাং নাইরব মেঙলব খুদোম্ন তিল্লব
লৈত্তন মাগী খুত্তাদি খুদোপ নহাক্ক করিগী
ঈনুঙদ শুপ্তুন লৈরুবি অংরোমদবু খল্লবদি
মথরায় পান্দব পোংশক্ক পোংকী পোংশক খঙ্গন্দে
চান্নথোইবী মহাকপু করম্ন ঐন লৎনখ্রি ।। ১৩ ।।

মিশ্রকেশী—ঐন হায়নিংলম্বদু মশামক্ক হায়দোকচরক্লে ।

বিদূষক— ইহাক লাম্বন শিব ভাগ্রে মরূপ ।

রাজা— ( অদু ঈতাতাদন ) চান্নবী ! মরম লৈত্তন ঐন নহাকপু তানথোকখি, মদুগী নুংঙাইরক্কবন থম্মোয় অসি ঈঙব য়াদ্রে । অদুন অমুক্কুং নশক উহনবিদুন ঐবু থোজানবীয়ু ।

মীনাইমুপী অম—( অয়েকপ মুত্তি অম পায়দুন চঙলক্লগ ) মহারাজ ! রাণীগী অয়েকপ মুর্ত্তি পুজরক্লে। ( অসি হায়দুন অয়েকপ মুত্তি উহনখি )।

রাজা— ( য়েংলগ ) চান্নথোইবী মহাক্কী মুত্তি অসি অয়েকপনিদি হায়ববু কয়াদ ঙকগ্রবনোদোসে !

শা'ন হুইথগ্রব মীৎমৈনি,
মকা লান্নব মীৎফম্নি,
কেনমৌন নীঙথিরি
উরীগুম্ন পীগুম্ন
য়াদগী হাইদোক্লব
হাইফেৎ নোকপ মীনোক্কী
মশেক থাবল্লন য়ৈরব
মচীনবান অনীন নীঙথিরি
অসিগীম্মু মথক্ত
অমুনব বোরোইগী মতৌগুম
ঙাঙ্‌্রানব চীনবাননি
মমায়দ হুমাং কারক্লে নীক নীক লাউন ফজরে
চান্নবীসিগী মায়থোং'সে অয়েকপনিদি হায়ববু
ঙাংবশকপগুমই য়েংবদ ॥ ১৭ ॥

বিদূষক— ( য়েংলগ ) ওহ্মোক্ল নীঙথিজৈ বন্ধু ! রাণী শকুন্তলাগী মরোং মতৌ পুন্নমক নহাক্কী খুৎয়েক অসিন চপচান ফোংদোক্লে। অথুপ্প মফমদগী মীৎ অসি হন্দোক্লকউ য়াদে। করি অমুক হায়সিগে, মুর্ত্তি অসিবু উরগ মথরায় পানবগুম নীঙই, রারী রাতাই শানিংলকই।

মিশ্রকেশী —তুরি পায়দুন য়েকপদি নিংথৌ অসি ওহ্মোক্ল ফজন হৈ। অদুন ঐগী মুংশিজবী শকুন্তলা'দু ঈমাঙদ লেপ্পগুম তৌরে।

রাজা— চপচান য়েক্লবদ ফজরোইদব হকচাং'হ্
হোংদোক্লগ য়েক্লরি লাইয়েকপ মীশিংন
অত্নমক ওইত্নস্ন খুৎয়েক অসিদ ঐহাক্কী
থাঙ্গৈশেংব মশক্কী ফজবগ চুনরে ।। ১৫ ।।

য়েংউ— য়েক্লনব পাৎ অসে অনেম অৱাং নাইব নত্তে
অত্থব থান ভাংথক্লবগুম কুখবগুম উরি খোয়দোন
অকুৎ অতোং নাইবগুম্মি পুকথুপশিংব য়েংবদ
মচুন মরেক কাবন হকচাংন ভথোৎ ভথোৎলি
ন্নংশি মিংয়েংন হাইফেৎন য়েংবগুম্মি ঐহাকপু
খোয়রুম মীনোরুত্নন ভবাম ভরাম ঙাংবগুম্মি ।।১৬।।

মিশ্রকেশী—নীঙওমদব রাখন্ন, মচাঙ হৈনব প্রেমগী মভীকচাব থৌওংনি ।

রাজা— ( স্বর ফুইন হোন্দোক্লগ )
ঈমাঙদ লেপচরম্লবী অশেংবী মাবু হুন্দোক্লগ
অয়েকপী'সিবু ঐহাক্ল কয়াদ লুন হোৎনরি
ঈশিংন মমায় চোল্লব হুন্দোক্লগ তুরেনবু
করিনত্তব তরঙদ ঈশিং নিরি ঐহাক্ল ।। ১৭ ।।

বিদূষক— মৱূপ ! উরিব শকফম অহুম অসিমক ঈনিং নিংথিবঙাক্কনি । মখোয়শিংসিগী মনুঙদ শকুন্তলাবু করম্বনো ?

মিশ্রকেশী—ঐগী শকুন্তলাগী মশক উদ্রিব মসিগী মমিৎ অসি লিক্কোল অহাম্বনি ।

রাজা— মৱূপ ! নহাক্লবু করম্বনি খনবগে ?

বিদূষক— (য়েংলগ) কোমতক্ল পুনব শমজীদগী লৈরাং চোইন তারিবা, মায়থোংদ হুমাং লৈরিক কারিবী, মরেঙজুমন লোইরোয়নন তারিবী ফীরৈন কোমতক্লরিবী, মত্ত চোকপী মতাগুম

উরিবী, ঈশিং ভোয়ন চাইখিবন মনাদ মরেক মহাও কান্নব হৈনৌ মপাল অসিগী নাক্ত য়েক্লিবী অসিন শকুন্তলানি, অনী অসিন মত্তানি নিংই।

রাজা— নহাকস্থ ফনদি মখওই। চিত্র অসিদ ঐগী সাত্বিক ভাবকী খুদম অনৌখক পল্লি—

হুমাংন চোৎলব খুৎকী মচা থমলুবদগী পাংথক্ত
মুশিনমুব লৈইবু উরী পাংগী মতাইদ।
য়েক্লব মুক্তি অসিগী হিদাক্ত ঈচাই চাইবসি
উবসিন মখওলে পি তাখি হায়বদি ॥ ১৮ ॥

(অয়েকপ লাই পুরকপী মীনাই নুপীদ) চতুরিকে! পূর্ণীভ নুংঙাইনবব পোৎশক খর য়েকখৎলুরে. অতুন তুরিশিং অদু পুবকউ।

মীনাইনুপী—আর্য্য মাধবা! ঐন লাকত্রিবফাওবদং পাং অসিদ খর পায়বিরম্মু।

রাজা— ঐ হেক্ত মপায়গে। ( অসি হায়রগ পায়; মীনাইনুপী চংখি )।

বিদূষক— অতৈ করি অমুক য়েকখিগদব মরূপ!

মিশ্রকেশী—মহারাজন পূর্ণীভ তাব, শকুন্তলাগী হকচাংগী শরুক অদু য়েকখিগদৌরিমালে নীংই।

রাজা— তাও মরূপ!

কাওওলাব অমোম্ন মহাক্কী মপান্দ কুল্লিব
মালিনী তুরেন য়েকখিগনি মালিনী মহাক্কী মনাক্ত
চমর কোব শাশিংন মফম অদুদ কুল্লিব
হিমালয়গী চীঙশা শেংলব য়েকখিগনি ঐহাক্ত
শেংন ইন্নব উকুন মাগী মশাদ য়েংলিব—
উপাল অতগী মখাদ কৃষ্ণসার কোব শজিগী
মচীদ মমিং ওয় হোংলিবী শজি অমোম য়েকখিনি ॥১৯॥

বিদূষক— ( মথন্দ ) হায়বিবসিনদি কোইজোম্ব, উকুশেৎপ তাপস-
শিংগী মশক্তবু থম্ন যেক্লগে হাযরিমাল্লে।

বাজা— মরূপ। শকুন্তলাগী ফিজেৎ লৈতেংতু যেকনিংলম্বনি অত্তবু
কাউত্নুন--তোকখি।

বিদূষক— কবম্ব ফিজেৎ লৈতেং?

মিশ্রকেশী—বনদ লৈবী অমস্নং মযুম পাম্রিবী অমগী মতীক চাব
ফিজেৎ ওইগনি।

বাজা— মনাদ চিনব শিবীষ
যেক্তবি ঐন কাউত্নুন।
শবৎকী থাবনগুম মেঙলব
যেকহৌদে থবক্ত তাবব
থম্বৌ লিল্লাংস্ত নীংথিব ॥ ২০ ।

বিদূষক— অঙাংব থম্বালগুম নীংথিব খুদোল্ল মমায খুমহুন যাম্ন
কিবগী মতাগুম্ন লৈবিবসিবু শকুন্তলাবনে? ( পুক্লীঙ
চঙন যেংলগ ) অঙকপনি। কবিস্ত লৈত্রব খোইমু লৈহি
হুন্নানব অসিনস্থ ঈকাইখুম্ননিঙাই ওইবী অসিগী মমায
থম্বালবু থকচনিংব শাবি।

রাজা— ঈকাইদব খোইমু অসি তান্নুদন?

বিদূষক— নঙ নত্রনে। লমকেৎ-লম্কাইবশিংগী রাযেল মপুনো?
অত্তুন মসি তানবদি নহাক্তন ঙমগদবনি।

রাজা— অচুম্ব রানি। মপান শাবব উরিগী অচানব অতিথি।
শকুন্তলাগী মমাযদ তোংনবগীদমক কবিগী অম্পুপ রান
হোৎনরি?

নৈবাংথক্ত তোংলিবী নঙবু লুন নীঙজবী
খোইমু অমোম অসিন খোরাংন ঙাইজব লৈহীবু
হৌজিক ফাওব থক্তবি ঙাইত্নুন লৈবি নহাকপু ॥২১॥

মিশ্রকেশী—ওহোক্ল কম্ন তাল্লেদকো ?

বিদূষক— মখোয় অসিগী জাৎতি য়াদ্রে হায়বত্নদ খন্ন খন্ন তৌবনি বন্ধু।

রাজা— (অশাউবগ লোয়নন) হায় ! খোইমু নহাক ঐন হায়বসি ইন্দ্রেদনকো ! ফরে অত্নদি—

চোঙ্খৎলকপ কুইদ্রিব খুইথদ্রিব উনাগুম
মীহৌনরীব পুন্নমক অপাম ন্নুংশি থুংনভৈদ
অমেঙব চীঙ্গৎ ফঙ্খিব তয়াল মানব চীনবানবু
চান্নথোইবা মহাক্কী চীক্লবদি নহাক্ল খোইমু ও !
থম্বাল লৈন্নু কৈশুমদ থমাগে নঙবু ঐহাক্ল ।। ১২ ।।

বিদূষক— অস্মুক চৈরাক কনব নহাকপু করিগী কিরোইদবনো ? (নোক্লগ) অঙাওব অসিগ তিন্নরুবদগী ঐস্মু ঙাওরবনি।

রাজা— তান্ন তান্ন মবেঙদেনে !

মিশ্রকেশী—অঙকপনি ! অপাম রাখলন হেঞ্জল্লরুবদি তপ্পব মীশক কয়াগীস্মু মহোশাগী লীচৎ কায়রকই।

বিদূষক— ( ফোংন ) মরূপ ! অয়েকপনিনে অসিদে।

রাজা— চুমই, অয়েকপনি।

মিশ্রকেশী—ঐমক্লস্ম অয়েকপনি হায়ব হৌজিক্ত খঙলবদবু থাঙ্গৈশেংব মশক অদ্ভূত খল্লিব নিংথৌ অসিগী রাদি করি হায়গনি।

রাজা— অস্মুক লানব থবকপু কনান তৌব হৌনবগে বন্ধু !

মঙোন্দ লুপখ্রব থম্মোয়ন
মশক উজবগী নুংঙাইব
তশেংন ফংজরম্বনি।
করি নত্তুন নহাক্ল
নীংশিংহল্লক্তুন হৌজিক্তি
অয়েকপদত্নম তাহল্লেদো ।। ২৩ ।।

( অসি হায়ত্নন পি তৈথোকই )

মিশ্রকেশী—কায়ন মৈশা লাংলব মীশিংগী থক-খা ঙন্নব থৌরাং অসি অঙকপনি।

রাজা— লোইবনাইদব অরাব'সিবু কবন্ন খাঙগনি বন্ধু।
তুম্বয়াদবন মশকতো মঙদ উগদববু উখিদ্রে।
অয়েকপ শকফম অসিস্ত পিন উহনখিদবে ॥ ২৪ ॥

মিশ্রকেশী—সখীশিংগী মমাংদ মরোং অসি উহনবিদুনে মহাক লৎন-খিবগী অরাব মৈচাক কোকথোকপিরি।

চতুরিকা— ( চঙলক্লগ ) জয় মহারাজগী জয়' ননাই এহাক তুবি খাউ পুরতুন সনা নাক তম্ন লাকচবনি।

রাজা— অদুদ করি তৌবব ?

চতুরিকা— ননাই পিঙ্গলিকান পাউ অসি মহারাণী বসুমতীদ হঙৎলুব-মাল্লে। মহারাণী লেঙলক্তুন মহারাজগী সনা নাক্ত ঐ হেক্ত মথিল্লুবগে হায়ন ননাই ঃ ভোন্দগী তুবি খাউ অদু মুনবিখি।

বিদূষক— নঙদি করন্ন নাম্থোকচহৌই ?

চতুরিকা— পিঙ্গলিকান, উবিদ পনব মহারাণীগী নমখাং অদু লৌ-থোকপ হোৎনরিঙৈদ নাম্থোকচবকই।

রাজা— লুন চান্ন থম্বীবদগী থোয়চৎ রাংচৎনরবী মহারাণী অসি লাক্লমাল্লে অদুন অয়েকপ লাই মুর্ত্তি অসি খব লোৎশিল্ল।

বিদূষক— নশা কনবিযু'দি হাযদ্রদুন ? ( অয়েকপ মুর্ত্তিদু পায়দুন হৌগৎলগ ) মহারাণীগী লা'দগী নশ' নাম্থোকচরব মতম অদুদ "মেঘাচ্ছন্ন' কৌব দালান মতোন অদুদ ঐবু কৌব-কউ। খুন্নু নত্তন কনা অমতন উরোইদব মফম অদুদ মূর্ত্তি অসি লোৎলুগে।

( অসি হায়রগ্লগ ফিংন চৎখি )

মিশ্রকেশী—ওম্থোকপনি ! মহারাজন হৌজিক অতোপ্পা অমদ পুক্নীঙদি চঙলি হায়বরু অহলগী ঈকাই ংয়বদি ঙাক্লি। অদুন মহাক্কী প্রেম অসি ঙৈহাক ঙৈহাক্কীদি নত্তে।

প্রতীহারী—জয় মহারাজগী জয় !

রাজা— বেত্রবতি ! লমখাঙদ রাণী উরমদর ?

প্রতীহারী—মহারাজ ! উজরম্মি ঈখুংকী চে অসি উবদ হনবিখ্রে।

রাজা— থৌরম খঙনী রাণীনি, অতুন ঐগী থবক কায়হল্লমদবনি।

প্রতীহারী—মহারাজ ! মন্ত্রীন হঙ্গংচরকই ৎসি রাজ্যকার্যান* য়াম-মনখিবন পৌরকার্যা* অমদগী হেন্ন পায়জব ৎমখিদ্রে। পায়-জখিব থবক অদু পত্রদ ইদুন কৎচরি. সনা মিৎয়েং তাবিগনি।

রাজা— কদায় পত্র অদু পিয়ু। (প্রতীহারীন পত্র অদু কৎশিল্লি)

রাজা— (পত্র পাই) "ধনবৃদ্ধি কৌব ইিডিঙ্গা লল্লোনব নিপা অম-থক হি লাক্লুন মথরায় মাৎখ্রে. মহাক্কী মচা মশূনচিংবস্থু কনা লৈত্রে, মহাক্ক থম্লম্ব লনগী মশীংদি লুপ কোটি কয়া-মুক্কি। মসি মহারাজগী সম্পত্তিদা মলুংচনফম থোক্লে, সনা বৃদ্ধি ত্রৌাবরগ সন নোংদম তম্বীযু। (অরাবগ লোয়নন) মচা মশূ লৈহৌদব হায়বসিস্থু অরাব অমনি। বেত্রবতি ! মহাক্তি মরল মথুম লৈব নিপানিন নুপী য়াম্ন লোল্লগম্স্বু য়াই মবম অসিন মহাক্কী গর্ভ লৈরবী নুপী কনাগুম্বী লৈ-লাকপর থিখো হায়য়ু।

প্রতীহারী- সাকেতপুবগী শেঠ অমগী মচানুপী অদু ধনবৃদ্ধিন লৌবম্ই, মহাক্কী পুংসবন সংস্কার লোইখ্রে হায়ব পাউ অম হৌজিক্ক মতাজরি।

রাজা— অদুদি গর্ভগী সন্তান অদুন মপাগী মরল ফংজফম থোকই। রা অসি ঈকাই খুম্নফম ওইব মন্ত্রীদ তমলু।

প্রতীহারী—য়াম্ন ফগনি মহারাজ ! ( অসি হায়রম্লগ চৎখি )

---

* কোমুংনত্তব লৈপাক অপুম্বগী থবকপু রাজ্যকাযা হায়রগ খঙগনি

* কোমুংতগী ৎইব থবকপু পৌরকার্যা হায়রগ খঙগনি।

রাজা— বেত্রবতি ! অমুক্ত হল্লকখো ।

প্রতীহারী—( হল্লক্লগ ) ননাই হঙরক্লে ।

রাজা— মচা মশূ লৈব লৈতব থিরুত্তুন কান্নদে
মচা মরা লৈখিদ্রব চঙজফম থিবদ লৈত্রব,
পাপচেনবদি নত্তব— প্রজাশিং'তুগী চঙজফম
তুষ্মন্তন ওইগনি লৈবাক খঙনব লাউথোকউ ॥২৫॥

প্রতীহারী—অচুম্বনি, লাউথোক্কদবমক্লি । ( অসি হায়ত্তুন চৎন্দুরগ অমুক হঞ্জিল্লক্লগ ) মহারাজ ! মতম চান চুথরকপ নোংবু তৌবগুন্ন মীথোই মীহেনব পুন্নমক মহারাজগী সনা য়াথং অসিবু থাগৎপগ লোয়নন য়ানখ্রে ।

রাজা— ( অশাঙব অমম্লুং অশাব স্বর হোন্দোক্লগ ) খল্লূরগ অৱাবনি । মচা মশূ লৈত্রব ধনবৃদ্ধিগী মরলন চংজফম লৈত্রত্তুন মীথুং য়োবক্লে । এন লৈখিদ্রগ পুরুবংশগী সম্পত্তি অসিস্তু অসি মঙায় ।

প্রতীহারী—অসিগুম্ব ফত্তহৌদি খোক্তসন্নু মহারাজ ।

রাজা মখোঙ থোংন লাকচরম্ব-মঙ্গলবু লৎনখিব এহাকসি নোংদম থীব অমম্লুং অপঙবনি ।

মিশ্রকেশী—মশান মশাবু নিন্দ, তৌরিবসি শকুন্তলাবু খল্লূবদননি শোয়রবোই ।

রাজা— মত্তমচান মরূ তাথ্রব চাথোক হেন্ন পীগদব
লৌফম অত্তুবু থাদোকপগুম বংশগী থোক্লফম ওইগদবী
ঈশাগী ঈস্তু পকখ্রবী ধর্ম্মপত্নী মহাকপু
থাদোকখ্রব এহাক্ল খল্লূরগ নীঙঙমদে ॥ ২৬ ॥

মিশ্রকেশী—হৌজিক্তি মহাকপু ফংলগনি থীল্লরোই ।

চতুরিকা—( প্রতিহারীদ তুমিন্ন ) আর্য্য ! হন্দক মন্ত্রীন মহারাজদ পত্র অম কৎলকপ অসিদি করিগী রাখলনো ! মহারাজগী

গিত্তুগী পিন কংব লৈরে ! মহারাজন, অরাবসি লন্নাই রাখলনদি থাদোক্লরোই, অত্তুন মেঘাচ্ছন্ন কৌব দালান মতোন্দ লৈরিব মহারাজগী অরাব কোকপ চনগাদব আর্য্য মাধব্যবু পুবিরকউ ।

প্রতীহারী — নঙন হায়ব চুপ্সি । ( অসি হায়রগ চৎখি ) ।

রাজা — দুষ্মন্তন লৈত্রবদ ঐখোয়বু পিণ্ড ফংখিগদ্র ফংলরোইদ্র হায়ন পিতৃশিংন চিংনরবনি । মরমদি

দুষ্মন্তন লাইরৈবাক ভানখ্রগ
ঐখোয়গী শ্রদ্ধ কনান
শাস্ত্রগী মতুং ইন্দুন
পিতৃবশ্ম তৌরগনি ।
রাংল অসিমক্তুন
ঈপা ঈপু খিবিক্ল,
ধার লৈত্রব ঐহাক্ল
কচ্ছব তর্পণগী ঈশিংবু
পামু পামু ফানবিরি— ।
তর্পণগী ঈশিং অত্তুন
পিবু চামথি খুত্ত ভাব ॥ ২৭ ॥

মিশ্রকেশী—ওস্তোকপনি ! থাউমৈ থান্ন থান্ন ফক্লাংন খনখিবদগী রাজর্ষি অসি মমত্তুন লৈরে ।

চতুরিকা— মহারাজ ঈবুংঙো ! সনা পুক্লীও অত্ত অত্তুক্তী ব্রাবিগন্নু চাহি মতাঙ নৌরি, অত্তুন অতৈ রাণীগী গর্ভদ মহা-রাজগুম্ব নক্তা ইবুংঙো ফংবিত্তুন পিতৃপিতামহশিংগী লম্মন কোকপিবস্নু য়ারি । ( মথন্দ ) ঐন হায়ক্তবাস ভাবিদ্রে মতীক চাব হীদাক্ল অনাব ফব হৌনৈ ।

বাজা— ( অৱাব উৎলগ )

দুষ্যন্তগী শেংলকপ
পুরুবংশ'সি ঙসিদি
হৌবককফমদগী লুবকপ
সবস্বতী ঈচেন্ন
আযাজাতি লৈরব—
মফম'তুদ খম্বগুম
ঐদোন্দ খম্ব মতাবে ॥ ২৮ ॥

( অসি হাযবম্নগ ৱান্থখি )

চতুৱিকা— ( ইফিং ফিংন ) মহাবাজ। পথবিযু পথবিযু।

মিশ্রকেশী—হৌজিকমক শকুন্তলাগী মপাউ তমত্তুন মহাবাজ'সিবু হান্নগী ফিভম তাননব হোৎনসিব? অদুগ শকুন্তলাগী পুক্নীঙ পেৎননব হোৎনখিব মতমদ অদিদিন তাকপিখিবতু ঐন নাহৌই, মবমদি— লাইশিং ন যজ্ঞদ নজ্ঞানশিংন কচ্চখিব মখোযগী শকক অতু যংনিংতুন লৈবিবনিন কবম্ন লৌবগ তুষ্মন্তন শকুন্তলাবু এগী ধর্ম্মপত্নীনি হাযন লৌশিনবিগদগে হাযবতুদি মশীনবিবর্কনি। ফম অসিদ নীঙঙাযনন লৈথোকপ চুমদ্রে, পাউ অসি শকুন্তলাদ তম্মগে, মপুক্নীঙ লৈতাহল্লগে।

( অসি হাযবগ 'উদ্ভ্রান্তক' হাযব খোঙচত্ত চৎখি )।

* উদ্ভ্রান্তক— খোঙচৎ মখল অমনি।
পূবংদক্ষিণমুখাপ্য পশ্চাদাকুঞ্চয়েন পদম।
বামংশীঘ্রং ভ্রমেদ্বামাবর্ত্ত মুদ্ভ্রান্তকং বিদুঃ।

অর্থ— অহানবদ যেৎথংব খোঙ থাঙ্গৎলগ মতুংদ ওইথংব খোঙ কোনশিল্লগ ওয ওইনন খঙলৈ লৈতুন চৎখিব খোঙচৎপু উদ্ভ্রান্তক কৌই।

নেপথ্যদ— ঐবু হাংহৈদে, ঐবু হাংহৈদে।

রাজা — ( জ্ঞান তারক্তুন নাকোং থাঙ্গৎলগ ) হাই! অবাব খোল্লাউসি মাধব্যন লাউব মাল্লি।

চতুরিকা— মহারাজ ঈবুংঙো! পিঙ্গলিকানচিংবা দাসীশিংন ঈবেম্মগী প্রতিমূর্ত্তি পায়রিব মপাঙ্গল শোনব মাধব্যবু ফাবিরম্ব তারে।

রাজা— নহাক চৎলু, করিগীদমক ননাই নশনশিংবু রারকত্তবনো? ঐন হায়রকই হায়ন রাণীদ হায়রু। (চতুরিকা চৎখি) ( নেপথ্যদ অমুকস্তু অরা খোল্লাউ লাউরকই )।

রাজা— থাঙ্গৈশেংব ব্রাহ্মণগী স্বরনি. কিবদগী ফিভম কায়রে। মফম অসিদ কনা কনা লৈবগে?

কঞ্চুকী— ( চঙলক্লগ ) মহারাজ! সনা য়াথং তাকপিসি।

রাজা— কপ্লিব অমস্তুং লাউরিব অসিবু ব্রাহ্মণ মাধব্য নত্রনে? মুন্ন য়েংলকউ।

কঞ্চুকী— য়েংজরুগে— ( অসি হায়ত্নন চৎপ্রগ অফিং অফাই ওইন অমুক চঙলকই )।

রাজা — পার্বতায়ন! থোইদোকপ অকি অগঙদি থোক্তেদনকো?

কঞ্চুকী— থোইদোকপ থোক্তে মহারাজ!

রাজা— অতুগ নশা নীক্লিবদি করিগীনো?

চহিগী মতাংন নীক্লম্মি
অতুদগী হেল্লক্লে হৌজিক্তি।
খোংনাং শাথেংনরগ
মুংশিংন মকা ফোংবগুম,
শাথেংনরগ নহাকী
নীকপন মকা ফেংলক্লে ॥ ২৯ ॥

কঞ্চুকী— মহারাজ! মরূপ ন, অমুক্তদি কনবিহৌ।

রাজা— কনাদগী কনগদগে?

কঞ্চুকী— অরাবদগী।

রাজা— ময়েক শেংন হায়য়ু!

কঞ্চুকী— মাইকৈ পুন্নমক শুন য়েংননব মেঘাচ্ছন্ন কৌব দালান অম লৈবহু—

রাজা— মহুদ কবি লৌবে?

কঞ্চুকী— যুমদ য়োকপ রাহোঙন পোত্থ কয়ামুক্ত মহাক্কী
মতোন য়ৌজন ওয়িব— মেঘাচ্ছন্ন দালানগী
তোলেন্দ লৈরিব যুমদগী মশক উবদ ওমদব
কনাগুম্ব জ'বন মাধবাবু ফাখবে ॥ ৩০ ॥

রাজা— (তফিং তফিং হোগৎলগ) অঃ! ঐগী যুমদবু তুংচওলব!
অমবোমদদি নিংথৌগী থবক্তি পাপকী পাপ ওাক্তনি
নোংম নোংমগী থবক্ত চ্যোর্কশিনহোন্দ্রন মবন্ন
শোয়খি ওামখিব পুন্নমক মশানবু খওওমদবদ
প্রজাশিংগী মন্নুংদ চৎলিব লমচৎ অকায়ব
নিংথৌনবু করম্ব ওমগদগে খওবব ॥ ৩১ ॥

নেপথ্যদ— ঐঙোল্লোমদ চেনশিল্লকউ!

রাজা— (রাহৈ অতু থাবগ পন্দন চওশিল্লক্লগ) কিগন্নু, কিগন্নু ঈতাও।

নেপথ্যদ— করিগী কিবোইদৌরিবনো? মশক খওদন নিপা অমন ঐগী লুশমদ পায়হুন শক্ক শয়াও পুন্নমক চু থেকপগুম থেক্কদৌবে।

রাজা— (মায়কৈ অদোমদ য়েংশিল্লগ) লীকাং লীকাং।

প্রতিহারী—(লীক্কাং পায়হুন চংলক্লগ) জয় মহারাজগী জয়! লীকাং তেন লৈরে অমস্তুং খুৎখাওস্ত লৈরে!

(বাজান তেনগ লোয়নন লীকাং লৌই)।

নেপথ্যদ— খোবীগী ঈ অশাব খোবা-ই কৈন শজিবু হাৎপগুম
　　ঐন নচবু হাৎলগনি　　নশা কল্লব হোৎনজো।
　　অরাব থারব পীশংগী　　অরাব কোকপিগে হায়বগী
　　লীবাং পাযবশ তুম্মস্তুন　　মতীব লৈবগ কনসনু ॥৩২॥

রাজ।— ( অশাওবগ লাযনন ) হাযরক্লিবাস ঐদোন্দনি। আঃ। হিংচাব! নচবু ঐন হাভুন তোক্কদ্র? ফৈ থাডড়। ( লীবি চল্লগ ) পাবথায়ন লমজিংউ।

কঞ্চকী— মহাবাজ! অসোমদ লেংবিবকউ।
( পুম্নমক পবপ পবপ মেঘাচ্ছন্নগী মতোন কাখি )।

বাজা— ( মায়কৈ শুন যেংলগ ) অচকপনি। মফম অসিদ কনা অমত্সু লৈদে।

নেপথ্যদ— ঐবু কল্ল, ঐবু কল্ল, ঐদি নওবু উবি. নচনদি ঐবু উদ্রে; হৌদোংন ফাখ্রব উচিগুম্ন হিংবগী আশা লৈত্রবনি।

রাজা— উহন্দ্ব চশ নহৈন থোয়ব শাবি। ঐগী খুৎলাইমক্রস্তু উদ্রব। ফৈ নমায লৈগনু. হৌজিক্তি শরূপকী মশা শোক্রববনিন হিংগনি হায়নদি থাজকগম্নু। ঐগী ফাওরব তেন অসি তম্লগেকো নডোন্দ। এগী তেন অসিদি— হাৎকদব নহাকপু হাৎকনি কনগদব ব্রাহ্মণবু কনগনি কাচ্চন যজ্ঞোমদ মথকই অয়ানব ঈশিংবু হুন্দোকই ॥৩৩॥

(অসি হাযদুন তেঙ্গ থোংই, মাতলি অমস্তুং বিদূষক চংলকই)

মাতলি - আয়ুষ্মন।

　　নচগী তেনগী তেন্দম্ফম　　মখোয অতুন ওইসনু
　　লাইনিংথৌন নীংওথিব　　হিংচাবশিং অত্বদ
　　নংগী লীরূং'সি চিংবিযু　　সাধশিংন মকপত
　　থৌজান মিৎযেংদবু পীবনি　　পীনদে অ'কবফংব তেনাবু ॥৩৪॥

রাজা— ( থুন খুৎলাই লৌশিল্লগ ) এঃ মাতলি! দেবরাজগী সারথি লাকপিবনিদন।

বিদষক— হে পূকচেল চাউব ঈবুংঙো! ঐবু শাহাৎপগুম হাৎকে তৌবিরম্লিব নিপা অসিবু নহাক্ত তরাম তরাম্ন ঈকাইখুম্নরি।

মাতলি— ( নোক্লগ ) তাবিয়ু আয়ুষ্মন্! দেবরাজন ঐবু মহারাজগী মফমদ করিগী মরমগীদমক থারকপনো হায়বত্নু।

বাজা— ওন্থোক্ত তানিংন ঙাইজরি।

মাতলি— লাক্লব রারব কালনেমিগী সন্তান ওইব দানব খর লৈরি।

রাজা— ঐস্ত মমাংদৈদ নাবদ ঋষিদগী তাজখ্রে।

মাতলি— নহাকী মরূপ ইন্দ্রন লাক্লব ঙমদ্রব মখোয়বু
হাৎপ ঙমগদবদি নহাক্লি অসি খল্লে মহাবাজ
নুংমিৎন মাঙহনব ঙমদ্রব অমম্ব অহীঙগী
মাঙহনবদদি থান কবি নাচুংদবনি। ৩৫ ॥
হৌজিক্তি খুৎশ্ খুৎলাই পুম্নমক লোয়নবিহুন দেবরাজ রথ অসিদ লেংখৎপিরো, অসুরশিংগী বিজয়যাত্রাগীদমক লেঙলসি।

রাজা— দেবরাজন মতীকচান ঈকাই খুম্নবিবে, থৌজানবিরে। মাধব্যগী মফমদ তৌখিবত্নবু করিগীনো?

মাতলি— ( মোমোন নোক্লগ ) অত্তস্ত হায়জগে। করিগুম্ব মরম অমদগী মহারাজগী সনা পুক্লীঙ য়াম্ন নুংঙাইতব মতৌ উরত্নুন মহারাজবু অমুক্ত শাউহঞ্জগে হায়বগীদমক্লি। মরমদি—

মৈগী মৈরী থোকত্রগ শীঙদ ফুরগ থোক্লকই।
মশাদ চৈথা ফংলব লিম্ন মতোক ফম্লকই।
মতীঙলৈব মীশিংস্ত শাউরগ মতীঙ ফুদোকই ॥৩৬॥

রাজা— থাঙ্গৈশেংবমক্নি। ( বিদূষকত ) দেবরাজগী য়াথং লৈপাক তাব য়াদ্রে, চৎলো মরূপ ! পাউ অসি মন্ত্রিদ খঙহল্লু অমস্তুং মঙোন্দ হায়য়ু -

নরৌশিংন প্রজাবু মন্ত্রী নহাক্ল ঙাক্লম্মু
লীরি চনব লীরুংদি শীজিন্নরগে অমদ ॥ ৩৭ ॥

বিদূষক— নহাক্ল অসি ত্তৌ হায়বতুমঙায়। (অসি হায়রগ চৎখি)

মাতলি— আয়ুষ্মন্ ! দোলাই লেঙখৎলসি।

( রাজান দোলাইদ কাখৎখি, ময়াম পুন্নমক থোকখি )।

# তরেৎশুবা অঙ্ক

( মতুংদ রথ তোংলবা রাজা অমসুং মাতলি অতিযাগী লম্বীদ চঙলকই )

রাজা— মাতলি। দেবরাজগী যাথং ওাকচকপদগী মতৌ-নিবকপনিদি হায়বদু শৌজখিব থবক্কী ঈকাইখুম্নবিরকপন হেল্লে।

মাতলি— ( মোমোন নোক্লন ) মহারাজ। পেনবদি অনীমক ঈপেন পেন্নদ্রবনি। মরমদি—

ইন্দ্রগী মফমদ পীখিব— মচৌব মতেং অতুন
মহারাজন ৱাংলি খনবিবি সন্মান্দা মান পীনরকপ।
দেবরাজসু খনবিবি মহারাজগী নতেঙদৈ
মহাক্ন পীবিব সন্মানন ওাল্লোক্ন যাম্ন ৱাংহৌবে ॥১।

রাজ— নত্তে নত্তে. মাতলি! দেবরাজন ঐবু বিদায়গী মতমদ লাইশিংগী মমাঙদ মহাক্না সি হাসনগী দ চিংশিন্দুন ফমহনখিবনি। অদুগুম্ব সম্মান অদুদি খনবদসু থোক্কবনি

লাইনিংথৌনাক্ক লৈবসু জয়ন্ত কৌব মচাদো
মহাক্ন নিংগে নাঙজব— হরি চন্দন লৈতেংব
মন্দার পারেং মখাক্কী ওাক্তোক্লন ওক্কগী
এগী ওক্ক হুকপিশি জয়ন্তদ মোমোন পোন্নন ॥২॥

মাতলি— লাইনিংথৌগী মফমদগী মহারাজন ফংবদ মতীক চাদব পোৎপু কবি লৈব হৌনবগে?

মহাওদ খজিক নোল্লব কেনন নঙগী হৌজিক্ক,
মী, নোংশা অনাগী মশক লৌবিব হবিগী
খুজিম্ন ওাকখি মমা ৈও যেক্লবতিংখং পূম্নমক
কেথোক মৌথোক্লব ইন্দ্রগী স্বর্গ কৌব লৈপাক্কী ।৩॥

রাজা— অদুমসু দেবরাজগী মপান্দগীনি।

মপুন থোগৎলব মনাইন অকব থবক পাংথোকচৈ।
অকণন অমম্ব মাংহনব কৈদৌঙৈদম্ব ডম্লম্মোই
মমাঙদ থাডুন নুমংন থম্বিরমদ্রবদি মহাকপু ॥৪॥

মাতলি— মহাবাডন থম্বিফম পোকপ পাউখুম্নি। (খজিক্তং লাপ্তুক হন্দোক্লগ) ঙাযুম্লন! অসোমদ মিংয়ে ভাবিয়ু, স্বর্গমণ্ডল অাসদ মহাবাজগী নী থিব মীংচং অসি কয়া নীংথিন লৈবিবনো?

লাপ্ল উবিদ লাইশন
শৈবেং থুইন লেডুন,
লাইরেম্ব শিংন মশাদ
লেন্দগী লেম্ব মচুন,
কল্পলতাগী ফিশাদ
ইবি নংগী চবিত্রবু ॥ ৫ ॥

রাজা— মাতলি! ভবাদদি অমুবশিংগা লান থেংননিংমনখ্রবুন স্বর্গ কারকপনি, অডুন মফমশি অসি উবু উরমদে। ঐখোয়ন তৌজিক লৈবিবসি নুংশিংকী কবম্ব লম্বীদনো?

মাতলি— মন্দাকিনীবু নুংশিং মহাক্ল
নক্ষত্রমণ্ডলবুম্ন পুবিব,
জোতিমণ্ডলন মডোন্দ—
ভোডান্নন মডান পিবিব
লৈবীক মফোন পক্কব,
বামনগী অনাশুবকপ—
চবণন শেংদোকপিখ্রব
প্রবহ কৌব নুংশিংকী
লম্বী'তুনি মহাবাজা। ।৬॥

রাজা— ঐগী নুংপানগী ইন্দ্রিয়গ লোয়নন অন্তবাত্মান ঈশেং

শেংখ্রিবসি অসিনি। ( দোলাই কাখোঙ য়েংলগ ) ঐখোয়ন কুম্লক্লিবসি নোংগী লম্বীদ য়োরক্লমালে মাতলি!

মাতলি— করম্ন খঙবিবগে আয়ুষ্মন্!

রাজা— চাকাদ ঈশিং চোৎলব দোলাই অসিন নহাক্কী
চীঙগী লৈকুৎ কোঙ্ঙ্গুগী পাইথোক্লকপ নোঙ্গৌবীন,
নোংথাংগী মঙান্ন য়ৈবদ ঙাঙলব শগোল খিবিক্ল,
ঈশিংন থল্লব নোংথক্ত— য়োরক্লে হায়ব খঙহল্লি ।। ৭ ।।

মাতলি— থাঙ্গেশেংবনি আয়ুষ্মন্। মহারাজগী মর্ত্ত্যভূমি য়োৗগদব কুইরকত্রে!

রাজা— ( মখারোমদ য়েংথরগ ) মাতলি! এস্থোক্ল য়াঙন কুমথবক্লমালে, মর্ত্ত্যভূমি অসি অঙকপ অমগুম্ন উরে।

অরাঙবচীঙগী চীঙদোন্দগী পাংথখিবগুম্নে পৃথিবীসে
উস্থু-রাস্থু পুম্নমক মরু মশক খঙলক্লে।
উনারক্ত লোৎলম্ব— মতৌঙ্ছু পাথোকখ্রে।
অথুব লমদম অহ্নদ উবমদব ঈশিং'দো
তক তক্ল উরক্লে, অসিন তুরেন পুম্নমক
ঈশম শম্নবগুম উবক্লে কনাগুম্ব নিপান—
লংখৎলকপদু মঙায়রে মর্ত্ত্যভূমি'সে ঈনাক্ত ।। ৮ ।।

মাতলি— আয়ুষ্মন! থাঙ্গেশেংবমক্লি। ( মুম্ন য়েংলগ ) পৃথিবী অসি য়েংবদ অঙকপ ফংন নীংথিজখ্রে।

রাজা— মাতলি! নোংপোক নোংচুপ সমুদ্রদ লুপ্তুন লৈরিব, সনাগী মহী শিন্থরিব, সন্ধ্যাদ মংব নোংগুম্ন উবিব চীংজাউ অসিগী মমীঙ করি কৌবগে?

মাতলি— আয়ুষ্মন্! উরিব চীঙজাও অসিগী মমিং হেমকূট কৌই, মুনিশিংগী অথোইব লাইনিংফম্নি। মসিগী চীঙদোন পুম্নমক সনা ওাক্তনি, অহুন মমিং হেমকূট কৌই।

ব্রহ্মাগী মচানিপান মরীচিনি
মহাক্ল পোকপন কশ্যপনি।
লাইহিংচাববু পোকপির—
কশ্যপ মুনি অত্থুন
গৃহিণীগ লোয়নন
তপস্যা তৌরি অসিদ ॥ ৯ ॥

রাজা— ( পুক্নীঙ চঙন ) ফংঙমদব মঙ্গলবু নাম্থোকহনবদি চুমদে। ভগবান কশ্যপপু য়েংঙইনন কোয়থুন খুরুমজরম্নগ চংচনীঙই।

মাতলি— ওম্থোক্ল ফব থবক্তি মহারাজ। (কুম্নকপগী মরোঙ উৎলগ) ঈপু ঈনাই য়ৌন কুম্নক্লে।

রাজা— ( অঙকপগ লোয়নন ) মাতলি !

লৈমায় শোক্তব মবম্ন মখোল থোক্তে কাংখোঙসে
লৈরীকস্থু পক্তে দোলাইসে চোংদে থক থক লাউনস্থু
কুম্নক্তবদি নক্তে কুম্নক্লে কুম্মে হায়বদি মখঙদে ॥১০॥

মাতলি— দেবরাজগী অমস্থং মহারাজগী দোলাইগী থোইদোক হেন্দোকপবু অসিনিদন মহাবাজ!

রাজা— ভগবান্ কশ্যপকী আশ্রমবু কদায়দনে মাতলি!

মাতলি— ( খুৎ থিন্দুন তাক্লগ ) মীৎয়েং তাবিসি—

মশা তঙ্খায় অমবু লৈশৌ লৈবাক্ল কৃপখ্রব,
লিনগী মকুবু অতোপ্প লুগুন ওইন থাংলিব,
মখৌরি-য়েৎখিব উরীন কংলথুন লৈরিব
উচেক মত্থম শারিব— জটান লেংপাক্ত য়ৈরিব
মশা শানখ্রব উপোপকুম লেঙদন মুনি অসিন
মুমিৎ পাংন য়েংথুন লৈরিব মফম অসিনি ॥১১॥

রাজা— (য়েংলগ) তপস্যাগী অরাব থাঙলিব মুনিদেববু খুরুমজরি।

মাতলি— (শগোল চুপ্লি ফারগ) ঐখোয় প্রজাপতি কশ্যপকী আশ্রম য়োরক্লে। মফম অসিদ হৌরিব মন্দার* পাম্বী অসি অদিতিদেবী মশামক্ত মপুঙ মরৈ ফাহনখিবনি।

রাজা— অঙকপনি। মফম অসি স্বর্গমক্তদগী স্নু হেন্ন নুংঙাইরব মফম্নি। ঐহাক্তি অমৃতগী ঈপাক্ত ঈরুজবগুম্লে।

মাতলি— (দোলাই থাম্লগ) লেঙথবিরসি আয়ুষ্মন।

রাজা— (কুমথরগ) দেবরাজগী সারথিদি করম্ন তৌবিব তারিবগে?

মাতলি— হায়নরগ লোইরব দোলাইনি; অদুন ঐহাকস্ন কুমজগনি। (কুম্লগ) আয়ুষ্মন্! অসোমদ লেঙবিরকসি, ঈকাইখুম্নফম থোকপ মুনিশিংগী তপোবনগী লমদমশিং অসি মিৎয়েং তাবিয়ু।

রাজা— (অঙকপগ লোয়নন) অনীমকপু য়েংজরিবনি।
কল্পবৃক্ষ মখোঙদবু নুংশিৎ চাদুন হিংবতম্নি
সনাগী থম্বালগী লৈরিক্ল—ঙাংলব ঈশিংন ঈরুবি.
মণিগী নুঙন শারব যুমদ লৈবগবু লাইনিংলি
অপ্সরাগী নাক্তবু লৈরি পূক্লীঙ চোইদন,
মুনি অতৈন লাইনিংন মফম অসিবু ফংনিংই;
অসিগুম্ব মফমদ লৈরগ মুনিশিং অসিন লাইনিংলি ॥১২॥

মাতলি— মহাপুরুষশিং অসিগী আশাদি অম্সুম অম্সুম থক্ত কাখৎ-খিবনি। (খোঙ থাংলগ আকাশদ) বৃদ্ধশাকল্য! ভগবান্ কশ্যপপু হৌজিক করি তৌবিরিবগে? (তারগ) তাকপি-রিবদুবু করিনো? "অদিতিদেবীন সন্তানশিংগী ধর্ম্মগী মরমদ হংজরুবদ মুনিপত্নীশিংগ লোয়নবব অদিতিদ মহাক্ল—সতী-শিংন চৎকদব ধর্ম্মগী রারম তাকপিরি" অদুনদি ঐখোয়ন হঙ্গৎচনিংব রাফম অসিদি তাঞ্জা য়েংব তারে। (মহারাজবু য়েংলগ) অয়ুষ্মন্!

---

* মন্দারবৃক্ষ স্বর্গগি পারিজাৎকুম্ব উপাম্বীনি।

ইন্দ্রগুরু কশ্যপকী চরণদ মহারাজগী পাউ অসি হঙ্গৎচরুখিগে, এন হল্লকাত্রব ফাওবদংদি অশোকবৃক্ষগী মরুম অসিদ মতম খবদং লেংশিনবিরমসি।

রাজা— য়াম্ন ফৈ মাতলি! ( মাতলি চঙ্খি মহারাজস্ম ফমখি )।
( অফব লক্ষণগী মরোং উৎলগ )

ফংনিংবত্ ফংজগনি　　নীভদ্রে ঐদি হৌজিক্তি
পাম্বোম! নত্তন করিগী　　অবেম্বদ চোংলিবগে?
রাওইহৌদব অফব—　　থবক হল্লকই মমৈদ
　　অরাব মশক ওইতুন॥ ১৩॥

নেপথ্যদ— তুগৎ তুখৎকন্নু অমদস্মু অত্তুমতায়, অমদস্মু অত্তমতায়; নঙগী নহৌশা ওইন ৎৌইনে।

রাজা— মফম অসিদবু কনান অকায়ব থবক তৌরমগদগে? অত্তুবু কনাবুনো খাম্লিবদি? খোস্থাং মতুঙইন্না য়েংশিনখিবদ উরকুন ( ইতুরু ভরু ) লাইনিংবী অসিন থৎলিব অঙাং অসি কনানো? মসিগী মপাঙ্গলস্মু চুয়গী নত্তেসে।

মসিন ওৎ-নৈবদ　　মশোং ঈফা ফারব,
মমাগী মথোম য়ৌনবু—　　তঙ্খাযদমক থকখিব,
নোংশা মচা অসিবু　　শান্নগে চিংলি মখুৎন॥ ১৪॥

( অত্তুদগী অঙাং নিপামচা অমখক, নোংশামচা অম চিংল চিংলতুন লাইনিংবী অনীগ লোয়নন চঙলকই )।

অঙাং নিপামচা— নোংশা মচা! নয়া কাথোকউ হায়, নয়া মশীং থীবিগে।

অহানবী তাপসী—হায়! অঙাং লমহেনব! করিগীনো নঙন ঐখোয়গী ঈচাগুম্ব জীবশিং অসিবু ওৎলিবসিবো? নঙ অসি লমদি

ফন নীংথিন মহেল্লেকো; ঋষিশিংন নমীং "সর্বদমন" কৌবসি চপ হেক চাই।

রাজা— ঐন অঙাংসিবু ইচামক্ক মান্নন মুংশিকবিবসি করিননো? ( রাখল ত্তৌবগ ) ঈচা লৈজদবসিমক্তুন ঐবু মুংশিহনব ওইরমাল্লে।

অনীশুবী তাপসী— অঙাং। নোংশা মচাসিবু থাদোকপ্রো, নত্রবদি মপী লাক্তুন নওবু লাক্কব ত্তারে।

অঙাং—( মোমোন নোক্তুন ) ইঃ কিবে হায! (মচিনবান পেথোকই)

রাজা— ( অঙকপগ লোযনন )

মতমচান শীঙ হাপ্লগ মৈবীরু মৈজাউ ওনবগুম্ন
শিক্ষা নীংথিন ফংলগ মতীক মগুণ চেল্লগনি ॥ ১৫ ॥

১বী তাপসী—ইবুংঙো ! শান্নপোৎ অমগ পীগে, নোংশা মচা থাদোক্লো।

নিপামচা—কদায় পীবো! (মখুৎ ত্তিংথোক্লকই )

রাজা— ( নিপামচা অত্তগী মখুৎ য়েংলগ ) রাজচক্রবর্ত্তীগী লক্ষণস্ত পক্লি !

অমম অঙান শিন্নব— মতমদ পোমশাৎনবিব;
লৈকাশিংগী মবক্ত হোরিবত্থু উত্রিব
পোমশাৎনব থম্বালগুম পামজব পোৎশক নিবদ—
তিংথোক্লক্লিব মখুৎসে লন্দ্রব খুৎশান নীংথিরি ॥১৬॥

২বী তাপসী—সুব্রতা! থাদোক্লম্মো, থেমত্তুন য়াব অঙাং নত্তে মদো চৎলে, ঐগী থাংপোক্ত ঋষিকুমার সঙ্কোচন, মচু মখল মখলন শংলব লৈপাক্ক শাব রাহোং অম লৈবনি; মহু পুরক্তুন অঙা অসিদ পীয়ু।

১বী তাপসী—ফরে। ( অসি হায়ত্তুন থোকখিব )।

নিপামচা— পুরকত্রিফাওবদি অসিন অম্ম শান্নখিগনি।

তাপসী— ( য়েংলগ নোক্ল নোক্ল ) ঈবুংঙো ! থাদোক্লোনে অদুবো।

রাজা- লাক্লথিরব অঙাং অসি ওস্তোক্ল মন্নুংশিংখ্রে। (নুংশা মপী হোন্দোক্লগ )

মথোং খঙদব মীনোক্ল　　ময়া য়াতোন উরিব
ময়েকশেংদব মখোয়গী　　মরাইহেন পূক্নীঙ হুরিব ;
মপা ওইবগী তম্পাক্ত　　কাখৎচগে নীংলিব,—
অঙ্গগুম্ব মচাবু　　পমজরুবদ য়াউরব—
মখোয় অদুনি তাইবদে　　পুণ্যচেনব নিপাদি ॥ ১৭ ॥

তাপসী— (খুদোনবী উত্তুন) হায়। অঙাং নঙ থাদোকত্রেদনকো ?
(নাকল্লোমদ য়েংথোক্লগ) ঋষিকুমার কন কনা লৈবগে ?
(মহারাজ উরগা) লেংশিনবিরকসি মহাশয় ! খুৎপায় চেৎলব অঙাং অসিন চিংবগ ঈনবগা তৌবদ মশা চোকথরব নোংশা মচা অসিবু অঙাং অসিগী মথুত্তগী মহাশয় থর মুনবিরম্মুগব !

রাজা — তৌজগে ( অসি হায়তুন মনাক্ত চঙশিল্লগ মোমোন নোক্লগ) হে ঋষিকুমার !

কৃষ্ণসর্প* মচান　　চন্দন পাম্বীবু চেস্থহনবগুম.
আশ্রমগী অকায়ব লমচৎন　　সত্ত্বগুণন লৈত্রেব—
ইন্দ্রিয় খুতুম চল্লব—　　তপোকপ ঋষিবু নহাক্নী
চেস্থহল্লিবদি নহাক্ল　　করিগীনো ঈবুংঙো ॥ ১৮ ।

তাপসী— মহাশয় ! নিপামচা অসি ঋষিকুমার নত্তে।

রাজা— শকফমগী মতীকচাব থোরোঙ অসিন ঋষিকুমার নত্তে হায়বদি মত্তাকই. অদুবু লমদম অসিগী খন্দুন হায়জ-বদনি। ( তাপসীন হায়জব মতুং ইন্ন নোংশামচা অদুবু থাদোকপিরগ অঙাং অদুগ শাথেংনরগ মথন্দ )

---

* পুন্নমক্তগী হেন্ন মহু কল্লব লিনবু কৃষ্ণসর্প কৌই, অমুব লিনবু নত্তে।

কনাগুম্বগী বংশগী চোংখৎলকপদ ঙায়রিব—
মতোনগুম্ব অঙাংগ শাথেংনরগ ঐহাক্ত
অস্মুক নুংঙাইরবদি মহাক অসিবু পোকচব—
পুণ্য চেনব অহুন নুংঙাইবমগনি কয়ামুক ॥ ১৯ ॥

তাপসী— ( অনীমকপু য়েংলগ ) অঙকপনি। অঙকপনি।

রাজা— আর্য্যে ! করম্ন ?

তাপসী— মহাশয়গ অঙাং অসিগ মবীদি লৈনদে হায়রবু অনীমক্কী শকমান্নবসি উবগ ডকচব'নি, অমন অস্মুক লমহেনব অঙাং অসিন ইখাউ খঙনদব মহাশয়গী রাহৈ অমত্তুন ছু-হেক হনখিবসিস্ত ঙরুবগী মরম অমনি।

রাজা— ( নিপামচা অহুবু নাল্লগ ) আর্য্যে ! ঋষিকুমার নত্রবদি বংশগী মমীং লৌহুন থোনব—অঙাং অসিগী মমী'দি করি কৌবগে ?

তাপসী— পৌরব কৌই।

রাজা— ( মহন্দ ) তাপসী অসিন নিপাপচা অসিবু ঐগ শক মান্নৈ হায়ন খল্লিবসিদি বংশ তিন্নবসিননি। (ফোংন) পুন্সগী অরোইব মতাঙদ পৌরবশিংগী অসিগুম্ব কুলব্রত অমস্যু লৈরি। মহুদি—

লৈপাক ঙাক্কবগীদমক শুমুন পুমঙৌ ভৌরব--
দলান্দ লৈব পামজবন্ধ পাখং ওইরকপ মতমদ—
অহুগুম্ব পৌরবশিং অহুন পুন্সিগী অরোইব মতমদ
উংখাংন ময়ুম ওইহুন মুনিগী নিয়ম ঙাক্লিবনি ॥২০॥

অহুবু মফম অসিদ মর্ত্ত্যবাসী ( মী ) শিংন তরাই তরাইন য়ৌরকপসিবু করম্ন ঙক্ষম থোকপগে ?

তাপসী—মহাশয় ! তাকপিরিবদ্ধ থাঙ্গেশেংবনি, অদ্বুব্ অঙাং অসিগী মমান অপ্সরাগ মরী লৈনবদগী মফম অসিদ মমীৎ মমায় পাঙজরবদনি ।

রাজা— (মথন্দ) উন ! রাহৈ অসিন অনীশুব আশা অমস্থ পোকই ।
( ফোংন ) মহাক্তি করম্ব রাজর্ষিগী ভালোয়নো ?

তাপসী—মশাগী ধর্ম্মপত্নীব্ ঈরায় লায়ন ছন্দোকপ ঙম্ব নিপা অহগী মমীং মথাব্ কনান পঞ্জুরুগদগে ?

রাজা— ( মথন্দ ) হিঃ করিনে ? রাতা অসিদি ঐঙোন্দদুম ভাবেন । অহাং অসিগী মমা মমীংব্ হংসির ? ( ঙহাক থল্লগ ) অতোপ্প নুপীগী মবম হংবসিদি কয়া ফজদে ।

তাপসী—( লৈবাক্কী রাহোঙ পায়দুন চঙলক্লগ ) সর্বদমন ! য়েংঙ, শকুন্ত লাবসিন ফজবিবসে ।

নিপামচা—ঈমা ! ঈমা । ( তাপসী অনীন নোকই )

১বী তাপসী—মীং মান্নবমক্তন মমা নীঙলব অঙাং'সিন মমা থিরক্লেদোসে ।

২বী তাপসী—রাহোঙ লাব অসিন ফজরিবসি য়েঙভ্, হায়বনিনে ।

রাজা— নিপামচা অসিগী মমা মমীংব্ শকুন্তলা কৌরব ? মীংমান্নবস্থ মরৈকো ! ঈখোলাংব মীগী মফমদ নুংশা তরংন ভৌবগুম্ন শকুন্তলা হায়ব মীখে অসিন এগী অরাব পোকহল্লে ।

নিপামচা— ঈচে ! ফজরব রাহোঙ অসি ঐ পাম্মি ।
( অসি হায়রগ রাহোঙ অদু লৌই ) ।

---

*শকুন্ত—উচেক ।

১বী তাপসী—( য়েংলগ ঈফিং ফিংন ) হাইমা। মখুদাংদ রক্ষাসূত্র* য়াঙদ্রে !

বাজা— ফি'বিগন্নু আয্যো ! নোংশাগ লাক্কবত্তুদ তাহৌর-মাল্লেসে ! ( খুনগে ভৌই )।

তাপসী অনী—বক্ষাসূত্র অদু শোকপিগন্নু। (য়েংলগা শোকখ্রেদো ! ( মহৈ মহৈ ভক্কুন থবাক য়ৈত্তুন য়েংনৈ )।

রাজা— এবু খাম্বিববু করিগীনো ?

১বী তাপসী—তাবিয়ু মহাশয় ! মসি অপবাজিতা কৌই, মশুণ লৈবব লাইগী মহৌষধিনি। মচানিপা অসিগী জাতকর্ম্মগী মতমদ ভগবান্ কশ্যপমুনিন পীনবিখিবনি। অসিন করি-গুম্ব লৈপাক তাখ্রবদি মপা, মমা অমস্তং মশামক নত্তন কনাগুম্বন শোক্লদে।

বাজা— শোক্লবদি ?

১বী তাপসী— অদু ভুইববদি লিন ওন্দুন চিকই।

বাজা মসি শোংদবব, থেংনবিগ্রবব ?

তাপসী অনী —অমুক্কুবু নত্তে হন্না হন্না।

রাজা— ( নুংঙাইবগ লোযনন মথন্দ ) অত্তুনদি ঐগী নীঙজব পূম্নমক থুংলে। নিপামচা অসি কোল্লরোইদ্র ? ( অসি হায়বগ নিপামচা অত্তুবু কোনখি )।

১বী তাপসী- সুব্রতা ! লাক্লো-লাউ, ব্রতগী নিয়ম ভাক্কুন লৈরিবী শকুন্তলাদ থোদোক অসি খঙহল্লসি। ( অসি হায়রগ অনীমক চৎখি )।

---

* বক্ষাসূত্র—লাই তিন চণ্ডদনবগীদমক অঙাংশিংগী মশাদ শিননব মক যাউব উবী মখল অমনি।

নিপামচা— ঐঙোন্দ পায়ন্থ ; ঈমাগী মনাক্ত চৎলগে।
রাজা— নমা নীঙবগুম্ন ঐবুস্ন নীঙঙ্ গব ঈপাগী ঈবুংঙো !
নিপামচা— ঐগী ঈপাদি ঙুমন্তনি, নঙ নত্তে।
রাজা— পাউখ্তম অসিন ঐবু থাজহল্লে।

( অতুদগী শমজী অমত পুল্লবী শকুন্তলা চঙলকই )

শকুন্তলা—( রাখল তৌন ) সর্বদমনগী রক্ষাসুত্র অসিন লৈপাক য়োঁর-বমক্তদ হান্নগী মশক মরোঙ হোংদে হায়ব পাউদি ফংলে হায়ববু ঐগী ইরাইবকমতাসিনদি থাবু থাজদে। অতুগ মিশ্রকেশীন ঐঙোন্দ তম্নব পাউ অতন থোক্লরমাল্লেস্ নীংই।

( অসি হায়তুন খোঙ থাংই )

রাজা— ( শকুন্তলা য়েংলগ অরা-মুংঙাই য়াম্নন ) এঃ শকুন্তলা অতুনিসে।

উফুল্ল তৈরব ফিজোলন যারোন্নতুন লৈরিবী,
অকনব নিয়ম ঙাকপন মায়থোং ময়েং তাববী—,
পুন্ন শমজি অমতং তরং তরং পুল্লিবী,—
লমচৎ নীঙথিবী নহাকসে তমথিরব ঐহাক
কায়নব মতমদ ঙাক্কদব ব্রতবু কুইন ঙাক্লক্লি ॥ ২১॥

শকুন্তলা—( নীংঙমদব রাখলন কুচু ওল্লব মহারাজবু উরগ রাখল তৌরগ ) উরিব নিপা অসিদি আর্যাপুত্রদি নত্তে ;মঙ্গল-গীদমক রক্ষাসুত্র শিরব ঈচানিপা অসিবু মশা শোক্তুন মাংথোকপিররিব অসিবু কনা ওইরিগদগে ?

নিপামচা—( মমাগী নাক্ত চঙলগ ) ঈমা ! ঐবু মচানি হায়তুন মুংশিন তরাম্ন কোল্লিব অসিবু কনানো ?

রাজা— মুংশিবী। নঙোন্দ ঐন চৎখিব লমচৎ তমখিবগী মশক ঙাক্তন্নি, অতুবু ঙসিদি অকবদতুম তাররে। মরম অসিন হৌক্তিক নঙন ঐবু অতুঙৈগীতুনি হায়বতুদদি খঙব পাম্মি।

শকুন্তলা— ( মথন্দ ) থম্মোয় ! নহাক তপথবে। । নোংদম্বন অরাব পম্মেং পীবগ হৌজিক্তি অশাউ' পুকচেল থাদোক্কুন ঐবু খৌজানবিরক্লে, ঈমাওদ লৈবিব নিপাসে অতৈ অম নংলমদ্রে, আর্য্যপুত্র অতুমক ওইরমলে।

রাজা— নুংশিবী ।

ঐগী অফব নোংদম লাক্লমাল্লে
অওকপ পুন্নমক কোকখরে
নীওশি'লক্লে নহাকপু
ঈমাওদ লেপ্পবে নীংথিবী নওস্থু
বাহুন লাকলুরব মতূওদ
থাগ। থেংনজবে বোহিণীন ।। ২২ ।।

শকুন্তলা— ( হরাউবগ লোয়নন ) আর্য্যপুত্রন জয় ওইরে, ( অসিগী তুংদ চবম ফূনখিতুন রাঙা' লেপ্লি )।

রাজা— জয় হায়ব খোন্তাংগী
খোক্লম ফুনখিতুনস্থ
ঐগী জর্যদি মশোয়দ্রে।
তৈজ—নাঞ্জব লৈতবন
ওৌরুনব চিনবাম্ন তিল্লব
নওগী মায়থোং উজরে ।। ২৩ ।।

নিপামচা— ঈমা ! কনানোনে অসিবে। ?

শকুন্তলা— ঐওোন্দ নত্তে নবাইবক্ত হংউ।

রাজা— ঐন নওবু লৎনখি নুংঙাইতব অতুগী
নপুক্লীওদ য়োকনু মতম অতুদ ঐহাক্তি
কাউথোকলুই নহাকপু অওকপগী মখা পোনবগীদি
ফগাদব মবম কয়াদ অসিগুম্বসি থোকল্লি।

মীত্তাংবগী মকোক্ত লৈরাং পরেং তূকলুবদ
লিননি হায়ন খন্দুন তরাই তরাই লংথোকই ॥২৪॥

( অসি হায়তুন শকুন্তলাগী মখোঙদ তুই )

শকুন্তলা— লেঙখৎপিবে। আর্য্যপুত্র ! ঐন নহালমক্কী মপোক্ত তৌজরকপ পাপকী ফলন মুমিং শীঙবুম কয়ানিমুক অসি অরাব পীগে লাকুরম্মাল্লে। অতুননি মীমুংশি অতুক খঙলব আর্য্যপুত্রন ঐঙোন্দ অস্তক তমথীব ওইখ্রিব'সে।

( রাজা হৌগংলি )।

লাইবক চাউবী ননাইবু আর্য্যপুত্রন কবম তৌন নীংশিং-বিরকপগে ?

রাজা - থম্মোয়মুংদগী অরাব নাশোল শৎলগ হায়জগে নীংথিবী।
নচীনবানদ তাবদ নচীনবানবু ব্রাহনব
পিরাং অতুবু নহাক্কী থৌওইন তৌখিদে অতুডৈ
ঙসিদি নঙগী খোইতকপ পাদ পকপ পিরাংবু
তৈথোকচতুন ঐহাক্ক নীঙঙমদব কোকচগে ॥২৫॥

( অসি হায়তুন পি তৈথোকই )

শকুন্তলা— ( অতুদগী খুদোপ উবকই ) আয্যপুত্র ! মমাংডৈগী খুদোপ অতু নত্র অসিবে ?

রাজা - মানি অঙকপ মফমদগী ফংলক্লবনি. মসিগী মপান্ন নঙবু নীঙশিংলকপনি।

শকুন্তলা— মসিন তৌখ্রিব থবকসি ওন্ন তৈনবনি। আর্য্যপুত্রন থাজবিনবগীদমক উৎচগে হায়ন মারুবদদি লৈরমদে।

রাজা— অতুদি বসন্তঋতুগী উরী ওইরব নথুৎ অসিদ লৈরাং খুদোপ অসি শাৎলসনু।

শকুন্তলা— ঐন মসিবু থাজব ঙমদে আর্য্যপুত্রন অস্তুম মথোনবিয়ু।

( মতুংদ মাতলি চঙলকই )

মাতলি— মহারাজগী অফব নোংদম্ম ধর্ম্মপত্নীগ ৎেংনবীররে, নচা ঈবুংঙোগী নীঙথিব চেংলোম্সু উবিররে, অফবঙাক থোক্লরে।

রাজা— হন্দক ঐন নীঙজব থুংলবসিদি মরূপ মপাংশিংগী মপান্দগী ওইবনি, ফবগী মথক্ত অমুকস্ম ফববনি। দেব-রাজদি খঙবিরিরোই মাতলি!

মাতলি— ( মোমোন তৌরগ ) মশাদ ঐশ্বর্য্য পক্লবশিংনবু খঙদব করি লৈবগে? লেঙশিনবিরকউ, ভগবান্ কশ্যপন মহা-রাজবু উবিনিংলিমাল্লে!

রাজা— মুংশিবী' নচা নথাদ কোনশিল্ল, নহাকপু ঈমাঙথাহ্নন পুন্নগ ভগবান্ কশ্যপপু দর্শন তৌনিংই।

শকুন্তলা— গুরুজনশিংগী মাঙদ আয্যপুত্রগ চৎমিন্নবদি হঙোইজৈ।

রাজা— হঙোইরুম্ম ঈবেম্ম! মপানফরিবৈদদি মসি তৌগদবমক্কী, থীল্লে চৎসি। ( অসি হায়রগ পুন্নমক খোঙ থাংই অহ্নদগী অদিতিগ লোয়নন আসনদ মারীচ ফম্মই )

মারীচ— ( রাজাবু য়েংলগ ) ঈবেম্ম দক্ষপুত্রি!

নপারি সোরারেনগী লানফমদ
লানজিন্থংন মরেপ্প,
দুষ্মন্ত হায়ব মমীংন
লৈপাক ফাওন খঙলিব,
মর্ত্ত্যলোক্কী নিংথৌনি'সে।
ঃসিগী লীরুংন বক্লগী
মহুৎ শিন্ন য়েরুব ঙাক্লে।
ইন্দ্রগী থৌরব বক্লন
লৈতেংগীদমক্ত মওইগ্রে ॥ ২৬ ॥

অদিতি— ঊরিব শকফম অসিন মতীক-মঙণ লৈবদি শোয়রোই!

মাতলি— আয়ুষ্মন্ ! লাইশিংগী অপোকপ অপোকপী অনীন মহাবাজবু মুংশিন মীৎয়েংন য়েংবিরি। অতুন শুক অনীগী নাক্ত লেঙশিনবিয়ু।

বাজা　　　মখোয় অনীবু মুনিশিংন
　　　　　আদিত্য মখল তবানিথোইগী
　　　　　অপোকপনি হায়নব,
　　　　　মবোল অহুমবু শেল্লিব
　　　　　লাইনিংথোবু পোকপিব,
　　　　　ব্রহ্মাগী মপু নাবাযণন
　　　　　শকলোন, থোক্নে হায়বগী
　　　　　মখোয় অনীগী আশ্রয লৌখিব,
　　　　　দক্ষ মবীচিদগী পোকখিব
　　　　　ব্রহ্মাদগী মীবোল অমতন
　　　　　মখল্লিব অনী অদু অসিব ? ॥ ২৭ ॥

মাতলি— মানি মহারাজ !

বাজা— ( খুকমজবগ ) ইন্দ্রগী মনাইনিপা দুষ্মন্তন শুক অনীবু খুকমজরি।

মারীচ— বৎস ! পুন্সিতোলোইন লৈবাক ঙাকচখো।

অদিতি— লানব লৈতব ওইয়ু।

( শকুন্তলান কশ্যপ অমস্তুং অদিতিগী মখোওদ খুকমই )

মারীচ— নপুরোইবন ইন্দ্রগুম্নে - জয়ন্তগুম্নে নচানিপান। নঙোন্দ পীনিঙাই আশীর্বাদ কবিস্ন লৈতে ঈবেম্ম। ইন্দ্রগী তালোয় শচীগুম লাইবকফবী ওইজরো।

অদিতি— ঈবেম্ম ! নপুরোইবন লুন নীঙবিসন্নু. নচানিপা অসিন পুন্সি তোলোইহুন পিতৃকুল, মাতৃকুল অনীমকপু লৈতেংবিরসন্নু। লাও ফম্লোলাও।

( পুন্নমক, কশ্যপ-অমস্তুং অদিতিগী নাকল অনিদ ফমখি )

কশ্যপ— ( অমমম ওইন খুংন থিন্দুনু )
শকুন্তলা সতীনে মীথোই মীহেনব মচানে—
মহারাজনে অভুম্মক পুল্লপ পুল্লরে,
নরাইবক্তি ফমাল্লে।
মবূম অসিন শ্রদ্ধানে
লননে বিধিনে* অভুম্মক
পুল্লপ ওইন তিল্লবনি ।। ২৯ ।।

রাজা— ভগবন্ ! নীঙজব থুংবন হানখ্রে, নখোয়গী দর্শনন কোনখ্রে। অঙকপ নখোয়গী থৌজালনি।
মপান্ন হানব মহৈন কোনব
মংবন হানব চুবন কোনব
তাইবংপানগী নিয়মনি।
নহাক্কী থৌজান্দগীনি
হানখরে কান্নজবন ।। ৩০ ।।

মাতলি— আয়ুষ্মন্ ! বিশ্বগুরু হায়বসিদি অসুম তৌন থৌজানবিব হৌনৈ।

রাজা— ভগবন্ ! ননাই ঐন গুরুদেবখোয় খ্বাইগী ননাই ওইজবী শকুন্তলাবু গান্ধর্ববিবাহগী বিধি মতুংইন্ন লৌজখ্রব মতম খরদংগী মতুঙদ মবুং মপুন্নাশিংন ইনাক তান্ন পুবিরক্লবী শকুন্তলাবু পুমকাউ কাউখিজুন লৎনখি। মরম অতুন মুনিদেবগী বংশদ পোক্লব কণ্বগী মফমদ ঐদি ওস্থোক্ল লাঙজরবনি ! মতুঙদ খুদোপ অসি উজব মুমিন্তগী নীংশিং-জরকপনি, অঙকপনি।

---

* শ্রদ্ধা – শাস্ত্রন তাকপ মরমদ চেৎন থাজব।
* বিধি - থবক মতৌ অসুম্ন তৌগদবনি হায়ন তাকপ রাহৈ।

শামু খোঙ্গুন উবগ শামু চৎখি খঙনবগুম
খুদাপ অসি উরগ ননাইবু নীঙশিংজরকই ॥৩১॥

মারীচ— বৎস ! নশাবু অবানবনিখক শল্লুগন্নু, কাউবস্তু য়াই। তাও !

রাজা। তাকপিসি।

মারীচ — নহাক্ক শকুন্তলাবু লৌশিনবিদ্রবদ তৌকম খঙদ্রবা মহাকপু শচীতীর্থদগী পুত্থুন অদিতিগী নাক্ত য়ৌবকপ মতমদ ঐহাক্ক ধ্যান তৌত্থুন য়েংবদ রাজরবা শকুন্তলাবু মহাক্ক লোয়নন ধর্ম্ম তৌগদৌরিব নহাক্ক লৌশিনবিদবদি দুর্বাসাগী শাপ-তননি, শাপ অদুস্থু খুদোপ মশক উদ্রিফাওবতনি হায়ব খঙথ্রবনি।

রাজা— ( স্বর চনিতান হোন্থবগ মথন্দ ) মরম লৈতন ঙম্মি হায়বদগী শকুন্তলাবু থাদোকখিবনি হায়ব মীনোক অদুদদি কোকচবে।

শকুন্তলা— ( মথন্দ ) আয্যপুত্রন মরম লৈতন ঐবু লৌশিনবিদব নংলমদব অসিদি ঐগী ঈবাইবক ফবনি। মুনিগী শাপননি হায়বদি ঈশাদি খঙবু শংখিদে। অমরোমদ হায়রগ আর্য্যপুত্রগী রাখনদ লুপ্তুন লৈরিঙৈ মতমদ মুনিগী মীচৈ অদু ঐন তাখিবমদবস্থু ওইব য়াই। মবমদি "রাজর্ষি অত্থুন করিগুম্ব নীংশিংবিবমদ্রবদি খুদোপ অসি উৎকদবনি" হায়ন সখীশিংন ঐঙোন্দ চেকশিন্ন তাকপি।

মারীচ— ( শকুন্তলা য়েংলগ ) ঈবেম্ম। থৌদোক অসি লোইন খঙলেদন, অত্থুন নবুঙোগী মফমদ শাউরুরগন্নু। য়েংউ —

মুনিগী শাপন কাউথ্রব
তমথিব ওইথ্রব নবুঙোন
লৎনখিবান নহাকপু
হৌজিক্তি মহাক অসিন
ন ঙশিংলক্রে পূম্নমক।

মপুরোইবগী মফমদগী
ফংজফম থোকপন্থ নুপীগী
ফংজরগনি নহাক্ত।
অমোংপ মীংশেন্দদি কদৌঙৈ-
ত্তাব হৌনদে মমীন
মকত্রব মীংশেন্দদ তাবনি ॥ ৩২ ॥

মারীচ— বৎস ! নিপামচা অসিগী জাতকর্ম্মনচিংব থৌরম পুম্নমক ঐন শাস্ত্রগী বিধি কায়দন পাংথোকখ্রবনি। অহুন শকুন্তলাগী মচানিপা অসিবু ৎবাম তরাম ত্তৌবিরেদনকে ?

রাজা— ভগবন্ ! মহাক অসিন ঐগী বংশ রক্ষা ওইগদৌরিবনি।
( অসি হায়রগ নিপামচা অহুবু মথুৎন পায় )

মারীচ— বাজচক্রবর্ত্তী ওইরক্কদব অভাংনি খংউ।

য়েংউ— নচানিপা অসিন মহাক্ত লানবা লৈত্রন

চোংদব দোলাইদ ত্তোংহুন সমুদ্রবু লাল্লগ
পৃথিবী দ্বীপ তরেংপু জয় ত্তৌরখিগনি।
আশ্রম অসিগী জীববু ৎৎপ-নৈব মবম্ন
কৌনরে সর্ব্বদমন হায়দুন।
মীবু য়োকপিরগদবন
ভরত হায়নস্ন কৌনরি ॥ ৩৩ ॥

রাজা— শক্তি চাউব মুনিদেবন জাতকর্ম্মনচিংব সংস্কার ত্তৌবিখ্রব অভাং অসিদ পুম্নমক আশা ত্তৌজরি।

অদিতি— কণ্বগী মফমদ মচানুপীগী মুংভাইজরব পাউ অসি পীখিব চুমই ; মেনকাবুদি ঈনাক্ত সেবা ত্তৌদুন মরৈবে।

শকুন্তলা— ( মথন্দ ) ভগবতী অদিতিদেবীন ত্তাকপিবিবসি ঐস্ন খল্লম্বনি।

মারীচ— ঈকাই খুম্নফম ওইব কণ্বদি তপকী শক্তিন পুম্নমক অসি খঙলিবনি।

রাজা— ময়াম অসিমক্তন মহর্ষিকণ্বন ঐগী ঈথক্ত থোইদোক্ল ল্পারৌবিদবনি।

মারীচ— অতুমকপু মচানিপাগ লোয়নন শকুন্তলাবু মপুরোইবন লৌশিনবিরে হায়ব মুংঙাইব পাউ অসিমদি মপা ওইব কণ্বদ খঙহনশিব চুমই। কনা কনা লৈবগে ?

শিষ্য— ( চঙলক্লগ ) ভগবন ! ত্রাকপিসি।

মারীচ— বৎস গালব ! ঐগী য়াথং মতুংইন্না হৌজিকমক আকাশগী লম্বীদ চৎখো। কণ্বমুনিদ "শকুন্তলাগী শাপ কোক্লহুন মহাকপু মপুরোইবন নাঁঙশিংলক্তুন মচানিপাগ লোয়নন লৌশিনবিরে" হায়ব মুংঙাইব পাউ অসি অতুক খঙহল্লু।

শিষ্য- য়াম্ন ফগনি গুরুদেব ! ( অসি হায়রগ চৎখি )

মারীচ— ( মহারাজদ ) বৎস ! নহাকস্তু অঙাংনুবীগ লোয়নন ইন্দ্রগী রথ তোংদুন হল্লো।

রাজা— ( খুরুমজবগ ) যাম্ন ফগনি ভগবন !

মারীচ— ইন্দ্রন নঙগী প্রজাগী　　অফব নোংজু পীসনু,<br>
মপুং ফারব যজ্ঞন　　নঙনস্তু পেলহল্লু ইন্দ্রবু।<br>
স্বর্গ মর্ত্ত্য অনীমক　　অমগী মতেঙ অমন পাং<br>
কুমজা কুমজা থুদীওমক　　অফবঙাক্ত থোকসনু ॥৩৪॥

রাজা— ভগবন ! ঙস্নমখৈ য়াইফনব হোৎনজগে।

মারীচ— বৎস ! অসিদগী হেনব করম্ন পেম্নব খুদোল অম তৌসিগে ?

রাজা— অসিদগী হেনব করম্ন অম লৈগদগে। অদুমকপু অসিমদি ওইসনু।

# ভরতকী ৱাহৈ

হোৎনবিসন্নু নিংথৌন ফননব প্রজাগী,
মহাক্কী মতীক মগুণস্থ বেদন থাগৎচরিব—
সংস্কৃত কৌব ভাষাবু, পূম্নমক্ক থাদোক্তসন্নু।
শক্তি মপূঙ ফাবব— স্বয়ম্ভু মহাদেবন
ঐগীস্থ অমুক হন্ন পোকপবু পীবিদব ওইসন্নু ।। ৩৫ ।।

( পূম্নমক থোকখি )

**যবনিকা পতন**

# কালিদাসকী ৱারী

কালিদাস পৃথিবী শীন্ন ফাওব মহাকবি অমনি। অদুবু অৱাবদি মহাক্কী জীবন চরিত্রগী মরমদ ওসি ফাওব চপচান খঙনবগী করিগুম্ব উপায় অমত থেংনদ্রি। মহাক অসি উজ্জয়িনীগী মহারাজ বিক্রমাদিত্যগী নবরত্নসভাগী অথোইব রত্ন অম ওইরম্মী হায়বসিমদি পুম্নমক্ক খঙনরবনি;

ধন্বন্তরিঃ ক্ষপণকামরসিংহ শঙ্কু বেতালভট্ট ঘটকর্পর কালিদাসাঃ।
খ্যাতো বরাহমিহিরো নৃপতেঃ সভায়াং রত্নানিবৈ বররুচির্নব বিক্রমস্য ॥

মহারাজ বিক্রমাদিত্যগী নবরত্নসভাগী রত্ন মাপন—ধন্বন্তরি, ক্ষপণক, অমরসিংহ, শঙ্কু, বেতালভট্ট, ঘটকর্পর, কালিদাস, বরাহ-মিহির, বররুচি অসিনি।

মহারাজ বিক্রমাদিত্যন রত্ন মাপনসিগ লোয়নন শাস্ত্রচর্চ্চা তৌজহুন মুওঙাইজরমম্বনি, অদুম্নদি ওইদুনসু পুরক্নীংগী থাঙ্গৈশেংন পেনবদি মহাকবি অসিগী সরস কবিতা তাবতননি। মহাক্কী মতমদি শকাব্দ ৫৫৬ গুবদনি হায়ন লৈপ্নে

"পঞ্চাশৎসু কলৌকালে যট্সু পঞ্চশতাসুচ।
সমাসু সমতীতাসু শকানামপি ভূভুজাম্॥"
শ্লোক অসি পুলকেশি শিলালিপিদ ইরম্বনি হায়রি।

মমাঙৈওদগী হৌন খ্বাইন ঙাংনরকপ ৱারী অম লৈ—শারদানন্দ কৌব নিংথৌগী মশক মতৌ নীংথিবী মহৈমশীংদ মাগুম্ব লৈতবী বিদ্যোত্তমা কৌবী কন্যা অমথক লৈরম্মি। মহাক্ক ৱাশকখি—"শাস্ত্রর্থ তৌনবদ মাবু মায়থিব পিব ওম্ব নিপা অদুগী ওকশমদ বর-মাল্য হুক্কনি।" মসি তারদুন পণ্ডিত কয়ান মাবু পানদুন শাস্ত্রার্থ তৌব লাকখি; মায়থিদুন পুম্নমক হনখি। মথোয় ময়াম্ন অসিগুম্ব

অম থম্নখি—"বিদ্যোত্তমা অসি পণ্ডত্রব নিপা অমগী মফমদ ৱাইথু-হনসি।" অদুন মখোযন অপণ্ডব নিপা থিব থোকখি।

নোংম নিপা পাখং অমন উগী অৱাংব মশা অমদ ফম্নগ মশা অদুমকপু ককলি, মদু উবদ পণ্ডিতশিং অদুন মসিগ মান্নব অপণ্ডব নিপা অম লৈত্রে খন্দুন মাবু উথক্তগা কৌথখি অমস্তু নঙ লুহোংনিংত্র হায়ন হঞ্চিরম্মি। মদু তাবদ অপণ্ডব নিপা অদুন হবাও হবাওন হোয় হোংনিংঙিঙ হায়ন খুমখি। মদু তাবদ পণ্ডিতশিংন মাবু ফিজেৎ লৈতেংবিদুন পণ্ডিত মালহনখি অমস্তু মঙোন্দ তাকখি—"নহাক ৱাজসভাদুদ ৱা অমত্ত ঙা গন্ত নখুংনশ নঙকনক (ইঙ্গিত) না খঙহন্নিংব পুম্নমক খঙহনব ঙম্নবদি বাজকন্যাবু ফংগনি" অস্তুম তৌন য়ানবদুন মখোয পুম্নমক লাকপন বাজসভা যৌথ্রে। অনৌব পাখং অদু উবগ মী পুম্নমক মাগী পবিচয় হংলকই। পণ্ডিতশিংন খুমখি—মসি মহামহোপাধ্যায়নি বিদ্যাসাগরনি। অচীকপদ ফমদুন শাস্ত্রচিন্তাদ তৌদুন লৈবনি, ৱাঙাংদবনি অমস্তুং ব্রহ্মচাবীনি। ইঙ্গিত তৌদুন পাউথুম পীগনি।

বিদ্যোত্তমান খুদোম্বা উংলদুন তাইবংপানব শেম্বাবসি অমণ্ডব অনিব হঞ্চি। অপণ্ডব পাখংন খনখি! ঐগী ঈমিং নাম মাগী খুদোম্বী অসিন কেখোক্কে হায়বনি। মসি খল্লদুন মান খুদোনবা অনি উংখি। মদু উবকপদ পণ্ডিতশিংন হায়বকই—তাইবংপানব শেম্বাবদি অনীনি প্রকৃতি অমস্তু পুরুষনি হায়বনি। ঐখোয়গী গুরুদেবন হায়বন চুম্মে হায়দুন জয়ধ্বনি তৌদুন ননহাদুন তৌবগী বিদ্যোত্তমা মশান মায়থিৱে হায়ন য়াখ্রে, অমস্তু অপণ্ডব নুপা অদুগ লুহোংখ্রে।

নোংম অহীংদ উদ্র লোপলকপ ... বিদ্যোত্তমান ...খোংগ্লিনরি কপিলো হঞ্চি। মতুদ অপণ্ডবনা তাযখি "উষ্ট্র" মতুদ নান কারি? হায়না উক্ত হংলকপদ অপণ্ডবনা অমক "উষ্ট্র" হায়না খুমখি।

মতুদদি বিদ্যোত্তমান নিপা অসিদি মহামূর্খনি খঙলদুন মাবু য়াম্ন শাথিন ভাংবিরে অমসুং ওৎলে নৈরক্লে। মতু খাঙব ভমব্রদুন কালিদাসন মসিগী মনাক্ত লৈত্রগ লোইরে হন্দুন মপান থোকখ্রে। খর চৎলগ শুক্রব বন অমগী মনুঙদ সিদ্ধপুরুষ অমন নীলসরস্বতীগী মন্ত্র জপ তৌদুন লৈরম্ব উই। মাগী নাকোংদ মন্ত্রগী ময়েক অদু হেক্ত চঙখিবদ কালিদাস দিব্যজ্ঞান ফংখি।

মতুংদ মোংফমদ অশিব মীগী মৎক্ত ফমদুন নীলসরস্বতীবু উপাসনা তৌখি। অকি অখং কয়া উংখি, অদু ওইরবসু মান করিসু নাচুংদন অহীংচুপ্প সাধনা তৌখি। অহীং মমৈ ওইরক্লবদ সরস্বতী দেবীন লেঙথোক্লকুন তাকপিরবে সরস্বতী কুণ্ডদগী ঈশিং খর পুরকউ। কালিদাসন সরস্বতী কুণ্ডদ ঈরুক্তরুরগ হম্বাল অনীদং হেক্লক্লগ দেবীদ কৎচখি। অদুদগী হওতৌদন মাগী মচীন্দ অঙকপ শৈরেং অম থোকখি। সরস্বতীন পেল্লদুন কালিদাসত বর নিয়ু হায়ন তাকপিখি। মহাক্ত মহাবিদ্যা পীবিয়ু হায়ন নিখি। সরস্বতীন মহাবিদ্যা পীবিরগ তাকপিখি—"ভসিদগী হৌন মতম পুম্নমক্ত নঙগী লৈয়েংদ ঐ লৈরগনি: নঙন উনিংব মতমদ ঐগী মূর্ত্তি অসি উজব ফংগনি"।

মতুঙদ কালিদাসকী অপঙব মতৌ পুম্নমক অদু মাঙহনগে হায়বগীদমক দেবীন মঙোন্দ সরস্বতী কুণ্ডগী ঈশিং পুরকউ তাকপি-খিবদুগী মতুংইন্ন কালিদাসন উনান দোনা শাদুন ঈশিং অদু পুরক্লগ দেবীদ কৎলে। দেবীন লৌবিরে ঈশিং অদু প্রসাদ ওইখ্রে। দেবীগী প্রসাদ অদু খর লৌরগ মহাক্কী মুপীগীদমক তঙ্খায় অম থমখি। দেবীগী প্রসাদ অদু লোইন লৌদবগী অপরাধন কালিদাস দিগ্‌বিজয়ী পণ্ডিত ওইরবসু কর্ণাট সম্রাটকী মুপীগী মফমদ মায়থিখি। কালিদাসন দেবীবু খুরুম্লগ হল্লকই লমখাংদ অরেম্ব প্রসাদ অদু ঘটকর্পর কৌব চকুশাব অমগী ময়ুমদ থনম্মি। মঙোন্দ কালিদাসন "মসিদ হু য়াওবনি কনা অমক্তন পীথকলুগনু।" মসি হায়বম্লগ কালিদাস মাগী মুপীগী

মনাক্ত চৎখ্রে। বিদ্যোত্তমা মপুবোইববু থিন হায়খিবগী মুংঙাইতবন পৌরোল লোল্দুন ঈমুংদ লৈরম্মী। কালিদাসন থোঙ থিল্লুন "অস্তি কশ্চিদ্ বিশেষ:" ( অরুব ব্রা অম লৈ ) থোঙ হাংদোকউ হায়রকই।

বিদ্যোত্তমান অপঙব মপুবোইবগী মচীন্দগী অশেঙব সংস্কৃত ভাষা অদু তাবদ ঙকখি, অদুমকপু পুক্নীংগী চিংনব কোক্লগে হায়দুন হায়বকই—হায়দোকখ্রিব রাহে অদুদ য়াওরিব পদশিং অদুগী অমমমগী মতেঙন বাক্য অমমম শেম্মু, অদু ওইবগ থোঙ হাংদোকে।

অদু তাবদ কালিদাসন "অস্তি" "কশ্চিৎ" "বাগ বিশেষ:" পদশিং অসিন রাহে শেমখি। মতুঙদ পদশিং অসিন হৌব কাব্য লেংগনি হায়খি। বিদ্যোত্তমান য়াম্ন হরাওদুন থোঙ হাংদোক্লগ মপুরোইবগী খোঙদ তুখি। কালিদাসন মান হায়ব মতুঙ ইম্ন অথোইব কাব্যশিং লেখি। ঘটকর্পরন ঈমুং মনুঙগ খৎনবদগী শিদোক্লগে থন্দুন কালিদাসন থমলম্ব ঈশিং অদু থকখি। ঘটকর্পর শিবদি লায়রদুন কালিদাসগুম্ব অফাওব পাণ্ডিত অমসুং কবি ওইখি। কা-লিদাসন লেংলম্ব কাব্যশিংগী মমীং—১। কুমারসম্ভব, ২। রঘুবংশ, ৩। মেঘদূত, ৪। পুষ্পবাণবিলাস, ৫। ঋতুসংহাব, ৬। শৃঙ্গার-রসাষ্টক, ৭। শৃঙ্গারতিলক, ৮। নলোদয়, ৯। দ্বাত্রিংশৎপুত্তলিকা, ১০। অভিজ্ঞান-শকুন্তলম্, ১১। মালবিকাগ্নিমিত্রম, ১২। বিক্র-মোর্বশী, ১৩। শ্রুতবোধ।

কাব্যগী মমুংদগী নাটকন অথোইবনি নাটকী মমুংদগী অভিজ্ঞান শকুন্তলম্‌ন হেল্লি। মসিগী মমুংদ চতুর্থ অঙ্কন হেল্লি। মসিগী মমুংদমু শ্লোক মরীখক্ অথোইবনি। ইতি—

লোইরব।

## তারুব শব্দ খরগী অর্থ

### অ

অধর্ম্ম—ধর্ম্মগী ওন্নব থবক।
অপ্সরা—লাইগী জগোয়শাবী।
অলক্তক—খোঙদ তৈনব অঙাঙব।
অরুণ—নুমিৎকী শাথোব।
অন্তরাত্মা—জীবাত্মা।

### আ

আয়ুষ্মন্—নিংথৌদ প্রজান কৌব মিঙ্গৌ।
আহুতি—মৈদ মন্ত্র শোন্দ্রন পোং কৎপ।
আর্য্যাপুত্র—অচৌ-অশাং ঈমুংগী নুপীন মপুরোইবদ কৌনব মিঙ্গৌ।
আর্য্যে—ঈকাই খুম্নফম ওইবী নুপীদ কৌব মিঙ্গৌ।
আশ্রয়—তুংনফম চঙজফম।

### উ

উৎকণ্ঠা—খোয়রাঙব।

### ঋ

ঋষিকুমার—ঋষিগী ব্রত নিয়ম তম্লব নিপা মচা।

### ক

কাম—অপাম মুংশি অমদি অপাম মুংশিগী লাই।
কঞ্চুকী—মগুণ লৈব, নিংথৌগী লৈমশিং কোনব অহল ওইব ব্রাহ্মণ।
কল্পলতা—লাইগী উরী মখল অম।
কৃষ্ণসর্প—পূম্নমক্তগী মহু হেনব লিন।

### গ

গর্ভগী সন্তান—মাগী মুপীগী পূক্ত লৈহৌব মচা।
গৃহিণী—য়ুমগী নুপী।

### চ

চক্রবাক—ঙানু থঙ্গোং।

### ছ

ছত্র - ছাটিন।

### জ

জ্যোতির্মণ্ডল —থয়াম্মিচাকী মপৈ।

### ত

তপস্যা - হকচাং য়ানবব ওইব শাস্ত্রন তাকপ থবক।
তাপস—লাইনিংব।

ড

ডুম—ঙা ফাতুন হিংব মী।

দ

দেবরাজসারথি—লাইনিংথৌ (সোরারেন) গী দোলাই থৌব নিপা।

দৌবারিক—থোঙশঙব মী।

দানব—হিংচাব।

ধ

ধার—মচা মশূনচিংব।

ধ্যান—ব্রাখন ভৌব।

ধর্ম্মপত্নী—ধর্ম্ম শাস্ত্রগী মতুঙ ইন্না লুহোংতুনা লৌব নুপী।

ন

নক্ষত্রমণ্ডল—থরাম্মিচাক্কী মপৈ।

নটি—জগোয় ঈশৈ ভৌবী নুপী।

নেপথ্য—লীলা য়াওবশিংগী ফি শেৎফম।

নিতম্ব—নীং।

প

পিতঃ—মচান মপাদ কৌব মিংঙৌ।

পৌরব—পুরু শাগৈদ পোকপ।

প্রতিহারী—নিংথৌ শেন্নব নুপী।

প্রধান নগর রক্ষক—কটরাল।

পৌরকার্য্য—কোম্লংমনুংগী থবক।

পিণ্ড—পিতৃশিংদ কৎননব চাক্ক-চিংবগী মতুম।

পিতৃশিং—ঈপা ঈপুশিং।

পিতামহ—ঈপা পোকপ ইবুধৌ।

প্রবহ—নোংমদোন নু শিং।

ম

মহাবাহু—অচৌবনিংথৌ।

মেঘাচ্ছন্ন—মাভোম্ন নোংমদোন খেৎপ দলান অমগী মমীং।

মন্দার—লাইগী উপাল মখল অম

মন্দাকিনী স্বর্গগী গঙ্গা।

মর্ত্ত্যভূমি - স্বর্গ অমসুং পাতাল অনীগী মবক্রলৈব মফম।

য

যজমান—লাইগী পূজা ভৌব মী।

র

রাজর্ষি ঋষিগুম্ব নিংথৌ।

রাজা—নিংথৌ।

রক্ষী—মীফা মীপুনব মী।

রাজকার্য্য—লৈপাক্কী থবক।

রাজচক্রবর্ত্তী নিংথৌরেল।

ল

লক্ষণ—খুদম, মরোঙ।

## ব

বড়বানল—সমুদ্রদ লৈব মৈ।

বিদূষক—ফাগী জগাই ভৌড়ন নিংথৌগী অৱাব কোক-হনব মী।

বিধাতা—নোংদম্ব

বেদি- যজ্ঞগী শেংদোক্লব মফম।

বিষ্কম্ভক—থক-খা শম্নহনব রাক্ষম

বৈতালিক—যাকাইরোল শকপ মী।

বামন—অবতার মখল অম।

## শ

শিষ্য—পড়ুৱান

শেঠ—শেঙ্গাওপায়ব।

শাস্ত্র—নীতিগী ধর্ম্মগী ৱায়েনব লাইরিক।

শ্যামাক—ফৌ মখল অম।

## স

সম্পত্তি—মচাক, মরল।

সত্বগুণ—গুণ মখল অম (গুণ অসিদগী মীওইবন অফব থবক্ত চঙশিনব ঙম্ব)

সূত্রধার—নাটকী মরোল শম্ন ফোঙব মী (সূত্রশকপ)

সারথি—দোলাই থৌব মী।

সেনাপতি—লান্মীগী মকোক্।

## হ

হরিচন্দন—চন্দন মরম অম।

হেমকুট—মচাক সনা থোকপদগী "হেমকুট" কৌব চীঙ অম।

হোমধেনু—হোম তৌনব ঘী পীরিব ষণবী।

